# ৱাহৌকোক

জি, বি, শোন মাগি Preface to Plays Pleasant তা ইরি : "Now—unity, however desirable in political agitation, is fatal to drama; for every drama must present a conflict. লীলা থুনিংমক মুরুব মাওব তায়। The End may be reconciliation or destruction; or as in life itself, there may be no end; ... ... no conflict, no drama." অয়োইবদা চাম্নবিব নত্রগ মাংহব-খিব মাই নত্রগ পুক্লিদ ভোখিবগুম লোইখিদব মাই; মুরুব মাওরবদি লীলা ওইদে। But the obvious conflicts of unmistakeable good with unmistakeable evil can only supply the crude drama of villain and hero ........" লাম্নিংঙাই লৈতব অফবগ লাম্নিংঙাই লৈতব ফত্তবগ মুরুবনদি পাথৌন কত্তব ফাব চাউখৎত্নিব লীলাদ তায়। "In such cheap wares I do not deal." মহাক্কি মহুত্তব অহোংব চক্ষু উম্নানগুম্বগ য়োক্নে হায়। ভারতকি অমদি মনি-পুরগি লীলা অয়াম্ববু মহাকন নোক্রবসিদ মাওঙ্গে। মাগিদসু ইথোয়ন য়েংশিনব কৈ।

লাইপোকুবশিংন মথোয়গি থুৎশেমশিংদু শক্নোক তাকপ ঙমদে, মথোয়গি মমোল হায়ববু art অহুনি। Rembrandt, Mozart, Beethoven, Wagner, Ibsen থোয়ন মীয়ম উবব, তাবব, উব,কই যাম কই। মথোয়ন তাকপ ঙমদে 'Why the building of churches and happy homes is not the ultimate destiny of man, and why to thrill the unsatisfied younger generation the

must mount beyond it to heights — .....giddy and dreadful to him and from which the first climbers must fall and dash themselves to pieces", মখোয়ন পেন্দে মন্দির শাব, স্কুল লিংথৎপ, য়ুম্ব নুংঙাইম্নব, মন্ত্রী ওইরগ মী শিজিন্নব ঙম্নব, ক্রোরপতি ওইনব হোৎনবন। পেন্দ্রন নহাবোলশিংমু তিংতিং লাওহন্নব ইবসেন্ন কাখি চীংদোন্দ কোক ঙাওন বাংলব, অকিব ফংলব, মচুদগি অহানব কাক্নবশিংন শোম্নদন তারক্নদব মচেৎ মচেৎ ওইন তোইদুন। করিগি মতুম্ন তৌরিবা, মহাকন তাকপ ঙমদে, উৎপ নতুন মাগি কলাগি মিশ্রং মিংশেলদ। মতুন শোন হায়, "This is the function that raises dramatic art above imposture and pleasure hunting, and enables the play wright to be something more than a skied liar and Pander'; মখৌ অতুননি লীলাবু নমথাক অমদি নুংঙাইব থিবগি মথক্ত থাঙ্গৎতুন লীলা। লেংববু হৈশিংলব মীনম্ব ঙাংব অমদি মীকোন্দ নুংঙাইব ঙনব দূতী অমদৈ হেল্লি হায়নরিব।

"The Theatre is growing in importance as a social organ. Bad theatres are as mischievous as bad schools or bad churches ........public and private life become daily more Theatrical; The modern Kaiser, Dictator, President or Prime Minister is nothing if not an effective actor ......Romantic, spurious, cheap and vulgar—When this chapter of Science is convincingly written, the national importance of theatre will be as unquestioned as that of the army, the fleet, the church, the law and the Schools.

সমাজগি হকচাং কায়াৎ অমগুম্ন থিয়েটরগি কান্নব হেক্নৎলকই। তৌববুদি থিয়েটরসু, ফত্তব স্কুল ফত্তব চর্চকুম ওক্নব য়াই। হিংবদ,শোম্নদ,

ওইরে, ফোংনবু ওইরে সুক্তিগি লীলাশুমন থোকপ তাথংলকই। আজ-কালগি কাইজর, ডিক্টেটর, প্রেসিডেন্ট নত্রগ প্রধান মন্ত্রী করিসু ওইদে অফব এক্টরশুম তৌদ্রবদি'। 'মঙলান লীলাগি এক্টিংবুদি তাং, অহোংব, চাউখংতবনি হায়। ড্রামা, ইতিহাস নত্রগ ধর্ম্মগি খেন্নব থঙনদ্রি; লীচংক, এক্টিংগ খেন্নবসু, অফব লীলাগ ফত্তবগসু খেন্নব থঙনদ্রি।...—হিরম অসিগি বিজ্ঞান্দু জ্ঞান তানব ইনরবা মীওইদ জাতী অমন থিয়েটরবু লাম্মী তেংঙোল; জাহাজ তেংজোল; মন্দির অহিন অমদি স্কুলশিংশুম কার্নি হায়ব থঙনরক্কনি।— অসিনচিংব।

"Alone and the Man" হায়রিবা লীলাসু লায়: নুংঙাই, মনি-পুরন ভারতন মায়ন পাম্মক মঙালনা-লীলা (romantic) গি মাইয়োক্ক ইবনি। নহারোলদ থঙহন্নিবন থিংজং শেম্মদোক্কগ ইজবনি। মতমসিন পৃথিবীগি মফম খুদিংমক নকশিন্নবন লম অতৈগি অফাওব লাইব্রিক্কি মমি ঐথোয়গি লাইব্রিকশিংদসু তাহনব ফত্তব নত্তে। ইডুকেসন ডিপার্ট-মেণ্টন ফোংনব Subsidy থন পীবিবগি লমন তৌজরি।

সেপ্তেম্বর, ১৯৬৮ ইং। জি. সি, তোংব্রা

# লীলা মীকোক

---

১। য়াইনা, নৈশাবী, হেয়োইন।

২। কেথরীন, মমা, ৪০ হেল্লবী, চীংজুপী মানবীন ভিয়েনাগি নৈম যায়  
কেবী, মশা খিঙবী।

৩। লৌকা, লৌমী কিজেংতা বায় শেংপী, মীতশিবতবী নৈশাবী ফজবী।

৪। নিপা ১—কেপ্তেন ব্রণ্টস্লী—সার্বিয়ান আর্টিলরী আফিসার, চহি ৩৫

৫। রুশিয়ান আফিসার, বুলগেরিয়ান ইউনিফোর্মদ

৬। নিকোলা—মীয়াইচলবা মীনাই—বুলগেরিয়ান ১

৭। মেজোর পেটকোফ, কয়া চাওথংভব, চহি ৫০, সুংঙাইবহৈব

৮। মেজোর সরজিয়স, ফজব চীংমী মানব, ঋাংব, য়াইনাপি ফিদম  
ওইয়ব অথৌব।  
লাম্মী অমী।

---

# শক্তোম মিঙাই লান্মী

——ঃ[ঞ্চ]ঃ——

## অহানবা মতাং

অহিংনি ঃ বুলগেরিয়াদ, দ্রাগোমেন পাশ মনাক্ত লৈব সহর মচা অমগি লৈশাবীন তূম্নব কা অমদ, ইংশোক ১৮৮৫গি নবেম্বর থা লোই-রমদাইদ। হাংদোক্লব মিঙ্গৎথোঙ বেলকোনী নাইব অম ফাওজুন য়েং-খিবদ বোলকান চীংগি মতোন অম য়াম্ন নক্ক উই, লাপ্লদি মাইল কয়ামুক লাপ্লবসু, অঙকপ ফংন ঙৌই অমসুং ফজৈ থবান মৈরান ঙালহনব উম্ন কুপ্লন। কা মনুংদ লৈরিব পোৎচৈশিংদু ইয়ুরোপকি নোংচুপ্ত উব অমত্ত মান্দে। মদু তত্থাই অমন বুলগেরিয়াগি অক্ক-অহেনবনি, তত্থাই অমন ভিয়েনাগি অহোঙব পোৎনি। কাগি ওইথংব কাচীন্দু থৎতুন থারিব ফক্লাংগ থংনব ফমুংদুগি মথক্ত অয়েকপ উগি মন্দির অম লৈ, অত্তিম্না অমসুং সনামচুগিনি, শামুময়াগি খৃষ্টগি মমি য়াওই, অদুগ মঙালগি বল্ব অম মরী অহুমল য়াম্ব-হল্লি। মক্ক ওইব ফম্নবদি মিঙ্গৎকি ওন্নতৈনব নাকন্দ তুর্কীগি নঙ্গন য়াওদব শোফা অম থারি। ফমুংগি কাঙথন, মিঙ্গৎকি মাইথুম, গালিচা ফিদা মচা অদুগ কাদুদ লৈরিব লৈতেংগি ফিরোলশিংদু নোংপোক লোমগি ইরং লংব ঙাক্তান। ফক্লাংদ নপ্লিব চেহুন নোংচুপলোয়রাদ্দি য়ারি ইচম চম্ন উই। খুৎহামনব পাত্রন শোফা অমসুং মিঙ্গৎ লৈব ফক্লাংদি মনাক্ত লৈ, য়োংকি মচু তৈব খুদেংনি, শমুকত্ত থম্ব চফুগি মথক্ত ঈশিং লৈ, অদুগ গমছা অমসু মনাক্ত য়াল্লি। ফমুং অমদি মিঙ্গৎকি কারক্ত ড্রেশীং টেবিলদু অচম্ব কোনাগিনি, মচু কয়াগি ফিদান কুপই, মথক্ত মমল য়াম্নব শকয়েং মিংশেল

লৈ। থোঙজাওল ফমুং লোমথংব নাকন্দ লৈ, কাবক্ত দ্রোৱার কয়া পানব ডপু লৈ। ডপুদু মচু য়াম্ব ফিন কুপই, মথক্ত মখুম ফজব উপন্যাস কয়া লৈ, মিঠাই হাপ্প ডপু লৈ, লাই য়েক্লব ফ্রেম মথক্ত অচৌব ফোটো অম খিল্লি· য়াম্ন ফজবব আফিসার অমগি, মাগি অচৌ-অশাংগি মতৌ অমসুং পুকনিং চিংশিনব মিৎয়েংদু অয়েকপদুদৈ উব ফংই। দ্রোৱাব পানব ডপু মথক্ত থানব মোমবাটিন কাদু ঙালহল্লি অদুগ দ্রেশীং টেবিল মথক্ত অতোপ্প অমসু থাল্লি, মৈখেৎ ডপু অমসু লৈ।

মিহুৎতু লাওল হাংদোকই। মপানলোমদ উগি থোঙবা অনীদু হাংদোকই। ব্রেলকোনীদ নহাওইবিবী লৈম অম নিংথিবব অহিংগি মঙলানগুমন ফজরব অদুদ লুপ্পুন, মশামকসু ফজবদুগি শরুক অমনি খঙবদুন, উন্ন কুপ্লব বোলকান চীঙদুদ য়েংই। মহাক নাইটগাউন শেৎলি, **fur coat** অচোনব অমন নিংথিন কুপই, মদুগি চাওয়াকপ মমলদি কাদুদ লৈবিব পোৎচৈশিংদুগি শরুক অহুম ওইনি।

মাগি নুংঙাইবব মঙলান্দু মমান কায়হনলম্মি। কেথবীন পেটকোক চহি ৪০ হেল্লবীনি, য়ামন মশা খীঙই, মশম মুন ফৈ মমিৎ ল'ই, চৌংগি লৌমীন লোব নুপীগি ফজবব পাদমনি· অদুবু ভিয়েনাগি লৈমশিজ মান্নব লাক্লবিবীনি, মবম অদুগিদমক থৌদোক খুদিংদ **fashionable tea gown** দ শেৎতুন কৈরিবীনি।

কেথরীন—( ফিংন লাক্ল্গ, পাউ নুংঙাইব পুবক্লুন ) রা-ইনা। বা—ইনা।
( ফমুংদ লৈরা যেংটই ) কবিগিনো, কদায় চৎখ্রে—? ( কা মনুংদ বাইনান য়েংলকই ) হরে· হরে, নুপীমচা। নুংদাংগি নুংশিৎ মরক্ত থোক্লুন লৈবিব্রাও—ফমুংদদি লৈগে হায়দনা ? অশিবগ থেংগে তৌরিব্রাও ? লৌকানদি ঐঙোন্দ নংবু তুমপ্তে হায়রম্মি।

রাইনা ( মঙহাওইন ) ঐন মাবু তাম্বোকখি, ইথন্দ লৈবন নুংঙাইদুন। থৱামমিচাকশিংসি কয়াদি ফজখ্রে ! করি তৌরিবগে ?

কেথ: অসুম্ব পাউনে! হুজিক লান থেংনরিয়ে।

রেইনা —( মমিৎ লাওথোক্লুন ) হা। ( কেথরীন মনাক্ত হৱাউ হৱাউ লাক্লগ )

কে: চাওরব লান অম শ্লিভনিজাদ। লান্দ মাইপাকপা। সারজিয়ম্ন লান ঙম্মকপা।

রে: ( নুংঙাইবন লাওড়ুন ) আ:। [অনীড়ু হবাওবন চেৎন কোইন্নে] ওঃ, ইমা। ( মড়ুদে খংলাং লাংতক্লড়ুন ) পাবুংদি কৈসু শোর্কপন্দ্রেকো?

কে: শোক্লমানে: নপাবুংন থারকপ পাউনে ঐংঙোন্দ। সরজিয়স্ন লান্দুগি পাথৌ, লান্মী ময়ামড়ুন ঈডাৎনব মূর্ত্তি।

রে: তস্বিয়ু ইমা, তস্বিয়ু পাউড়ু। মড়ু কমদৌন থোকখিবা? (য়ামন হরাওন) ওহ, ইমা। ইমা। ইমা? ( মমাবু শোফাদ চিংথড়ুন ফম্মিন্নৈ, অঙাওবীদৌন মমা মচা চুপ্পে। )

কে: ( থৱাই য়ামন য়াওন ) নংন ভাবন লাম্ব ফংওই মড়ু কয়াদ ঙকপ থবক্লো হায়ব। শগোলতোংব লান্মী মপৈন লান্দাবনি। মড়ু খল্ল! ঐখোয়গি রুশকি কমান্দারশিংড়ু মহাকন থৌশাখিদে—য়াথং য়াওদন থবক তৌখি—লাঞ্জং অম মান লূচিংখি মশান দায়ী পুড়ুন- মহাক্ল অহানব নিপানি মখোয়গি নোংমৈ মরক্ত থৌজিনলুব। মসি ভাব তাব ঙমদ্রিবাও বাইনা: ঐখোয়গি মথৌনা লৈরব ফজম্রব বুলগেরিয়ানশিংন মখোযগি থাংশাং অমসুং মমিৎশিংড়ু হাযগৎতুন উনগি চীংমাইন ঙংড়ুন ওস্থবকপগুম পায়শিল্লগ তানখায়খি মরাইবক থীরব সার্বশিংবু অড়ুগ কেন শেৎলব ওস্ট্রিয়ান আফিসারশিংড়ুন বাইকুপ কুম্ন পাইথোকখি। অড়ুগ নংদি! নংন সরজিয়সপু'বারোইপোৎ পুহনগদবদ চহি অম ঙাইহল্লি। ওহ, নংগি শিংলিদ বুলগেরিয়াগি ঈ মরীক অমঙং চেল্লস্মবদি, নংন মাবু ঈড়াৎপূজ। তোগ্যনি নিংই মহাক্ল হল্লকপ মতমদ।

রে: অথৌব লাম্মী তেঙ্গোলন মাবু অতুক থাগৎনগ্রব মতুংদ করিসু লৈতবী ঐন মাবু ঈড়াৎপূজা তৌজবদ মান ঐবু থৌশাবিগদ্রা ? মতু করিসু লৈতে ; ঐ ওঙ্গোক্ল নুংঙাইরে : চাওজনিংব অম ফাও-রক্লে ; ( মহাক্ল হৌগৎলগ ময়াই কান হঙ্গৎহন্দা চৎলি ) মতুনদি মসিন তাক্লে ঐখোয়ন খঞ্জরম্ব ভাবশিংতু মমৈদ অওইব ওইরকই হায়ব ।

কেথ: ( শাওরপ্ল ) ঐখোয়গি বাখলশিংতু অওইবনে। করিনো নংন হায়রিবতুবো ?

রে: সরজিয়স্ন করি তৌরকপ য়াই হায়ন ঐখোয়ন শন্নরম্বদো। ঐখোয়গি লৈবাক নিংবগি বা ঐখোয়গি থৌনা ফবগি ফিদমশিংতু ! করিগুম্ব মতমদ ঐন চিংনখি মখোয়তু মঙলান নত্তুন করি ওইদগে হায়ন। ওহ, কয়াদ থাজগন্দব জীব মচাশিংনো লৈশাবী। ঐন সরজিয়সকি থাংশাংতু য়ানশিনবিব মতমদ মহাক্ল কয়াদ চীং-লেম্ন উখিব ; মতুবু ওইদব মঙলাম্নি, চোপ্নবনি, নত্রগ মাইথীতুন তোক্কনি খল্লুব থাজব হাৎপগি বা ওইরম্মে। অতুমকপু—অতুমকপু ( খংফম ফমথরগ ) ইমা মসি মঙোন্দ কৈদৌঙৈদসু তাকথোকওই হায়তুন ঐঙোন্দ বাশকউ।

কে: করিনো বাশক্কদৌরিব বাফমতু হায়ব খঙহন্দন ঐঙোন্দ বাশকউ থক হায়গনু ।

রে: সুমদৌবজাৎনি, নোংম মহাক্ল ঐবু মাগি পাম্বোমদ ঙাহল্লগ ঐগি ম্নিৎত শংত্রিক য়েংতুন লৈরিঙৈদ ঐগি কোক্ত বাখল অম কাওরকখি মতুদি ঐখোয়ন অসুক অপৌবগি বাখল তৌনরিবসি ওইব য়াই, বাইরোন অমসুং পুশকিনগি লাইরিক পাব য়াম্ন পাম্মুবদৈ অতুগ মঙমম্বদ বুখারেস্ট তৌখিব ওপেরাতুদ ঐখোয় য়াম্ন নুংঙাইখিবদৈ অওইব পুজিদি অহুম থক তৌগন্দে ! অওইবমক কৈদৌঙৈদ তৌখিদে,

ঐন মতমদুদ খঙখিবৈ মনুংদ। (থবাই ৱান) খন্দদি খল্লু ইমা ঐ মাবু থাজবমদে। ঐন ঙকখি মাগি মতিক মগুণ পম্নমক অমসুং লান্মী অম ওইবৈ মতিক্কুন লানফম অশেংবদ চংলুব মতমদ ভাবকি দলান ওইদুন তোক্কনি হায়ন। ঐ নুংঙাইতন নুংশা থীখি মদুদি মহাক্পু লানফমদ যাম্ন তোন্ন উনখিনি হায়ন জাবগি কোর্ট্গি লাকপ হৈশিংগুব আফিসাবশিংদুগি মনাক্ত লেপ্পুব মতমদ।

কে: অতোনব শকফম। ইকাইব ৱানি নংগিদু, সার্বশিংগিসু ওস্ট্রিয়াগি আফিসারশিং রুশিয়ানশিংগ হৈবদ চপ মান্নব য়াম্ন যাওবি; মদু ওইজববসু ঐখোয়ন মর্খোয়বু মাইথীব পীবে লানফম খুদিংদ।

রে: (নোক্লদুন অমসুং মমাবু লক্লদুন) হোয়, ঐন ইচম চম্বী কবিসু করিসু লৈতবী পাংদবী মচা অম ওইবগ্ন য়াই। ওহ, মদু পুম্নমক্কু অচুম্বনি হায়ন খল্লুব। মদুদি সর্জিয়সপু মান উৎলিব অদুমুক থৌবনি অমদি পুকচেল চাওবনি হায়ন খল্লুব। মদুদি তাইবংপানসি তশেংন লেম্নফম ওইব তাইবং অমনি মদুগি নিংথিবদু নুপীশিংন উজব ফংব অদুগ নিপাশিংন তাইবং মঙলান্দু থবক্ত পাংব ঙম্ব। কয়াদ নুং-ঙাইগুবা। কয়াদ হায়দোকফম খঙদন নিংব থুংব।

(মখোয়গিত্ত লোকা লাক্কুন য়ৈখায়ব পীবৈ ফজববী মঙক হায়-গৎপী লৈশাবীনি, বুলগেরিয়াগি লৌমী ফিজেৎ দবল এপোন কাপ্পগ শেৎলি অসুক মতিক পোংই মদুদি মহাক্ত বেইনাগি সেবা তৌবদু হৌনব খঙদব মতৌ মাল্লি। মহাক কেথবীনবু কি, মদুবু মহাক্ত ফাওব ওখাক লাপ্প চাং য়েংই।

লোকা: ৱাবৌবিবদি য়াদে ইমা ইবেম্মা, মিঙৎথোং পুম্নমব থিংজিনবিব তায়, মৈঙাল ফানব সট্রবশিংসু চেৎন ফাজিনব তায়। মখোয়ন হায়বিবদি লমজাউ শোডোক্কবু কাপ্পবব য়াই হায়। (বেইনা কেথবীন থংদুন পুম্ন হৌগৎসি) সার্বশিংবু চীং লম্বীদ তাস্থোকপ্রে

অতগ মখোয়ড় সহববোমদ চেল্লকপসু য়াই হাযনৈ। ঐখোযগি শংোল লান্মীন মখোয়গি মতুংদ তান্নবকনি, অদুগ প্রজাশিংন মদুগি .শনশ ডন লৈব তায়। ভাব তাবিববিনি. হুজিক মখোয় চেল্লম্মনি।

মহাক বেলকোনীদ চৎলগ মিহুৎথোং মখুমদু চিংশিল্লুই, অদুগ বাড়দ চংলকই )

কেথবীন ( যুম্বুবীগি মতৌ উৎতুন ) মখাথংব লৈমাইদ অশোই অঙাম থোক্নব ঐন যেংউব তায।

বে: ঐন নীঙবদি ঐখোয়গি মীয়ামসি অদুক তমথাবোই। মবাইবক গীবব লানগি মীচেনশিংবু হাৎপদ কবি লেমজফম লৈবগে ?

কে: তমগীবা। নংন নিংলিববু মখোয়ন নংবু হাৎপদ চিংননি নত্রগ মদদৈ কেন্ন ফত্তবা ?

বে: ( লৌকদ ) সট্রবশিংদ থনম্মু হান্নগুম, কবিগুম্ব নিনখোংব তাবগ এন থিংজিন্নব।

কে: ( ইনখিবদ থোঙজাওবোমদ মপু শাদুন ) ওহ. মদু নত্তে, নুপীমচা— মখোয়ড চেৎন লোনশিনব তায়। নংন তুমথোকখ্রগ মখোয়ড হাং-দোকতুন লৈতৌনি। চেৎন লোন্সিল্লু লৌকা ]

লৌ: ফনি ইমাইবেম্মা। ( চেৎন লোনলি )

বে: ঐগিদমক লাংতক্লবিনু, নোংমৈ কাপ্প মখোল অমত্তং তাবদ, ঐন থাংমৈ মুথৎকনি নাকোং মেনশিল্লগ ফমুংদ কুনগনি।

কে: মত্তনি খবাইদৈ শিংব নংন তৌব য়াব থবক, ইবেম্মা, গুড নাইট।

বে: গুড নাইট। ( মাগি হান্নগি লীচিংড় লাক্লে ) পুক্লিং নুংঙাইযু হায়বিনম্মু ( মখোযনী চুপ্পে ) ঐগি পুক্সিদ খবাইদৈ নুংঙাইব অহিংনি ঙসি লানগি মীচেন লাক্ত্রবদি ফন্নিদ—।

কে: ফমুংদ চংলো মেম, মখোয়গি বাদু খল্লুরম্নু। (মহাক মপান্দ থোকখি)

লৌ : ( লোম্ন রেহ্নাদ ) ইবেম্মন সট্টরশিংসি হাংদোকনিংলবদি, সুম হায়ন হেক ইনবিয়ু ( মান ইল্লুই. অদুগ হাংদোকই ), চিংশিন্দুন অমুক। মখোয়সি অমদি পৌরোন পান্দোবনি মখাদ, অদুবু পৌরোন্দু য়াওদ্রে।

রে : ( লেমন, থৌশাবিদন ) থেঙকস লৌকা. অদুদ এখোয়দ তৌ হায়-বম্বদু তৌগদবান। ( লৌকান মচীন পৈ ) গুদ নাইট।

কৌ : ( থৌশাদন । গুদ নাইট ( মপান্দ থোকখি ফল্লহুন )

( রেহ্না মথন্দ ভাইহৌরদুন শামতুগি কোট্টু থম্মি শোফাদ মহুদৈ দ্রোৱার ময়ামগি উপুদ চৎলি. অদুগ কোটোদুদ হাযদোকফম খঙদন ইকাইখুম্নব উৎলুই। মহাক্ন মহুদ চুপ্পু, কোন্দে, মশাগি নুংসিব উৎতে, অদুবু মখুৎন পায়খৎলগা লাইনিংবা অমগুম থাঙ্গৎলি )

রে : ( লাহদুদ য়েংখৎলগ ) ঐ অমুক নংগি মতিক চাদবা ওইররোই. ঐগি থবাইগি অথোব : কৈদৌঙৈদ ওইররোই, ওইররোই।

( মহাক্ন অমুক থম্মি ভাঁঙ্গা লৌইনন, মহুদগি নোভেল অম লাইবক ময়ামদৈ থম্লি, চেনাশিংদু হায়দোক্লগা য়েংই মান পাগদব চেনাদু থেংনৈ, হাংদোক্লিবদুদ পানব ফমুংদ চংখি হুমনিংনব — উপন্যাস্ত মবুক্লিং লুপত্রিঙৈদ — মমিং থাঙ্গৎলি, নুংঙাইরব অওইবদু খল্লি অদুগ মুকম মুক্নম শোল্লি )

ঐগা অথোবা ! ঐগি পাথৌ !

( অবাপ্পদ নোংমৈ মখোল অমন অতিংগি অচীকপদ্ত খুগাই। মহাক খংই, তাই, অনীরক অমুক কাঙ্গ তাই, নকশিল্লকই, ফমুংদৈ লাওদুন থোরকই, ফিংন উপুনথক্কে মোমবাটিদু মুথৎলুই। মনাকোংদু মখুদোম্ন মেনশিন্দুন ড্রেশীং টেবিল তান্ন চৎলি, মহুদৈ মৈঙালদু মুথৎলুই অদুগ অমম্বদ ফমুং তান্ন চেনশিল্লি. কবিমত পদে, লাইগি মূর্তি মমাংদ লৈব মচেৎ খুম্মব বম্বতুদৈ খিৎতং ভাল্লকপ অমসুং

সট্টর মথৈক্ত থরানমিচাক মঙাল খিৎতং চংলকপ নত্তন। নোংমৈ কাপ্প মখোল অমুক তারে, য়াম্ন নক্ক থংব য়ান কাপ্পব মখোল তায়' মসিলদ্ধগি খোস্থাং লৈরিঙৈ, সট্টরশিংন্ত লৈখিদ্রে, মপান্দ লৌথোকখ্রে. মিকুপ অম থরানমৈরা উনগুম ইংবৈ মঙাল মশেক চুমদ্রিংন পাই-শিল্লক্লে মী অমগি অমুব মমি য়াঙন। মিহুৎ মথুমন্ত খুদক্তা থিংজিনখ্রে; কাত্ত অমুক মমহৌবে। অন্তবু অচীকপন্তদি নুংশা থবেৎ থবেৎ হোন-বগি মখোন্ন থুগাইরে। মন্তদৈ মৈখেৎ খেৎপ মখোল তায়, মৈ-খেৎকি মঙাল ইমুংগি ময়াইন্তদ উরে।)

রে (মমুংদ কিন কোস্থতুন) কনানো 'ষ্ণদ লৈবিবদো? (মৈখেৎ মুৎখি) কনানো? কনানো হায়বা?

নিপানি মখোল: (অমস্বদ থংহৌদনা, ধমকা তৌন) স—অ—স! লাও-গন্নু, নপ্রবদি কাপথুনি। নবুক ফৌ. নঙোন্দ অমাংব অমত্ত থোকলোই (ফমুংদৈ থোরকপ মখোল তায় থোঙজাওরোমদ) চেকশিল্লু: চেন-থোক্কে লোৎনরিবন্ত কান্নরোই।

রে: অত্থব্‌ কনানো —

খোঙ্গেলন্ত: (চেকশিলহল্লগ নিংশিংঙু। নখোন্দু কনখৎলক্কবদি ঐগি রিভোলবরন কাপ্পক্কনি। (য়াথং খোঙ্গোক্ক) মৈখেৎ খেৎলু ঐ নশঙু উগে। নং তারিব্রা?

(মিকুপ অম চীকই অমমুং মমই, নুপীখন দ্রোৱার উপুদ চৎপদ। মথদাগি মান মোমবাটি অম থাঙ্গৎলুই. ঙক্কবন্ত লোইখি। চহি ৩৫ রোম শুরব নিপানি ফিভম ফত্রবদ তারব মশাদ লৈখোম ঈ অমদি ঙন তৈৎব মাগি থ্বাংলি. রিভোলবর মথুম্ন সার্বকি **antillery officer** গি শেগাইরব **Blue tunic** কি মগুণ ঙাকই। মোমবাটি মঙালন অমসুং ইরুমাইথজদ্রব অমোৎপ ফিভম্ন থঙহনব ঙম্ব হায়ববু মহাক ময়াই ওইন বাংই, মশক মমেক লাদে, মঙক

কল্লি, মমাই কোইবপ তৌই, মশম অঙাংবত্থ খোইবপ তৌই, মমিৎ লংই থৌই, পিশুম ফজৈ, মচীলসু, মনাতোন ফজদে অঙাং মবুক চেৎপগিত্থ মাল্লি, লাম্মীগি শাওংনি, মশা খিংই, নীংব কায়বব ফিভমদ তাববসু জ্ঞান মাংদে, কবেম কথাইনগনব লীচিংত্থ লৈ, থৌশাদবদি তৌদে, খুদোংচাব মাংহন্দে। বেইনাগি মবমদ মান খঙইবত্থ খুস্কিন্দুন—মাগি চহি মতাং, সমাজদ মাগি ফিরেপ, মাগি লমচং, মান কিবিবগি চাং, মান মথা চথবকই মোল্লুক, অত্থমদি ওইবগ পুকচেল লেপ্প )

ঐন নঙ্গোন্দ ওৎপগি ঙাকপিয়ু, অত্থবু ঐগি পোষাকসিদি নং খঙইনি, সার্ব। ঐবু ফাখিব থোক্লবদি হাংখিনি। ( অর্থ লৈন) নং মত্থ খঙইদনা ?

ং : খঙি।

নিপা : অত্থবু, ঐ মীবু হাংহন্নিংদে, ঐন নাঙ্খোকপ ভমগদব লৈববদি ( অমুক হেন্ন কিব য়ান ) নং মত খঙব্রাও ? ( মহাক্ল থোঙ লোন-শিল্লি ফিংন মখোন্দি থোকহন্দন )

বেইনা--( তুকচন ) ঐ খঙদমানে নিংই। ( ফিভম লেমনা লৈবগ, মমাইদ য়েংলক্লুন খীবপ্ন ) লাম্মী খবদি, ঐন খঙে, শিব কি।

নিপাত্থ ( গুংঙাইতন লক্লনিংন ) মখোয় পূম্নমকনি গুংশিববী লৈম, মখোয় পূম্নমক্লি, এবু থাজো। মসি এখোয়গি ইথৌনি হেক য়ারিবমথৈ কুইথন হিংব। গুজক, নংন কবিগুম্ব লাও খোংলবদি—

বে : ( মবক হৎতুন ) নং এঙোন্দ কাপকনি, নং করম্ন খঙি এবু শিব কিনি হায়ব ?

নিপাত্থ : ( শিংন ) আহ অতদি ঐন কবিগুম্ব নঙ্গোন্দ কাপত্রবদি করি থোক্লকনি অত্থদৈ ? নখোয়গি শগোল লাম্মী কয়া নংগি ফজরব

কাসিদ—ফোঙ লাওন চংলকনি অদুগ ঐবু ওক হাৎপগুম হাংলনি ; মরমদি ঐ হিংচাবাইতম্ব অমগুম মখোয়গ লানথেংননি ! মখোয়ন ঐবু লম্বীদ কুম্মৈ তৌনব পুথোকপ য়ারোই ; ঐ মখোয়হু করিনো হায়ব খঙঙি । নংন হুজিক শেৎলিব ফিক্কেৎতুদ মীয়ামহু চংহন্নিংব্রাও ?

( রেইনান মাগি ফিভমহ থংনিং নিংশিংলক্ক্ব ওপচিন্নি মশাহ্ মঙক্ক থুপচিন্নি । নিপাহন মুন্ন য়েংই, নুংশিহৈতন ভাংই ) মীমাংদ উৎপ য়াদব ফিভম—নত্রা ?

[ শোফারোমদ নুপীহ চংকে লৈশিল্লি, থুদক্ক মুপাহন পিস্তোল থাংৎতুন লাওই] ভাইখো ! (নুপীহ লেপই) নং কদাইদ চংতৌরিবনো ?

রে : ( লেমন থাংব কন্ন ) ঐগি কোট লৌগে তৌবনি।

নিপাহ : ( য়াংন শোফাদ চংলগ কোট্ট লাক্লগ ) করব বাধলনি। ঐ নংগি কোটসি থমগে ; অদুগ নংন ইমুংসিদ মী কনামত চংলক্কনব হোৎনৌ নংবু উখিদনব। রিভোলভরদগি মসিন হেন্ন কব খুৎলাইনি ; হা ? ( মাগি পিস্তোলহু শোফাদ লংথোকই )

রে ( শাওনিংন ) : মহু লৈবাকমচা তাব নিপাগি খুৎলাই নত্তে !

নিপাহ : মসি ফমনপ্রব খুৎলাইনি নিপা অমগি নংদন মঙোন্দে অশিববু থংতুন লৈরবদ। ( মিকুপ অম মখোয়নি য়েংনরগ, রেইনান থাজব বান থোকই মহুদি সার্কি আফিসার অমন অহুক থাজদন পুকচেল পিক্ক পাংদে হায়বসি। লম্বীদ নোংমৈ কাপ্পব মখোল তাবদ মখোয়নীমক থংই। থুদক্ক শিব য়াই থনবদগি মখোল পিকথহন ]

নং—তাব্রাও ? হুইথৌশিংসিবু নংন ঐগোন্দ থৌজিন্নব ইমুংসিদ পুশিল্লকবদি ফিভমহদ অহুম থেংননি থঙঙ।

( লাংই, নিনথোংই ; লম্বীদ তান্নরকপশিংন য়ুমহগি থোংজাওদ থিলৈ লাওবহন—"থোঙ হাংদোকও, থোঙ হাংদোকও ! হৌগংলো

তারিবাও!" (মনুংদে মীনাই নিপা অমগি খোঞ্জেলনি) মখোয়দ শাওন লাওরকপ তায়)

য়ুমসি Major Petoff কিনি: নখোয়সিদ চংলকপ য়ারোই।

(অহবু লাংব নিনখোংব মীনিন, থোঙদ দাং দাং খিল্লব, বা বা লাওব—মমৈদ কেথরীনগি খোঞ্জেলন নমহৎপ—শাওন আফিসার অমদ ঙাংলকই)

করিনো তৌরিবসিবো ইবুংঙো? নখোয়ন লৈরিব মফমসি কদায়দনো খংইব্রা? (লাংবহ থংলেপ লেপথি)

লৌকা: (মপান্দ থোঙদ থিল্লগ) ইবেম্মা, ঐখোয় ইবেম্মা।। পরপ পরপ হোৌগৎলগ, থোঙ হাংদোকপিয়ো। হাংদোকপিদ্রবদি মখোয়ন থোঙসি থুদেক্লনিয়ে।

(মীচেম্বু লোইরেদন হায়বগি তাবত মঙক্‌ থাজংলি. অহগ রেইনাবু কিহল্লব শাজংতু তোল্লহন)

নিপাহ (থরাই য়াওন অমসুং থৌজালহৈন) কাম্রে ইবেম্মা। ঐ লোইব তারে। (মাগি কোট্‌ মজোম্ব লংশিল্লগ ' থীম্বরনু ' নশাহ য়োমশিঞ্জরো: মখোয় লাকদৌরে।

রে: ওহ, thank you (cloak তুন মশাবু য়োমশিঞ্জে অবাব কোক্‌ন)

নিপাহ: (ময়া কারক) মহ পল্লকনু।

রেই: নংদি কমদৌবা?

নিপা (ঙকথন): অহানব চংলকপ নিপাজুগ থেংনরনি। লম্বীদৈ হন্দোকউ; য়েংপোরকনু। পংকুই কুইদোব নত্তে; অদুগ ফজব পোৎতি ওইরোই, (মহাক্র থাং মচা শৎলগ থোঙদ ওনশিন্দুন ঙাই)

রেই (থংহাই ওইন) ঐন নতেং পীগনি, নংবু কনবিনি ঐন।

নিপা: নংন ঙম্মোই।

যে : ঐ ভগ্নি। ঐন নংবু লোৎকনি। (মহাকন মাবু চিংজুন মিহুৎথোঙদ পুই) সিদ লৈয়ু ফিখল মরুমসিদ লৈয়ু।

নিপাহু (মঙোন্দ লাওবকই) লাইবক তঞ্জাই অমদি লৈ, নংন কবিগুরু নকোক্তু ইংলবদি।

রে : (ফিখন্দুন মঙোন্দ খল্লগ) স—অ—স। [শোফাবোমদ চৎখি]

নিপাদো : (মঙক লিংথোবক্লগ) কাওমুকো।

রে : (মঙোন্দ চেনসিল্লগ) কৈনোনে?

নি : লাম্মীদি ১০ গি মনুংদ ৯ দি পঙন পোকপনে।

রে : ওহ। (শাওন ফিখন্দু খঙল্লি)

নিপাদো : (অতোপ্প নাকন্দ অমুক য়েংথোবক্লগ) মখোয়না ঐবু থেংনপ্রবদি ঐন য়াশকইবসিনি লাম্বা তৌনি : শাথীবব লান জম।

(সুপীডুন ফুজিল্লি. নিপাহু লোৎখি ফিংন। ফিজাও ফুরিৎতু লৌথোক্লগ ফমুং মখোঙদ লংখি। মতুদৈ তুম্মুবদৈ হৌগৎলকপ তুম্মিংইব শাজিমডুন থোঙ হাংদোকউই। লৌকা পাখৎন চংলকই)

লৌকা : সার্বশিংগি মরক্তে শা অম ঈশিংগি উতোংদ কাখৎলগ ইবেম্মগি বেলকোনী তানব কাখিব উনহৌবে। ঐখোয়গি মীশিংন মাবু থিব পাম্মি, মখোয়ডু ময়াই কাবে, য়ুসু ঙাওবে. তমথীন উবে। (থোঙদৈ লাপ্প কাহুগি নাকন্দ লৈরুই লাপ্প) ইমা ইবেম্মন পনপ পনপ ফি শেৎচিল্লু অতুগ.— (বিবোলভবহু শোফাদ তানিখ উহুন লেপই অমমুং ঙকই)

রে : (ওৎলবদ শাওনিংন) মখোয়ন সিদ থিবব য়াদে। কবিগিন্সো মখোয়বু চংহল্লকইবা?

কে : (পরপ পরপ লাক্লগ) রেইনা, ইবেম্মা নং কৈসু তৌদেকো। নংবু কনাগুম্ব মী উখিব্রাও নত্রগ কবিগুম্ব তাখিব্রাও?

রে : নোংমৈ কাপ্পবদি তাখি। লাম্মীশিংহু মকমসিদ চংবৈ খৌনা লৈ-
রিরোই নিংই ?

কে : ঐ রুশকি আফিসার অম খেংনরে, ঈশ্বরগি কৃপান ; মহাক সজি-
য়নপু খঙই। ( মপান্দ কনাওম্বদ ) Sir, চংবিরকপ য়ারনি। ঐগি
ইচানুপীন ইবুংঙোবু ওর্কনি।

( রুশকি আফিসার নহা অমন, বুলগেরিয়াগি uniform দ চং-
লকই মথুংত খাংশাং পায়হুন )

আফিসর : ( মেংন হৌদোংশুম নোঙ্কুক, মিলিটারি শাক্লংত ) গুদ ইভনিং,
শকহেনবী ইবেম্মা। ঐন চংজরকইবসি ঙাকপিয়ু ; সার্ব অম বেল-
কোনীদ লোংহুন লৈপ্লে, অহগিনি, ইবেম্ম অমদি খোজান হৈবী
ইমা ইবেম্মসু মপান্দ ঙহাক্তং লৈবিগদ্রা ঐখোয়ন মাবু খিরিঙৈদ ?

রে : ( শাওরম্ব ) অর্থ লৈতব য়ানি সার : উবিব ফংনি বেলকোনীদ
কনাসু লৈতে।

( মুপীহুন লট্টরশিংহু লাওন হাংদোকই ফিখন্দ মতুং ওঙ্কোক্লুন
লেপই লোৎলিব নিপাহু উদনব, থাবল উরিব বেলকোনীদ মথুংন
থিল্লগ। মিংহুৎ মথাদ নোংমৈ অনীরক কাপ্প তায়—মরু অমনা
রেইনাগি মমাংদ লৈব গ্লাসত পাল্লি—মমিৎ কুপই—নুংশাথী, অহবু
লেপকমদৈ হন্দোক্কে ; কেথরীন্ন কিহুন লাওই -আফিসারন লাওই
"চেকশিল্লু হায়" বেলকোনীদ চেনশিল্লি )

আফিসার : (বেলকোনীদৈ লম্বীদ থীন লাওথৈ) নোংমৈ কাপ্প লেপ্লোনশায়,
বুদ্ধশ্ম : ননাম্ব তারিব্রাও ? নোংমৈ কাপ্প লেপ্লো, বুদ্ব নখোয়বুনি
অহায়। ( ঙহাক্তং য়েংথক্করগ রেইনাদ ওনশিন্দুন ব্যবহার লৈন )
ইবেম্মবু খঙহন্নন কনাওম্বন চংলক্লম্মোইদ্রাও ? চেপ্লিক্করব্রা ইবেম্মবো ?

রে : কদায়দৈনো, ঐ তৃম্মমদ্রি পোৎনি।

আফি : ( লাংতক্লন কাহুদ চংলক্লগ ') : ইবেম্মখোয়গি মুমলোম্নব-শিংগি মকোক্ত সার্ব মীচেন্না অসুক মতিক থম্ন লৈগ্রে, মহুদি মফম খুদিংদ মখোয়বুদ উনগ্রে । ( নোল্লুক ) থোজানহৈবী লৈম ; লিশীংক ঙাকপিরব হায়বত্তনি। ( মিলিটারী bow—রেইনান থৌশাবিদে, মমাদ অমুক ) মমাদি মতুং ইন্নখি । )

( রেইনান সট্টরশিংম্ন থিংজিল্লি কুম্মেহ্ন নুংঙাইন ঙক্ল য়েংলম্মিব লৌকাদ ওনশিল্লগ ) ঐখোয় ইমা থাদোকনু লৌকা, লাম্মীশিংন চৎ-খিদ্রিব ফাওব । লৌকান রেইনাদ য়েংই, শোফাদসু, ফিখব্দসু : মহৈদে মচীনবাব্দু লেংওৎলি, খিৎতং উশিত্তন মোক্লগ মপান্দ থোকখি। রেইনান মতৌহ্ন নুংশিদ্রহ্নন মতুং ইন্নবগ থোঙহ্ন গম লাওন হৌন থিংজিল্লুই, পৌরোন কম্ন থাখি। নিপাহ্ন খুদক্কুদ ফিখল মকমদে থোক্লকই থাংহ্ন মখুমদ হাপচিন্দুন। মহৈদে মকোক্তে খুদোংথীবহ্ন তাম্মোকখ্রগ থবক্তি মীগুম, রেইনাগি নাক্ত বারী শাবিংন চংলকই।

নিপাহ্ন : উচিন নাচিন্ন হিংহৌরে, খিৎতংসি মাইল অম লাপ্লগুম্বনি। নুংশিরবী নৌরিবী লৈম : ননাইনি ঐ শিব ফাওব । নগুংলাংগিদমক ঐ বুলগেরিয়াগি লাম্মী ওইজরম্মবদিকো অমরোমদ য়াওরমদোশক্লক ঐ সার্ব নচ্চদে পোকপদ।

রে : ( নাপল তৌন ) নত্তে, নং ওষ্ট্রেয়ান অম ওইরমনি, সার্বশিংবু ঐখোয়গি ইনিংইখা তম্ন মাংনব লান্দাও ইনসিনব অহ্নগ মখোয়গি লাম্মীগি আফিসার ওইব। ঐখোয় মখোয়হ্নবু তাথী।

নিপাদো : আউষ্ট্রিয়ান ! ঐদি নত্তে। ঐবু তুক্কচবিনু, নুংশিরবী নৌরিবী ইবেম্মা ঐদি সুইসনি, লান য়াওরিবসি কারবার অম ওইন য়াও-বনি ঐন সার্বশিংদ য়াওরুবদি সুইজরলেন্দে লাকপ লম্বীদ মখোয়গ অহানব থেংনবননি খোজাল হৈমু : নখোয়ন ঐখোয়বু থীন মাই-থীব পীবে ।

রে : ঐবু থৌজান হৈত্রবাও ?

নিপা : পুকচেল চাওবী ! থৌনাফবী ! অদুবু ঐ হুজিক ফাওব হিংলনি হায়ব য়াদ্রি। হন্দক তান্নরকপসিদি ইংথপ্রনি ; অদুবু তান্নবদি অহিংচুপ্প পোৎখারোই অমুক ছোরকপ য়াই। লাইবক য়েংদুন থম্ন চিকপ তাঞ্জাদ নাম্বোকহৌব তায়। ( নুংশিন ) মিনিট অম অনী ঐন তাঞ্জা ঙাইজবদ য়ারোৌবিরোই নীংজৈ।

রে : ( অথোৎপ ব্যবহারগ ) ওহ, বেন্না লৈজদে। লেংশিনবিরোইদ্রাও ?

নিপাদো : **Thanks** ( ফমুং মথোংদ ফম্নি ) রেইনা কেন লেম-না চৎলগ শোফাদ ফম্মুই, খংলগ লাওদুন চোংখৎলি। নিপাদু পাখৎতুন খংলব শগোলগুম কাগি নাকল অমদ চেনখি )

নিপাদু : ( নুংঙাইতন ) ঐবু অদুম্ন খংহনবিনু। কৈদৌরবগে ?

রে ঃ নহাক্কি রিভোলভরহনে ? মসিন মতম পুম্নমক্ত আফিসারদুদ খিগৎতুন য়েংখি। কয়াদ ঙক্ক নাম্বোকহৌরব।!

নিপাদো ঃ অরেম্বদ কিরুদুন নুংঙাইতন ) ওহ, মহন ওইরেসে ?

রে : ( মঙোন্দ উশিত্তন য়েংলগ. মশা বাইশংব ) ওম্বোকপনি ঐন নংবু কিহল্লুরে। ( পিস্তোলদু লৌখৎলগ মাঙোন্দ পীদুন ) বারৌম্নু মহু পায়বিয়ু—ঐঙোন্দৈ নশাবু কঞ্জনব।

নিপা ঃ ( লক্লবহদ খিগৎলগ ) কান্নদ্রে, নুংশিরবী লৈম : মহদ করিমত য়াওদ্রে। মহ নোংমৈ মরুম্নু য়াওদ্রবনি। ( করেম্নন য়েংলগ মথুমদ থাদখি )

রে : মক্ক হাপচিল্লদনা।

ঐঙোন্দ নোংমৈ মক্ক য়াওদ্রে। লান্দ নোংমৈ মরুন কৈদৌনদগে ? মথোম্নদুগি মহৎত ঐদি ইঙৎত্তৎতন শঙ্গোম-মিঠাই পুই, ইকোন কোনব মতুমহু চাব লোইখিব পুং ফন য়াম্নরিনি।

রে : ( নিপাগি ফিদমস্থ থাদবদ শাওরপন ) চোকোলেট মিঠাই ! নংবু ফুরিৎখাওদ মিঠাই য়োমদ্রুন পুব্রাও স্কুলগি নিপাম্মচাদোন— লানফমদসু ?

নিপাহু ( ময়া খিগৎতুন ) উম্‌: নোক্কনিংদ্রাও ? ( লায় ) হৃজিক খর চারবদি কয়াদ হাউগবা।

রে : ভাইখো। ( উশিংতন দ্রোবারদ চৎলুরগ মিঠাই উপুহু মথুৎত পায়-রক্লগ ) ইহে, খর লেম্মিবসি নত্তন অতৈদি ঐন চাথোকপ্রমানে। ( উপুহু মঙ্গোন্দ পীখি )

নিপাহু : ( য়ামন লামন ) লাইরেম্বীনি নং। ( অয়াওবহ্ন গ্রৌ গ্রৌ শাই শঙ্গোম মিঠাইনি! কয়াদ হাওগ্রবা ! ( লাংতক্লন য়াওরিব্রা য়েংই। য়াওরমদ্রে, উপুহু শেৎলগ চুপ্লে। হাওরক্তবদ অবাবদ্রুদ নোক্লিংন— তৌবিমন খঙন ) নুংশিরবী লৈম, নরাইথক ফৌ ! মতম পুম্বদ নংন লান্মীবু অহলনি নহানি খঙ্গে হায়রবদি নোংমৈ মথুম অমদি মক্ক হাপফমদ য়েংও। নহা ওইরিবশিংন পিস্তোল অমসুং মক্ক পুই, অহল ওইরবশিংন, অচাপোৎ! **thank you** ( উপুহু পী, রেইনান লৌরগ থোশাদন লংথোকখি, নিপাক্লন মঙোন্দ য়ৈরক্কদোবোই নিংদ্রুন পাকথৈ নুংশা থীন।

নিপা : আঃ, ফিংন তৌনু শকহেনবী ইবেম্মা। ঐন নংবু কিহনখিবগি লম্মন খুথ পুকচেল পিকপৈ থবকনি।

রে : ( চাওথোক্ল ) ঐবু কিহনব। নং খঙঙ্‌ **Sir,** নুপীমক ওইরবসু থম্মোইদদি ঐ নহাক্‌ন্ম থৌনা ফবী অমনি হায়ন খল্লি।

নিপা : ঐ অদ্রুম খনব চুমই। ঐদোন ইবেম্মদি নোংমৈ মরক্ত নুমিৎ হল্লি নংউদে। ঐ নুমিৎ নিনীদি পাংদব উৎতন থাংব ঙম্মি; অদুবু থী অমত্ত নুমিৎ হল্লি থাংব ঙম্মদে; ঐ হৃজিক্তি উচিদোন পাখৎচাওরে।

(মহাক শোফাদ ফম্মগ মকোক্তু মখুৎ ২ দ শোরে) ইবেম্ম নং ঐন কপ্প উনিংব্রাও ?

রে : (ঙক্তুন) হুঁম, উনিংদে।

নিপা : মগ্ন পাম্মবদি নংন তৌদোব হায়ববু ঐবু অঙাংদোন নংন চৈহৎপ নংম ঐগি চায়োকপী শাব। ঐ হুজিক কেম্পাত লৈরম্ব খোক্লবদি, মখোয়ন ঐঙোন্দ তাং মখলমখা তৌঁতুন শাম্লনি।

বে : (খিৎতং মুংশিরগুন) ইহে, শাওনু। ঐ শঙ্গোম্ম চৈররোই। (মুপীহুগি খুংশি খোঙ্হোক্ত শেলগুন মকোক থাঙ্গৎতুন মঙ্গোম্ম তৌবিমল খঙন য়েংই. মুপীহুন হন্দোক্লগ হায়রকই চেৎম)। নং ঐবু ঙাকপিয়ু ; ঐখোয়গি লাম্মীশিংদি অহূম হায়ন তৌদে। শোফাদে হন্দোকখি)

নিপা : ওহ, মখোয়সু তৌবনি। লাম্মীসি মখল অমীখক্ত শুবনি : অহল ওইরবত্রাং অমদি নহা ওইবিব জাৎ। ঐ লাম্মীগি থবক্ত য়াওরকইব চহি ১৪ শুরে : নখোয়গি লাম্মীশিংহুগি মরক্ত তঙ্খাই অমদি মহুগি মমাংদ নোংমৈ হিদাক মনম খঙলক্তি। করিগিনো, কম্নদোন মখোয়ন ঐখোয়বু মাইথীব পীখ্রিবনো ? লানগি কাংলোন্দু খঙদবননে, সুকখঙ খঙদবু।

(শাওনিংন) ঐ মখোয়ন তৌখিবহুম্ম লাল্লোন খঙদব অমুক্ত উখিদ্রি।

রে : (লক্লহন) ওহ! নখোয়বু মাইথীব পীখিবহু লাল্লোন নত্তব ওইরে ?

নিপা : ফৈ য়েংউ! শগোল লাম্মী রেজিমেন্ট অমবু মেচিনগনগি মৈরক্ত থাজিনববু লাল্লোনলাও সুকশোই শোইনদন নোংমৈশিংঙন কাপ্পকপদ শগোল নত্রগ মীহু নোংমৈগি মনাক গজ ৫০ গি মনুংদ চংব ঙম্মোইদবদ ? মহু উবদ ঐন ঐগি মিৎশিংবু থাজব ঙম্মদে।

রে : (মিংচৎকি মঙলান্দু নিংশিংলক্তুন হরাউন) শগোল লাম্মীন লান্দাব অচৌবহু নং উরকপ্রাও ? ওহ, মহুগি মরমদ অমুক্ত লীমু। ঐঙোন্দ শন্দোক্ল খয় তাকউ।

নিপা : শগোল লাম্নীন লাম্বাবসি নংদি অমুক্ত উত্রিনে, উগ্রবাও ?

রে : কদায় উরুনি হায়বগে ?

নিপা : আহ, উরমদব য়াই, উম উরম্মোই। তৌববুদি মহু মুংঙাইগ্রব কুপৈনি। মহু হরাইমজল মরু খুবাম অম মিহুৎথোঙ মথুমদ লং-শিনবগুম্বনি, অহানবদ অম লাকই, মহুগি মথংদ ২ নক্রগ ৩ মাগি মতুংদ নরু, অহুদৈ অরেম্ব অতৈহুন পূম্লপ ওইন।

রে : ( মম্বিং লাওথোক্লুনা, হয়াওবন মখুৎ থাঙৎতুন ) উম, অহানবদ অম ! থোনাফবশিংগি মরক্তগি খ্বাইদৈ ফবচ !

নিপা : ( ইচম চম ) হয় ! নংন উগনি লাইবক থীরব নিপাহুন মাগি শগোলহু চিংহুন নপুন লৈব।

রে : করিগি মাগি শগোম্দুদ চিংলিবা ?

নিপা : ( পঙলব য়াহংহুদ তম্লহুন ) শগোলহুনর্দি মাবু চেন্দুন পুখিদোরি ; নংন নিংইববু নিপাহুন ময়ামদৈ হাম্ল খুংলগ মাবু হাম্ল হাৎহম্লিংইনি অসিরাও ? মহুদৈ মখোয় পূম্নমক লাকই। কমম্বন নহামচানো হায়বহু মখোয়গি লমশাদোন য়াংব থৌবহুদ খঙঙ্ক। অহল ওইরব শিংহুন পূম্লপ তাশিল্লগ লাকই শোক্তনব ঙাকশেনবগি মথাদঃ মখোয়ন খঙডি মহুদি মখোয়হু হয় খুংলাইগুম্বনি অমসুং মখোয়হুগ লাংম্বেংনব কাপ্পদবনি হায়ব। অশোক অপনদি অয়াম্বন খুকউ তেকপনি শগোল ময়াম থেংনবদৈ।

রে : ওহ ! অহবু ঐদি মাংথংব নিপাহুবু পাংদবনি হায়বদি য়ানিংদে। ঐ খঙডি মহাক্তি পাথৌ অমনি !

নিপা : ( মুংঙাইন ) মহুমক্তি নংন হায়গদব, করিগুম্ব ঙসিগি লাম্দা অহুম নংন মাং ইথং থংব নিপাহ উরম্ব থোক্লবদি।

রে : ( মুংশাথিন, মাবু ঙাকপিম্লন ) আঃ, ঐ খঙডি, ঐঙোম্ব তজিম্বু, মাগি ময়মদ ঐঙোম্ব হায়বিয়ু !

নিপা : মাগি মতৌহ্ বেন্দ পার্টিগি লুচিংবন তৌবগুমনি। মশক মতৌ নিংথিব নিপানি—মমিৎ ইরং লংই. মকোইহ ফজে, লানগি লাল্লাও লাওই অদ্গ দোন কুইজোংন মুংশিংকি চক্রীদ লান্দাবগুম তারকখি। ঐখোয় নোক্লখি।

রে : নখোয়বু নোক্লবে খৌনা লৈরম্বা !

নিপা : উম : অদুবু সারজেন্টন চেগুম তাইফেৎ তায়ন চেল্লগ হায়রখি নোংমৈ হিদাক লান্নন থারকপন মথংগি মিনিট ১০ ম খুৎকাপ অম ফাওব কাপ্প ঙমখিদে, ঐখোয়ন চীনগি নাকল অমদ পৈন্নন নোক্লখি। ঐ পুক্তিদ অদুক তঅক অমুক থেংনখিদ্রি, ঐ ফন চিল্লব মফমদ লান অমুক অনীরক য়াওরমবনি। অদুগ ঐগি রিভোলভরগি মচাকসু য়াওরমদে, চোকোলেট মিঠাই কত্তন।- ঐখোয়দি মঙীনসু য়াওদে, করিমত য়াওরমদে। তৌববুদি মখোয়ন ঐখোয়বু মতুপ মতুপ করুথৎলম্মদৌবনি। অদুগ দোন কুইজোংতুন দ্রমমেজোরগুম কদম তৌরতুন, মপুক্লিংদ থ্বাইদৈ শিংলব থবক তৌরে হায়ন খঙখি, তপেংবদি মহাক কোর্ট মার্শেল তৌবদ মতিক চাব থবক্তি মহাক্ত তৌখিবনি। লানফমদ থাদোকখিব অপঙবশিংগি মরক্ত নিপাদুন থ্বাইদৈ হেন্ন ঙাওরম্ব তায়। মহাক অমসুং মাগি পল্টন্দু ইচম চম হায়রবদ আত্মাঘাট তৌজবনে, পিস্তোলন মক য়াওরমদবননে, মদুন লোইরে।

রে : ( মুংঙাইতন, মাগি ফিদমদদি থাজন ) অওইবমক ! মাবু অমুক উরগ মশক খঙখিদ্রাও ?

নিপা : মাবু অমুক ঐন কাওখিদ্রাও !

( মুপীদ্ দ্রোবর মনাক্ত অমুক চৎলি। মুপাতুন অচাপোৎ অতৈ পীজদোম্বিত্রা হায়তুন লাংতক্লন য়েংতুন লৈ। লাই অয়েকপন্ন লৌ-ক্লরগ নিপাত্নদ পীরৈ। )

য়েইনা : নিপাহুগি ফোটৌনি অসি—মবৈবাক লৈঙই পাখোদো মঙ্গোন্দ ঐবু থাজরবনে।

নিপাদো : ( মশক্তু খংনিঙ নিংশিংহুন ) ঐ তশেংনমক য়াম নুংঙাইত্রে। ( মঙ্গোন্দ য়েংলগ ) ঐবু মাগি মরমদ ঙাংহল্লম্বহ ফৃরিব্রাও ? ( লাইহুদ অঙ্কুক য়েংই ) ঊম : মঙনি-ড়োন কুইজোৎতু : কবিমত চিংননিংঙাই লৈতে। ( লোকনিংব থাংই )

কে : ( য়াংনা ) করিখিনো নহন লোকইবো ?

নি : ( হায়জহুন ; মায়দি লোকনিংব ) ঐ লোকখিদে, অওইবনি। ঐ নোকনগে নিংঘদি নত্তে। অকক মান মুংশিংকি চক্রীগ লাম্মা-তোগে চোংশিনব অমসুং খৌনা করবথকক তৌরবনি থনখিবহ থল্লবদ—( নোকনিংব খাংবদ মুংশা থিংদোই )

য়ে : ( কল্লপ্ন ) পীবিয়ো ঐঙোন্দ অয়েকপ লাইদো ৪।৮

নি : ( য়াম্ম নুংঙাইতন ) : অওইবমক। ঐ তশেংন য়াম্ম নুংঙাইজদ্রে। ( লাইহু মঙোন্দ পীরে। মুপীহুন তৌগে হায়ব মতাগুম লাইহু চুপ্লে, অহুগ মমাইদ শংত্রিক য়েংলে দ্রোবার উপুদ অমুক থমজিন্দ্রিবৈঙদ। নিপাহুন শাওদনব হায়জগদবৈ মতুং ইন্নে। )

ওইব য়াই, ঐন খীন লানব, ইবেম্মন খঙইবহনি চিংননিংঙাই লৈতে ঐ লাল্লে। থাইদৈ ওইরম্ব মাবদি ঐখোয়গি নোংমৈহিদাক্কি বাবমহ মহাক্ত তারহুন, লান্দারকপহ করিসু খুদোংথিবোই হায়ব খঙলম্ব য়াই।

য়ে : মহুগি অর্থ হায়ববু মহাক মতাং তৌব, পাংদব নিপানি। মহ্রম নং হান্ন হায়ব ঙমখিদে।

নি : ( নিংব কায়রবদৈ নোকফেং তৌন ) হুহিক্কি কায়ত্রে ; মুংশিরবী ইবেম্ম ; ঐন নহাকপু কায়বার ওইন তৌব লাম্মীগি মিংয়েংদগি

উহ্নব ঙমদ্রে। (শোফাদ হজিন্দুন ফমগে তৌরিভৈদ, নোংমৈ অনীরক কাপ্লক্ত্ন খুদোংথীবহ্ন অমুক হনগদব মাপ্লি।)

বে: য়াক্ল, নোংমৈ কাপ্লিবহ্ন তাব উবদ) মসিন হেন্ন ফব জাংনি নঙ্গোন্দদি।

নি: (লৈশিল্লগ) কমদৌনা?

বে: নং ঐগি য়েক্লবনি; নং ঐগি থৌজালদ হিংলিবনি। ঐন করিগুম্ব কাববার ওইন তৌব লাম্মী ওইরম্ববদি কমদৌরম্লি?

নি: আহ, চুপ্নি, মুংশিরবী নহাওইরিবী লৈম; নংন মতম পুম্নমক্ত চুমই। ঐ খঙভি নহাক ঐঙোন্দ কয়াক্ত ফগ্রবীনো হায়ব, পুক্সিগি অরোইব মিকুপ ফাওব ঐন নিংশিংগনি মিঠাই মক্ত অহুমহ্ন। মহ্ন লাম্মীগি মতৌ নত্তে, অহুবু মদো লাইরেম্বীগি মতৌনি।

বে: (থৌশাদন): থেঙক য়ু। হজিক্তি ঐ লাম্মী অমগি মতৌ তৌরগে। ঐগি তুংদ ওইরক্কদৌশিব ইপুরোইবগি মরমদ নংন ঙাংখিবহ্নগি মতুংসিদ নহাকসিদ লৈব য়াররোই অহুবু ঐ বেলকোনীদ থোক্ত্ন য়েংখিগে নংন লম্বীদ তানব কুমথখিবদ খুদোংথীরোইদ্রা হায়বহ্ন। (মিহুংথোঙদ চত্ত্ন য়েংউই)

নি: (মশক ওন্দুন) ঈশিং উতোংদ কুমথব। লেপপু। ঙাইখো। ঐ ঙম্মোই। ঐ মহ্নগি থৌনা লৈবরোই। মহ্নগি বাখলহ্ন খল্লুবদদি ঐ কোক ঙাওরে। ঐন অহানব কাখৎলকপহ্নদি অশিবন তুংদ তাম্নরকপন য়াংখিবনে। মহ্নবু হজিক ঈন ইংথরব মতমসিদ থেংনবকো—। (শোফাদ লুপথৈ) কাম্নপোৎ নক্রে: ঐ তোক্লে: ঐ ম্যাইথীরে। লাওরো, কৌরো। (মথবাই বান মকোক্ত্ন মখুৎশিংদ্র শোক্লৈ)

রে: (মুংশিরহুন মবুক ওম্লগ) ল্যাকও, নুথবাই বারম্নু। (মমাদৌন মজোন্দ নোম্বরগ: নিপাহু মঙক হাই) ওহ, নংসি পাংখিদ্রব লাম্মী

অম ওইরে: শঙ্গোম মিঠাইগি লাম্মী অম! লাওনে, নবুক্লিং থোগংলু। ফাখিবদগি উতোংদ কুমথবন থোনা হম্বন চংবনে: মহ নিংশিংউ।

নি: (নুপীতুগি খোঞ্জেলন শুম্মতুন) ওম্মোইবো, ফাখিবৈ অর্থদি শিবদনি; অদুগ শিব হায়বসিন তূম্বনি: ওহ, তূম্ব, তূম্ব, তূম্ব, হৌদোকপ নাইদন তূম্ব। উতোংদ কুমথবৈ অর্থদি করিগুম্ব খর তৌবনি— ইপাঙ্গল পুথোকপনি— বাখল তৌবনি। অহানবৈদুগি মথক ১০ বক শিব।

রে: (থোংন, ওক্ল, মান চোকথবৈ ছন্দদ) নংবু অদুক য়াম্ম তূম্লিংলব্রাও?

নি: লাম্মী ওইবৈদগি ঐ করিমত কায়দন পুং অনী তূম্মক্তি। ঐগি মিৎ অনীসি উইশিল্লক্কব পুং ৪৮ শুরবনে।

রে: (তৌভম খঙদ্রতুন) অদুযু ঐন নংবু কমদৌদগে?

নি: (মাগি নুংঙাইতবহদ খব কোনথংলক্লগ) অশেংবনি ঐ করিগুম্ব অম তৌব তাবদনি। (মথন্দ নোমজৈ, মশাবু হৌদোকচৈ, অদুগ মপাঙ্গল মথৌনা খোমজিল্লগ ঙাংই) নংবু খঙজ্রা. তূমগে তূম্মু তূম্মোই তোকউ চাক লাম্মবসু লামদ্রবসু. চোকথরবসু চোকথদ্রবসু নং মতম পম্মক্ক থবক্কু তৌব ওমগনি, নহাক্ক তৌদব য়াদে হায়ব খঙলব মতমদ চুম্মি, উতোংহুদৈ কুমথব তাবনি: (মথন্দ ফুজৈ মথবাক্ক) মতু তারব্রা নং, হানে শঙ্গোম-মিঠাই লাম্মী? (মিহুৎথোঙ-লোমদ য়েংই)

রে: (লাংতক্লন) কবিগুম্ব নং ওম্বথ্রবদি?

নি: ঐ তূমথখিনি, নুংথক্কু উচেক মতুগি ফমুংগুম। বিদায়, (থৌনা ফন মিহুৎলোমদ চংখি; মখুৎতুন সট্টরহ পায়রুই, মতমদ্দ মথাদ নৈব লম্বীদ নোংমৈ কাপ্পব অকিব ফংন হৌরকই)

রে : ( মঙ্গোন্দ চেনশিল্লগ ) লেপখো। ( মাবু ফায় খোশাদন, লৈছুন পুরকই ) মখোয়না নংবু হাংখিদুনা তোক্লনি।

নি : ( ইংন. পৃকনিং চংন ) মত্থু খনবিরুনু. মত্থুগুম্ব থবকুদি ঐগি নুক্তিগি থবক্তি মনুং চনবনি। ঐ লাইবক য়েংহৌব তাবনি। ( মবুক লেপ্লগ ) হুজিক ঐন নঙ্গোন্দ হায়বঙ তৌকো। থাংমৈসি মুথংলু. ঐন সট্টরশিংসি হাংদোকপ মতমদ মখোয়ন মৈঙাল উদনব। মিহুৎখোঙদৈ হন্দোক্লুন লৈয়ু, নংন তৌনিংব তৌববসু। মখোয়ন ঐবু উপ্রবদি শোইদন ঐঙোন্দ কাপ্পকনি।

রে : ( মঙ্গোন্দ নপ্তুন ) মখোয়ন শোইদন নংবু উখিনি থাবল ফঞ্রব-পোৎনি। ঐন নংবু কনগনি ওহ, করিগিনো নংন অহক খৌ-শাদ্রিবা! নংন ঐঙোন্দ পাম্বিবসি নথবাই কনবিবনি নত্রাও?

নি : তশেংবদি ঐ বাই চিলহন্নিংদবনি। নং ( নুপীদুন লাংতক্লদুন মাবু নোমই ) খৌশাদব নত্তে নহাওইরিবী ইংবম্ম নুংশিবা, অশেং-বমকনি। মত্থু করম হায়ন তৌগদগে?

রে : লাও মিহুখোঙদৈ লাপথোরকউ। ( কাগি ময়াই তাপ্ল পুখোরক্লগ নুপীহন হেক খাদোকপগ উগি হংগুম মিকুংলোমদ চংখি। মাবু ফারগ মমাই লৈথোকপিরক্লুন অহগ লাওদুন ) বাবৌনুকো! ( মহাক চপ লেপখি, মত্রন গুম্মব খেবদোন, চোকথবন মশাবু লাকচরদুন। নুপীদুন মাবু খাদোকই, অদুগ নুংশিবিদুন বা ডাংই ) হুজিক বা হায়গে তাও। নং ঐখোয়গি অতিথি সেবাদ থাজো, নং হুজিক ফাওব খঙদ্রি নংন লৈরিবসি কনাগি য়ুমদনো হায়ব। ঐ পেটকোফ অমনি।

নি : করি পোং হায়ব?

রে : ঐন হায়রিবদি ( শাওরগ্ল ) ঐসি পেটকোফ শাগৈগি মী অমনি, খাইদৈ ইনাকখুনব অমসুং খাইদৈ ফাওব, লৈবাক অসিদ।

নি : ওহ, ওইরমগনি, ঐবু বারৌবিন্থ। পেটকোফশিং, অওইবমক। ঐসি কয়াদ খঙখিদ্রবা!

রে : নং খঙডিপোৎনি, মহ অমুক্ত তাখিদ্রি হায়ব ছজিক তারিবসি নত্তন? করিগিনো নংন অহুম তৌশিন্নরিবা?

নি : ঐবু ঙাকপিয়ু, ঐ বাবন খনব ঙমজদ্রে, অছুগ হিরম ওনবসিন ঐঙোন্দ ওঙ্গোক্ল বান থোকপ্রে। ঐঙোন্দ চৈনুকো।

রে : ঐ কাওক্লরে, মহুন নংবু কপহনব য়াই। (নিপান্থ মঙক হায় থবাই য়াওন, নুপীদ চানবী হৈবীগিথোদ্ধোক্ত) ঐন নঙ্গোন্দ তাকপ চুমই মদ দি ঐখোয়গি পাবুংন বুলগেরিয়াদ লৈরিব লাম্মী পূম্মকি য়াথং পীব মকোক্লি। মহাক্তি (চাওখোকন) মেজোর অমনি।

নি : (য়ামন পুকনিং খোইজংব মে ৌ উৎশিন্নদুন) মেজোর অম, লাইবক ফৈদ ঐ. মহুগি বাহু খল্লু।

রে : বেলকোবী তানব নংন কারন খিবন্থ নং য়ামন পঙব উৎপনি মরমদি লন্নাই য়ুমশিংগি মনুংদ ঐখোয় সেদনি মিহৎখোঙ পরেং অনী লৈব। য়ুম মনুংদ সিড়ি কয়াগি মরোম অম লৈ কাখোক কাশিন তৌনব।

নি : সিড়ি ময়াম! কয়াদ নিংখির্জা গবা। তশেংনমক নহাক্তি কেখোক মৌখোক্ল লৈরিপোৎনিদন নুং। ারবী নহা মচা।

রে : নঙ খঙব্রা লাইব্রেরী হায়বহ ? রিনো?

নি : লাইব্রেরী অম, কা অম লাই ক্ল বিক থনবা?

রে : উম, ঐখোয়গি অম লৈ, বুলে রিয়াগি মনুংদ অসিমতনি।

নি : অওইবমক অশেংব লাইব্রেরী অম! ঐ মহ য়েংনিংব্রেদা!

রে : (থবাইয়াওন) ঐন বাশিংসি তাকইবনি মরমদি নংন লৈরিব য়ুমসে অপঙব লৌবাইগি মীগি নত্তে, নংগি সার্বকি পোসাক্ল হেক উবগ নংবু হাৎকে হায়গদব, চাওখৎলব মীরক্তনে নংন লৈরিবসৈ। ঐখোয়

চহি খুদিংগি বুখারেষ্ট চৎলি ইশৈ-লীলা পাম্বাদ, অহুগ ঐ থা অম চুপ্প ভিয়েনাদ লৈক্করবীনে :

: ঐ ভাব তারে, ফজরবী নহামচা, ঐ খুদকসিদ খঙগে নহাক তাই-বংপান খংঙম্মে ।

: নংবু করিগুম্বদ অর্নানীগি ওপেরা ইশৈ-লীলা উখ্রবাও ?

: মহুবু লাইমুন রেশম অভাংব লিৎতুন য়াওব অহুগ লাম্নীগি কোরস শকপহুরাও ?

: ( তুক্কচন ) হায় নত্তে।

: ( চোকথন মুংশামপী হোন্দুন ) অহুদি ঐ মহু খঙল্লে !

: ঐন খল্লম্বদি নংন অচৌব সীন্দু নিংশিংলম্ব য়াই মহুদ অর্ণানীন ঙসি অহিং নংন তৌরিবগুম্ম য়েক্কবদৈ চেল্লক্কগ মাগি খাইদৈ য়েং-খীনবগি ফুরা দলালদ থুপপুব, অহল ওইরব কাষ্টিলগি, অচৌ-অশাং অম ! পুক্কচেল চাওবহন মাবু থাদোকউ য়াখিদে । মাগি অতি-থিদি মঙ্গোন্দ লাইগুম্বনি ।

: ( পরপ পরপ মিকপ খর থোক্লগ ) নখোয়গি মীয়ামসিবু মহু ভাব তাব্রাও ?

: ( চীং লেম-ন ) ইমাসু ঐসু নংন হায়রিব ভাবতু খঙ্জি । নংন করিগুম্ব নংগি পিস্তোলহন ঐবু কিহনখিবগি মহুৎত, মীচেন অম-গুম্ম ইচম চমন ঐখোয়গি অতিথি ভক্তিদ নোঞ্জরম্মবদি নহাক য়ুমসিদ নখোয়গি বাঙ্গিগি য়ুদ্দ লৈবগুম য়ৈথায়থিঙ্গাইব নংঙম-লোইদবনি ।

নি : অওইবমক্লাও ?

ৱে : ( তুক্কচন মনঙ্গন ওস্লোক্ক ন ) ওহ, অরেম্বনি—নংবু ভাব তাহন্নব হোৎনবসি ।

নি : শাওবিগন্নু, ইবেম্মন খঙজিবতনি, কল্লিগুম লারখিব থোক্লবদি ঐঙোন্দ কয়াদ মথোংচারোইদব হায়বন্নু। ঐগি ইপাদ্রু অতিথি সেবা য়াম্ন খঙব নিপা অমনি, মহাক্কী হোটেল ও লৈ ; অদুবু ঐ মহাকপু অদুগ য়েন থাজব ঙমদে। নখোয় পাবুংদি কমদোই ?

রে : মহাক প্লিভনিজাদা মরৈবাক্তিদমক লান চংখি। নংগি শোইদ ঙামদনবৈদি ঐন খুল্মি। মতগি জাম্মিন্দি ঐগি খুৎসিনি। মহুন নংবু থাজহনব য়ারব্রাও ? (মখুৎতু মঙ্গোন্দ পী)

নি : (চিংনন মখুৎত য়েংজরগ) ঐগি খুৎসি হাম্ন হামদোকখিব তায়।

রে : (মপুক পেল্ল) মদু নংগি ফজব অমনি। ঐ খঙঙ্গে নং লৈবাক মচা অমনি।

নি : (ঙক্লনা) এহ ?

রে : ঐবু ঙকপ্রে খনগন্নু। খর চাওখৎপ বুলগেরিয়াগি মীশিংদি ঐখোয়গি ফিভমসুম্বদ লৈব মীতাদি—নোংমদ অমুক্তি অয়াম্ব মতমদ মখুৎ হামদোকই। অদুন নং খঙঙেদনা নংগি নশা মনাদু ঐ তাব তায় হায়ব। ঐগি খুৎসি শোকপ য়ানি নংন (অমুক তিংথোকই।)

নিপা : (মখুৎ অনীদু মতুংদ থম্মগ মচীন্ন চুপ্পগ) Thanks gracious young lady : ঐ হৃজিক্তি হিংলনি হায়ন নিংজরে। অদুগ য়াকমসি ইমাদ তাকপিব ফংলোইদ্রাও ? ঐ সিদ কান্নদৌবদগি থেংথন লোন্ন লৈব চুমদে নিংজৈ।

রে : ঐন চথোকপ্রিঙৈদ তুমিন্ন লেংদন লৈবিহোগে হায়রবদি—

নি : অওইবমক (শোফাদ ফমথৈ)

(রেইনান ফমুংদ চংলগ মাগি কোট অচৌবদুন য়োমশিল্লুই। নিপাদু মম্বিং উইশিনপ্রে। মুপীন থোঙজাওদ চংখি। লৈদুন য়েংথোরকপদ মহাক তুমদুন তুথরকপ উই)

য়ু : ( থোঙদে ) নং তুমদি তুমথরোইকো, তুমথদোয়ব্রাও ?
( মহাক মুরুম মুরুম শোল্লি, মুপীতুন চেনশিল্লরুগ নোম্মে ) নংবু তারিব্রাও ? নমিং পাংও, নং তুমথরে ।

নি : এহ ? তুমথরুব —? ওহ—নত্তে. তুম্ব নত্তে তাইবংপানসিদ ঐ য়াখঙ্গ তৌরম্মিবনি । করিমত তৌদে : ঐ মিকপ থোকইপোংনি ।

য়ে : ( কয় ) নং চানবিতুন লেপ্পুন লৈবিরম্মু ঐন চংথোকখিবৈদো ।
( মহাক তল্প হৌগংলি ) হন্নক্তি ফাওব, কাউবিন্নু ।

নি : ইংন লেপ্তুন ) অওইবমক. অওইবমক ; ঐবু থাজবিব য়ানি ।
( য়েইনান মঙ্গোম্দ চিংনব য়েংই, নিপাম্ব শোম্ন মোমোন তৌই । মুপীম্ব চংনিংদন চংখি, অমুক থোঙদৈ লৈথোরক্লগ, মহাক্ল হকাম চঙ্গবদ্ কারদ্‌ন. মুপীদ্ থোরখি )

নি : ( উইন উইন ) তুম্ব, তুম্ব, তুম্ব, তুম্ব তুম— 'মুরুম মুরুম ওইন শোনথ্রে, তুমগে তৌবদে খংতুন মিকপ থোকই, ) ঐন লৈরিবসি কদায়দনো ? মহনি ঐন খঙনিংইব · ঐন লৈরিশি কদায়দনো ? মিং পাংন লৈদোরিবনি । খুদোংথীবন নত্তুন করিমতন ঐবু মিং শিংহনব ওমদে : মতু নিংশিংউ ; ( থবাই য়াওন ) খুদোংথীব, খুদোংথীব, খুদোংথীর, খুদোং ··· ······ ( অমুক উইথব, অতুগ তুগে তৌতুন খংব ) কদায় খুদোংথীবদি ? মদ্ থিব তায় । ( কাদ্‌গি অকোইবদ চংতুন লৈব্রা য়েংই ) ঐন খিরিবসি করিনো ? তুম্ব খুদোংথীব— ঐ খঙদে । ( ফমুংদ খুদী থীরুব ) আ—উম ! হৃজিক ঐ খঙঙে । হৃজিক য়াম্ন ফরে । ঐ ফমুংদ চংব তারে, অতুগ তুম্নবদি নত্তে । শোইব য়াদে, তুম্নব নত্তে, খুদোংথীবৈ মরম্নি । অহুগ হিপ্পবসু নত্তে মহদ, চুম্ন কম্মুনবনি ( মহাক ফমুংদ কম্মুই ; মমাইদ নুঙাইব মতৌ উই ) আঃ ! ( নুংশা মপী হোম্দোক্‌ন মশাবু শাংন

তিংথোকচৈ ; যান হোৎনহুন মখোঙ বুট যাওবহু থাঙৎখি ; খুদক্ত তুমথর্খি চান্নন।

( কেথরীন চংলকই, রেইনান ইন্নহুন )

রে : ( শোফাদ য়েংলগ ) মহাক চৎথ্রবোইরে। ঐন মাবু সিদ থনম্বনে।

কে : অসিদ। অহুদি মহাক তুমথরম্ব তারে।

রে : ( উরহুন ) ওহ। ( খুদোম্বীন পিল্লি )

কে : ( ঙক্লহুন ) হৈমা। ( ফমু[illegible]তান্ন চৎলি৷ রেইনান ইমৈ ফমুংগি ওন্ন তৈনবদ মাইয়োক্লৈ ) মসি কন্ন তুমখ্রেনা। শা অদো!

রে : ( লাংতক্লন ) স—অ—স—।

কে : ( মাবু নোম্মগ ) Sir। ( অমুক্ত নোম্মগ কন্ন ) Sir ( যান্ন কন্ন নোমদুন ; Sir!

রে : ( মমাগি পাম্বোম ফারগ ) তৌরুরম্ভু ইমা। মনাইবক থীরব পাম্মুব অসি পূমচোক চোকথরে। মহাক তুমজরসন্নু।

কে : (থাদোক্লগ--ঙক্ল রেইনাদ য়েংহুন) মরাইবক থীরব পাম্মুব! রেইনা!!!

( মচানুপীদ শংত্রিক য়েংলগ )

( নিপাহুন নাখোক্তুন তুমখি )



# অনীশুব মতাং

মার্চ্চকি তাং ৬নি, ইং১৮৮৬। মেজোর পেটকোফকি য়ুমগি হিঙ্গোন্দ। ফজ্ররব অয়ুক অমনি বসন্তদঃ লৈকোন্দু ফজন অমদি তদেক তদেকন উই। লৈকোন থারিব সম্বন য়ুম্বীগি বাংমদ ফুরা মতোন থিঙ্গৎপ অম অনী উই, মন্নন উৎলি সহর লৈব থেল অমনি হায়ব! মাইল খর লাপ থোক্লগ বোক্কান চীংশাংন বাংথংলি অচ্চুগ লমদমচ্চবু থাজিল্লি। লৈ-কোন্দগি মদোমদ য়েংবদ য়ুমগি নাকয় ওইদ লৈ, লৈকোল্লোমদ ফাংপ থোংজাও অমগ সিড়ি খর কোয়ব। য়েং লোমদ শগোলশংগি শুমাংন থোঙ্গান লম্বীগ কোয়ন লৈকোন্দ লম্লাবলকই। উহৈ পাম্বী মচাশিংন সম্বন পয়ীংদ হৌরি, মখোয়হুগি অমসুং য়ুমগি মথক্ত অশূব ফি ফৌহন কংহল্লি। য়ুময়াদ লম্বী অম চংলি, কাচিন্দ থাক অনীন কাণ্ড্রি, মহু-বাইদৈ মশক উথিদ্রে। ময়াইজবুক্ত টেবিল মচা অম লৈ উগি চৌকি অকোনব অনীগ, অয়ুক্তী চরা বায়ব টর্কিস কাফি হাপ্প পাত্র. কপ কয়া ······ লৈ, কপশিংছ শিজিন্নগ্রে, তলন কায়খ্রে। লৈকোন্দ ফয়ব ফম্ফম লৈ য়েংলোমদ ফকলাংগ মাইয়োকনন।

লৌকা চুরুট অম থকই, টেবিল অমসুং য়ুমগি কায়ক্ত লৈপই. শাও-রপ্প মনঙ্গন ওন্থোক্তুন মীনাই নিপা অমদ মঙ্গোন্দ বক্তৃত পীরিবা নিপাদু মীয়াই চল্লে. মবূক ইংই, মশৌশিং থৌই অমসুং ময়েক লাই, মীনাইমক ওইরবসু মশাগি মমল থগুজে, মমঙ মঙদব কুপ্প হিসাব তৌব ঙম মীতানি। মহাক বুলগেরিয়াগি অঙৌব ফিজোন শেংলি, জেকেট মপান্দ লোনব লিংলি, মথ্বাং লাকই. অয়াওব ব্রীচেস উপই. থুরাই কনব লৈতেংসু উপই। মকোক্ত. লেমফু ক্যাওব কোকই. জাপানগি ময়াইবক বাংবচ্চ মালহল্লি। মমিংন নিকোলা কৌই।

নিকোলা : মতম চারিবৈদ চেকশিলহৌ, লৌকা : নংগি লোমচংতু চুম-থোকহৌ। ঐ য়ুমগি মবেম্বসিবু মশক মুন্ন, থঙতি। মহাক্তি অসুকী মতিক চাওজনীংই মতুদি কনাগুম্ব মীনাইন মঙ্গোল্দ থওই উশিত্তবদি মমঙদ ফাওব মঙপোং নত্তে অতুগ নংন মাবু শিংনবদোন তৌই হায়বহু হেক থঙথিবদ নং থবক তোকচরে।

লৌকা : ঐ মাবু শিংবৈ, ঐ মাগ শিংনগনি। ঐন মাবু করিগি থৌশারুদগে ?

নিকো : নংন ইমুংসিগ খংনরবদি ঐ নংবু কৈদৌংৈদ লুহোংব ঙম্মোই। মতুদি ঐগ নংগ খংনবগুম্বনি !

লৌ : নংন মাগি মীচং চংহন ঐঙোম্দ ঙাংলিব জাৎলাও ?

নি : ( ইংন ) ঐ মতম পুম্নমক্ত ইমুংসিগি ফনব রাখল্দ থনগনি। মখোয়গি থবক অসি তোক্লগ সোফিয়াদ দোকান ফম্ব মতমদ মখোয়ন লৈবদন ঐগি শেল্লেপ তংখাই অম ওইরনি, মখোয়ন হায়ব অথীব রান ঐ মুংতোরিবনি।

লৌ : নং নম্বিল লৈতব জাৎনি। ঐবু মখোয়ন করিগুম্ব থীন ঙাংনবহ ফানিংব জাৎনি।

নি : ( তোম্বন খন্দুন ) : ঐ মঙ্গোল্দে পাম্মি লৌকা, মহুদগি থর হেন্ন জ্ঞান তাব। অহুবু নং নহা ওইরি : নং নহা ওইরি।

লৌ : উম, মহুনমি নংন ঐবু থর হেন্ন পাম্মিব, কন্নদো ? ঐ নহা ওই-রবসু মখোয় ইমুংসিগি অচেৎপ রা থর থংতি, মহু মখোয়ক হায়-দোকহল্লিংওইদব। মখোয়ন মতিক লৈরগ ঐঙোম্দ খংনব হৌরকস্নু !

নি : ( হম্বন, মুংশিন থনবিহুন ) নংন ঙাংইবদ, মখোয়ন তাখিব থোক্লকপি কৈদৌরকনি হায়ব নং খঙব্রা ?

লৌ : মখোয়না কৈদৌব ঙমগদগে ?

নি : থাজব য়াদবদে থবক তোকহল্লকনি। মঙ্গী তুংদ নংন লীব ৱারী পূন্নমক ক্কনান থাজবিদগে ? অসিগুম্ব থবক অম্ম অমুক নঙ্গোন্দ কনান পীবিদগে ? য়ুমসিদ লৈব মী কনান নঙ্গ অমুক ৱারী শানব উনরগদগে ? কয়া কুইন নখোয় বাজিত্থ মাগি লৌফম মচাহুদ লৈব ঙমগদগে ?

( লৌকান থকপ চুরুট মত্তেকতু হুঞ্জেল্লগ নেৎথৎলি )

অঙাং নংদি করিমত থঙপোৎ নত্তে অসুম্ব মী অচৌবশিংসিগি নখোয় ঐখোয়গুম্বন মখোয়গ শিংনহুন লাইরবদগি হৌগৎলকপদ, মতিক কয়া লৈবগে হায়বহু।

( মনাক্ত চংশিল্লগ মখোন নেমথহুন ) ঐঙোন্দ য়েংলকউ, চহি ১০ মখোয়গি থবক তৌরক্লবনি। নংন ঐবু মখোয়গি অচেৎ অকোম অমত্ত থঙদবোই নিংব্রাও ? ঐ থঙজি ৱা কয়া য়ুমগি মবেম্মসিগি মরমদ, মত্ত মান মপুবু থঙহন্দৌ শরুক লেভা লিশীং অম তিংগে হায়গদব। ঐ য়ুম্মুসিগি মরমদসু থঙজি মত্ত ঐন য়ুম্মুবীদ তাকথোকউবদ মান মাগি নুপাহুবু থা ৬ জাহন্নিংওইদব। ঐ রেইনাগি মরমদসু থঙজি, মতু মীন তাখিবদ মাগ সরজিয়সক ৱায়োইনরবসু হেক্ত কায়নদৌব—

লৌ : ( মঙ্গোন্দ থীন্দন লৈথোরক্লগ ) : নং কমদৌন থঙঙ্ রিব ? ঐদি নঙ্গোন্দ কৈদৌঙৈদসু তাকখিদে!

সিকো ( হৈশিংনা মন্নিং পাংলহুন ) : মহুনিনে নংগি অরোনব ৱা মচাদো, নত্রাও ? ঐসু খলখি মহুগুম্ব অম ওইরম্মি হায়না। ক্করে, নং ঐন লীব পাউতাক লৌ অত্তগ ইকাইখুম্মব হৈয়ু ; য়ুমগি মবেম্মবু ভাব তাহল্লু নংন করিগুম্ব অথুপ্প থঙলবসু থঙদ্রবসু নংন মত্ত তাকথোকওই

হায়ন থাজহল্ল অদুগ ইমুংসিগি থবক তৌ নবুক শেংন। মচুনি মখোয়ন পামইবদি, মতম তৌরগ নংগি থ্বাইদৈ কান্ননি।

লৌকা : ( তুক্কচন ) নংদি তশেংন মীনাইগি থবাইপানব জাৎনি নিকোলা।

নি : ( থৌশাদন ) উম, মচুনিনে থবক তৌবদ মাই পাক্লবগি লাইবাদি।

( শগোল শাজৈ মখোক্ল উগি থোঙদ গাংগাং থিনব তায় শগোলশং লোমদৈ )

নিপাগি থোঞ্জেল মপান্দৈ : হোল্লো হোল্লো, কদায়, নিকোলা!

লৌকা : য়ুমগি মপুনি! লান্দৈ হল্লক্লে!

নিকো ( থুনমক ) : ঐগি বা হায়ববু অঙনি লৌকা, লান লোইরে। নং চৎলো, কাফি অনৌব থর শেম্মুরো। ( মহাক্ল চেঙ্খোকখি মপান্দ )

লৌ : ( পোৎচৈ কপ মুং খোমজিল্লগ ইমুংদ চংখি ) নংন কৈদৌঙৈদ মীনাইগি থবাইদু ঐঙোন্দ হায় ঙম্মোই।

( শগোলশংদৈ major petooff চংলকই, নিকোলান মতুং ইল্লকই। মহাক মুংঙাইগনব, পাখৎকনব, করিসু লৈতব, মশা নান্দব নিপানি, চহি ৫০ রোম শুরব। মহৌশান অচাওরম পামদব, আয় অমসুং সমাজগি ফমফম নত্তন; মথবাই মুংঙাইন লান্দগি হল্লকপ মফম কাখৎতুন কান্নরব মী অম ওইন। সার্বন লান্দারক্কুন বুলগেরিয়ানশিংদু মরৈবাক নিঙদব য়াদত্তুন মহাক লান্দ চৎলুদব য়াদব, ময়ুমদ হল্লক্কুন মথাই মুংঙাইরব।)

পেটকোফ : ( টেবিলদ থিন্দুন শাজৈন ) সিদ পুথোক্কুন অয়ুকী চরা বাললমলিব্রা? এহ!

নিকো : অহোয় ইবুংঙো। মবেম্মা অমসুং ইবেম্ম রেইনাদি হজিক্ক লেংশিনখিবদ ঙাইরি।

পেট : ( ফমখরগ, চে মকোন অম পাম্ব ) : ইমুংদ চৎলো ঐ লাক্লে তাকউ ; বৌন শেম্ব কাফি খয় পীয়ু।

নি : লাক্লনি ইবুংঙো। ( মহাক য়ুমগি থোঙজিন্দ চৎখ্রে, লৌকান কাফি, অশেংব কপ, ব্রান্দি বোট্টল ট্রেদ হাপ্লগ পুরকই ) নবেম্মদ তাকউরব্রা ?

লৌ : অহোয়, ইমা ইবেম্ম লেংলক্লনি।

( নিকোলা ইমুংদ চংখি। লৌকান টেবিলদ কাফি পুরকই )

পেট : ফরে, সার্বশিংছ নংগ লোইনন চেনখিদ্রে. চেনখিব্রাও ?

লৌ : চেনখিদে ইবুংঙো।

পেট : মহ চুম্মি। নংবু ফাক্সকি ব্রান্দী খর পুরকপ্রা ঐগি ?

লৌ : ( টেবিলদ লিক্লীচু থম্মগ ) সিদ লৈজরে।

পে : মদ্ ফৈ। ( মাগি কাফিদ খর হৈজিল্লি

( অয়ুক অঙনবহুদ কেথরীম্ন ইকে কেহৌদে. বুলগেরিয়াগি এপ্রোন শেৎচিল্লি মন্নব হায়দি ফজরম্ব গাউন মথক্ত, মশম অমুব অপোবদ রুমাল মচুনাইবন পুল্লি, তুর্কীগি খুদোন খোঙঙুপ তোংহুন থোরকই, লেম-ন ওক্ক ফজন উহন্দুন। লৌকান ইমুংদ চৎখি।

কেথ : ঐখোয় ইবুংঙো পাউল : ঐখোয়বু কয়াদ ওকহল্লব ! ( ম্নাগি চৌকি মতুংদ লেপ্পে, অহুগ ৯।৩৩ তৌনব নোট্টে ) মখোয়ন কাফি শেম্বদ ওাইরিব পীররব্রা ?

পে : উম, লৌকান হুজিক্ক পীরৈ। লান লোইখ্রে। মুমিৎ ছম্মিগি মমাংদ বুখারেষ্ট সন্ধি সহি তৌনখ্রে। ওরাং ঐখোয় লাম্নীশিংহ হনখিনব কাখং পীর্থরবনি।

কে : ( মমিৎ লৈন. চুম্ন ক্ষেপখৎতুন ) পাউল, আউষ্ট্রিয়ানশিংন নমহুন মতোম্ব অক্ষি তোহনখি ব্রাও ?

পেট : ( মশান য়ান ) ইবেম্মা, মখোয়ন ঐঙোন্দ তান্নরদে। ঐন করিদি তৌরুনি? ( ফমথরগ মতুং ওন্থোকই মতৈদৈ ) অদুমকপু সঙ্কিন্ন ঐখোয়ন ইকাইখুম্নব য়াব অম, ওইহনখি। মহুন শান্তি উৎলি—

কে : ( শাওনিংব ) শান্তি, লানতোকপা।

পে : ( মাবু থেমজিল্লগ )— মরূপ মপাংগুম চান্নদৌবদি নত্তে: মহু নিংশিংউ। মখোয়দি মহ য়াওন ইনব পামখি, ঐন মহু তরুহন কক-থৎহনখি, মহুদৈ হেনব ঐন করি তৌবদি ঙমদগে?

কে : নংন সার্বিয়া লৌশিল্লব য়াই অদুগ রাজকুমার আলেকজান্দাববু বোল্কানশিংগি নিংথৌরেন ওইহল্লব য়াই। ঐ ওইরবদি অদুম হায়ন তৌরমগনি।

পে : মহুদ ঐকবিমত চিংনদে, ইবেম্মা। তৌইগুম্বসুং অহানবদ আউ-স্ট্রিয়াগি সম্রাজ্য অদু পুম্ন খুদুম চনব তাবনে: মহুগি থবক্তুন ঐহাকপু মতম হেন্ন কুইন নঙ্গোন্দৈ লাপ্ন লৈরুব তাবনে। নং উদব ওন্থোক্ত মুংঙাইখিদ্রে।

কে ( হম্বরক্তুন ) আহ। ( টেবিল লান্ন মখুৎ নুংশিন তিংথোক্তুন মাগিদ্র পাইখৎলি )

পে : নংদি করম করম তৌরম্মিবা চান্নবী?

কে : ওহ, ঐগি মহৌশাগি খোনাও থর নাবদুনি মহুন লোইরে।

পে : ( জ্ঞান তারদুন ) মহু নঙকশম নুক্তিগি ভুমথোকপরনি ঐন নঙ্গোন্দ মহু কয়ারক হায়খ্রে।

কে : অরেম্ব বানি পাউল!

পেট ( কাফি অমসুং চুরুট থক্ত থক্ত ): আজকালগি চৎনবীশিংগিগ লাপ্ন চৎমিন্নবদ ঐ কয়া থাজদে। অদুক মায় হামদোক চামথোকপন হকচাংদ ফব ঙম্মোই, মসি হৌনশা নত্তে। ফিলিপ্রোলিস্ত ইংলিশ-

মেন অম লৈরন্নি, মহাক অমুক তুম্ব হৌগৎলকপ খুদিংগি মশাহ্ন ঈশিং অইংবদ চোৎহল্লি। কয়াদ তুকজথ্রবনো! মহ্ন পূম্নমক ইং-রেজশিংদে লাকপনে ঃ মখোয়গি অইং অশাহুন মখোয়বু অসুক মতিক মোৎহল্লি মহুদি মখোয় মতম পূম্নমক্ত চামখোকপ শূদোকপ তাবনে। য়েংউ, ঐখোয় বাজিদ। মহাক মপুনসিদ অমুক ফাওব ঈকজখিদে; মহাক চহি ৯৮ পুল্লিখি, বুলগেরিয়াদ খ্বাইদে মশা শেংব নিপা ওইখি। ঐ বেরা লৈতে চয়োল অমৈ মল্লুংদ অমুক ঈকুজথোকপ ঐগি ইফমসি কায়দনব; তৌইগুম্বসুং নোংমদ অমুক লুজবদি কা হেম্ন মীন নোক্কব য়ানব তৌবদ তাবনে।

কে: হুজিকফাওব নংদি থশোইদ চাওথৎতব জাৎ ওইবিৎপাভ্রল। ঐন আশা তৌই নহাক রুশকি আফিসারশিংহুগি মমাংদ ব্যবছার কায়রম্নোই হায়ব।

পে: ঐ গুম্বিমখৈ নিংথিন তৌগ্নি। ঐন মখোয়দ খঙহন্নব চেকশিনখি মহুদি ঐখোয়গি ল্যাইব্রেরী অম লৈ হায়বহ্ন।

কে: আহ; অহুগ মসিমদি চায়নম্নরিরোই ঐখোয়গি ইলেক্ট্রিক বেল অমসু মহুদ লৈ হায়ন? ঐন হন্দক্ত অম পাজিল্লবনে।

পে: করিনোনে ইলেক্ট্রিক বেল হায়বহ্নবো?

কে: কুদাম অমদ কিৎ নম্নগ চাথুমদ কিদিং কিঙ্কিং 'লাওরুই; অহুদৈ নিকোলা ফাওরকই।

পে: করিগিনো হৌন মাবু কৌরগ য়াবহ্নবো?

কে: চাওখৎপ মীশিংদি মনাই কৌবদ হৌন থক কৌনদে। নংন চৎথ্রি-ভৈদ ঐন খঙহৌবনি মসি।

পে: ফরে অহুদি; ঐন খঙলকপ অম নঙোন্দ তমগে। চাওখৎপ মীশিংদি মখোয়ন শূব ফিরোলত্ত অরাকপ মীশিংন উগদ্ব মফমদ ফৌনদে; অহুন আদ ফৌরিব ফিরোলশিংসি মফম অমদ থম্নুচংলু।

কে : ওহ, মতু ওইথোক্লব বানি পাউল : ঐ থাজদে য়ায় চাওথংপ মী-
শিংন অসিগুম পোৎশিংদ য়েংশিল্লমি হায়ব।

সারজিয়স : ( শগোলশং থোঙ্গান্দ থিল্লগ ), থোঙ্গাল, নিকোলা !

পে : আদ সারজিয়স লৈরে।

( লাওদুন ) হোল্লো, নিকোলা !

কে : ওহ, লাউগন্নু পাউন্স : মতু অশেংবমক ওম্বোকন নু ঙাইখিদ্রে।

পে : হায়, ( হায়দৈ হেন্ন কম ) নিকোলা !

নিকোলা : ( থোঙজিন্দ লাক্ল ) করিগুম ইং ( ডো।

পে : নংবু ননা পঙলব্রাও ? মেজোব সাবানোফন থোঙ্গান্দ থিল্লিখসি
নংবু ভাদ্রাও ? মাবু সোমদ পোরকও।

নি : ফনি মেজোর। ( চংখি )

পে : নং মাগ খর বারী শাও ইবেম্মা. রেইনান মাবু ঐখোয়গি ইনা-
কুগি পুথোকখিদ্রি ফাওব। মাবু ঐখোয়ন মফম কাথংহন্দে হায়-
তুন মান তকপদ তনবন শিনিংবনে ঐ। মাববদি ঐগি কোক-
থক্তুকো।

কে : মহাকন রেঙ্গনা লুহোংব মতমদ মফম কাথংহনবন চুমই। মতুগি
মথক্ত, ঐখোয় লৈবাকন ঐখোয় টরন্নাই সেনাপতি অম হাপ্লিন্নু
হায়তুন তক্লব চুম্মি।

পে : হোয়, বেজিমেন্ট অমগি মহুৎত ব্রীগেদ অম পূন্ন মহাকন লংখোক-
খিব ওয়ব। কান্নব পোৎ নম্রে ইবেম্ম : মহাক্কি মফম হায়গৎলবগি
খুদোংচাবহু মরীক অমফাওব লৈব্রে, ঐখোয়ন তৌনখিব সন্ধিতুন
মতম কুইন শান্তি লৈহল্লনি হায়ব থওদ্রিমথৈদি।

নিকো : ( থোঙ্গান্দে লাওরকই ) মেজর সার্জিয়স সারানোফ ! ( মহাক
য়ুমদ চংগ্রগ অহমগুব চৌকি অম পুরক্তুন টেবিল ময়াদ থাংরে,
অত্তুগ থোকখি। )

Major Sergius Saranoff। রেইনাগি কাদ খেৎলিব ফোটোগি শকমপুক্ত মরেপ বাংই মঙলানগুম ফজে, মশা কল্লি, মখিল নৈ, লাক্‌পা ওয়াদাব চীরৈবী লুচিংবদি মতৌগি। মশান মাল্ল চাওখৎপা মী মাম তোপ তোপ্প উই। পিশুম ফজে, লীরুং মাম্ন কোল্লগ মাহং খুদম মাল্লি মিংথৈদ, খম্বনজাওব মিংতা পাল্লি ; মনাতোম্ম শায়, তুমই, খম্বনগনব মাম থোঙ শাই, নাতোল মখুল লাওই ; মখদাং মতেক লাম, লৈপ্লিনকি সেজুল লৈব পক্কনি অশিংব চাওখৎলকপদ ভাইটিব বোলকাদ্দ সভাভা খুঙ্গচন্দ্র লাখল খন্দক য়াদ্রব মতৌ উই।

মহাক রেইনাগি ফিদম ওইরিব পাথৌনি মহাক নত্রবদি অতৈ লৈত্রে। কেথরীনন মাগি মরমদ থবাই য়াওবসি মচানুপীদে পঙতা তাদে, অদুগ মাবু লুন তৌনিংবদু থাকুন উৎথোকই। মহাকন শগোলশংদে চংলকপদ কেথরীন হবাওন হোগৎলি মাবু ওক্লব। পেটকোফতি ময়েক লান থৌশাদব উই মাগি মরমদ।

পেট : ঐন হায় খুলাদো সারজিয়স নংগ উন্নব চুংঙাইবে।

ক : নুংশিরব ইবুংগো সবজিয়স। [মথুং অনীমক তিংথোকই]

সরজিয়স : (থৌনা ফন জান তাম খুৎনমত্থ চুপ্পগ) নুংশিববী ইমা ইবেমা, ঐন সুম্ন কৌজব য়ারবদি।

পেট (ইয়াং য়াংন) ইনেম্বোক হায়যু সবজিয়স, ইনেম্বোক। ফম্মুনে, কাফি থর থকউ।

সরজিয়স খোঙক মখু কল্লিমত থকচরোই। (টেবিলদৈ হন্দোকখি পেট-কোফন কাফিন পামজবদু ওল্লহন অদুগ্ন সিড়িগি পাথৈদ চীঙ লেম-ন ভাক্লই।)

ক : নং ওয়াক চংথোকন উরে। হন্দক খুদ্দুগ লানচুন নংবু চাও-থৎহল্লে সরজিয়স। সিদ লৈব মী পুম্নমক নংগি নবমদ ভাওনরে।

ঐখোয় লোয়নমক হয়াওবন ঙাওনরবনে। নংনে। মুচীংমুন্ চথোন-গ্রব শগোল লাম্মীগি লাঞ্জংদ্রদ।

সর : ( সুকথন অর্থ অমরোমদ ) ইমাইবেম্ম : মচুন ঐগি লানহ্গি ঞিংচংত নাওশুম অমসুং মোংফম ওইগ্রে।

কে : মহ্দি কমদৌনা ?

সর : ঐন লান্দূ ঙমজখি অরানব পাইম্নেন, ঐখোয়গি মতিক চায়ব কপ্কি জেনেরেলশিংন অচুম্ব-পাম্নেন মাইথীরব মতমদ শম্ম হায়রবদ ঐন মখোয়গি লাক্লোংহ্-মথক মথা ওন্থোকলুরে অহ্নগ মখোয়গি ইজংতু হন্থহলুরে। ক্লোসেকি কর্ণেল অনীগি রেজিমেন্টশিংন্দু য়াম চুম্নব বৈজ্ঞানিক লাঞ্জংদ চংবদ মাইথীগ্রে। মেজোর জেনেরেল অনী লাম্মীগি ব্যবহার কায়দন হাংগ্রে। কর্নেল অনীহুবু হজ্রিক মেজোর জেনেরেল কাহনগ্রে, অহ্নগ ঐন হজ্রিক কাওব ইচম চম্ব মেজোর অম ওইহ্নন লৈরি !

কে : নহাক অত্তম্ম লৈব য়ারোই সরজিয়ন্স। হুপীম্মাম নংগি মিচংদ লৈ, মখোয়ন নঙ্গোন্দ অচুম্ব বিচার তৌবিনব য়েংশিনগরি।

সর : মহ্নগি মতমহ্ন হেন্দোকখ্রে। ঐ হজ্রিক লান ইংখুব ঙাইরিবনি থবক তৌরুব চৈ পীথংতৌবগি।

পে : ( ঙক্চুন কপ থাদরগ ) নংবু থবক থাদোকপা।

কে : ওই, মহ্নদি তৌরুব য়াদেকো, হন্দোকউ।

সর : ( মবুক লেপ্লব মক্তোদ, মখুৎ লোয়হ্নন ) ঐ খোন্দোহ্নদে হন্দোকউদে।

পে : ( মুংঙাইতন ) নংন অত্তুম্ব থবক তৌরনি হায়বগী কনান হজ্রিক থাজগদগে ?

সর : ( নিপাথোক্ন ) ঐখু থঙবিব খুদিংমক্ন। ঐ অমদি ঐগি বাকমগি ওক্লে। য়েইনাবু কমদৌরিবগে ? মহাকপু কদায়দ লৈবগে ?

রেইনা : ( য়ুমগি কাচীনলোমদ থংহৌদন লাক্লগ, সিড়ি মতোন্দ লেপ্লগ ) রেইনা সিদ লৈরে ।

মখোয়ন য়েংশংলকপদ শুমহৎনবৈ শকফম লৌহুন লৈ। মথাদ শংবানব মুগ্রা শেংলি, মথক্ত ফুরিং পারপ তৌব অঙৌবদ সনা-মচুন মপান লোনব লিংলি । ফজবব নোংপোকলোমগি টুপী অরংব সনা মচু মানবন লুহপ ওইন উপই । সরজিয়সন মাবু উমনব মথন্দ খাংবঙমদন চংসিনখি। রাজকুমারীগুমন মথুংত্তু লেমন তিংথোকই মহাক্ক অথোব মানন মথুউ নাম লৈতাবগ চুপই —।

পে : ( কেথরীন্দ মপাওইবগি নাপন য়াওন ) ফজদ্রনে সে? মহাক্তি চপ-চপ চাব মতমদদ্দ থোরকপনে।

কে : ( ঙাইঙমদন ) উম, মহ্ন তাহুন লৈরি পোংনি। মসি হঙ্গোইনগদৌব হৈনবী অমনি ।

( সরজিয়সন রেইনাবু থৌনাফবগি মতোদ ফন্দুন পুরকই লেম-ন। মখোয়ন টেবিলদ থুংলব মতমদ, নুপীহুন মকোক খিত্তং নোন্দুন ওন্সিলি : নিপাদ্রসু মঙক নোল্লি, মহ্নগ মখোয়নী খায়দোকনৈ, নিপান ম্মাগি মফমদ, নুপীন মপাগি চৌকি মতুংলোমদ চৎতুন।

রেইনা : ( নোম্বহুন মপাবু চুপ্পু রগ ) খুংশিরব পাবুং, য়ুমদ হনবিরকপ ওম্বোক্ত হুংঙাইজরে।

পে : ( মচাগি থজাই নাক্লগ ) ইপাগি লাংলেন পিক্লিবী । ( মচাবু চুপই, মচান সারজিয়সন ফমব শিকোলান থারম্ব চৌকিদ ফমথি )

কে : অহনদি ইবুংঙো নং লাম্মী ওইব তোক্লেনে সরজিয়স।

সর : ঐ হকিক লাম্মী ওইব তোকটরে। লাম্মীগি থবকসি, ইমাইবেম্মা. পাংদবৈ মহৈ ওইরম্মে, করম অশোনবক হুংশিব থঙদন চৌংশিন্দুন মৈব, শোন্নগন খুদোংথীব নংদনর চেনব। মাইপাক্ক লান থেংননবৈ

লাইবাদি মতুন লোইরে, মেক্কমবু খুদোংথীবদ সৈহল্লগ থেংনবঃ অদুগ কৈদৌঙৈদ মাননব ফিভমদ লান থেংনদব।

পেট ঃ মথোয়নসু ঐখোয়বু ফিভম-শায়বদ থেংনদি মায়োইয়ে। অদুম ওইনমক, ঐন নীংই, লাম্মীগি খবকসিসু অত্তোপ্প কারবার অতৈ-গুম্ব কারবার অম ওইব চুমই।

সর ঃ চাওয়াক্ক মগুম্মক্কি। অদুবু কারবারী অম ওইন ইমিং চংপদি ঐ পামজদে। মরম অদুন ঐন ঐখোয়গ শাইরোট্ট লাম্মী বন্দী ওয়খিব বেগপাম্বব কেপ্তেননি হায়রদৈ পাউতাক লৌরগ থাদোকচরবনি।

পেট ঃ করি। সুইজরলণ্ডগি নিপাক্কলাও? সম্মজিমন ঃ ঐ মতুদ বন্দী ওয়-খিবগি রাত্রু ত্তোইন থরবনি। মহাক্ক থারকপ শগোলশিংদুন ঐখোয়দৈ হাল্লমদোই।

সব ঃ মানি ঐখোয়দৈ হাল্লমদোই। মাগি মপাক হোটেল কম্মি, শগোলশং থম্মি; মতুননি মান শগোল শিজিন্নবগি মরমদ হায় ত্তান লৈর-ম্মিব। (থবাই য়াওশিনমন, করেম্নন) আ ঃ, মহাক লাম্মীনি ঃ মহাক্কী ইক্কি খুদিংমক লাম্মীনি! ঐন ঐখোয়গি রেজিমেণ্টকি শগোলশিংত্রু লৈরম্লবদি খুদোংথীবদ ইপণ্ড পঙন থৌজিন্নবগি মহৎত, ঐ হুজিক্কি ফিল্ড মার্শেল ওইজরম্মদোবনি!

কেথ ঃ সুইস অম? মহাক্কি সর্বিয়াগি লাম্মীমরক্ত করি তৌরিবা?

পেট ঃ মশান য়াওজরব ভোলুন্টিয়ারনি, লাম্মীগি থবক্ত পামজবন। (নোক্লহন) ঐখোয় লান কমদৌম শোকমব হোদগে হায়বত্রু থগুলম্মোই, মীরৈবাকমচাশিংশিন ঐখোয়দ তিংশিক্কমরাকদি ঃ মশিংগি মরমদ ঐখোয় করিমত থগুলমদে অদুগ সর্বিয়াগি মীশিংসু থগুজরগ নত্তে। অওইবনি, মখোয় য়াওবিরবদি ঐখোয় লান তৌনজরম্মোই!

ইনা : সার্বিয়াগি লাম্মী মরক্ত সুইসকি আফিসার য়ায় য়াওব্রাও ?

ট : য়াওদে. আউষ্ট্রিয়ান মচা ঙাক্তনি, ঐখোয়গি আফিসারশিংন রুশমচা ঙাক্ত ওইবগুম। সুইস হায়ববু মহাক মথন্দনি ঐন খেংনরকপ ঐ অমুক সুইস মচাবু থাজররোই। মহাকন ঐখোয়বু নমথাক তৌহন মশা কন্নিব নিপা ৫০ পীহনখি কাম্নদ্রব মশা কেম্মব শগোল ২০০গি মহুৎ ওইন। শগোলশিংহ চাবফাওব য়াররোই-দবজাৎনি!

র : মপুং ফারব লাম্মীগুগি মখুংত ঐখোয়নীদি মেজোর, অঙাং অনী-গুম্বনি ; ইচম চম্ব করিসু খঙদব অঙাং অনী।

ই : মহাকপু করি মানবগে ?

থ : হেবা রেইনা, পঙলব বাহংহুবু করিনো!

: মহাক পোষাক শেৎপ লোনবৈ কোইন চৎপ মাল্লি, খোঙু প বুট ফাওব শেঙ্গাও পায়বৈ মত্তৌ।

ট : (খিগৎতুন) সরজিয়স ; কেথরীন্দ লীয়ু নহায় মাগি মক্বপ্ন ঐখোয়দ তম্মকপ অঙকপ বারী মহাকন প্লিভনিজাগি লান মতুংদ চেল্লকপ-গিদ। নং নিংশিংইনি। মহাকপু মুপী অনীন লোৎপিরকপগি বাদো।

: (মুংঙাইতন লকনবগুমন) ওহ, মানি ; মুংঙাইরব মঙলাননি। মহাকন তৌরম্ব থবকন নোংমৈ অচৌব শিজিন্নব কাংবুদ, ঐন লা-জোং চুমজন লান্নাক্নবদো! হৈশিংলব লাম্মী অম ওইবন মহাকন লাম্মী অতৈগুমন চৈনখি, ঐখোয়গি শগোল তোংব লাম্মীন মতুংদ তায়হন। মখোয়গি থাং চাদনব মহাকন ঊশিন্ন, ঊতোং অমদ কাখৎলগ বুলগেরিয়াগি নহাওইরিবী নৈম [illegible] তুমব কাদ চংলুই হায়! নহা ওইরিবী ইবেম্মহ নিপাহগি কোইন লংফৈদ

লশোনব চৎপগি ব্যবহারস্থুন তুক্মাৎখ্রবজাৎনি। ইবেম্মতুম য়াম্মন ইকাইখ্রীব নিপাস্থবু পুং অমরোম ওইগদ্রা তরাম তরামন তৌবি-রবজাৎনি, মত্তুদগিদি মমা কৌশিল্লুবজাৎনি লৈশাবীগি শাজৎ মান্দব তারে হায়দুন। মমা হন্নুবী অহুসু মচাগ চপ মান্নন ইয়াংদুদ ঈরাকনরবোইরে; অদুদে মীচেন্দুবু অয়ুক্ত মাগি লম্বীদ থাদোক-পিখি, যুম্ব লান্দ চৎখিব অদুগি কোট অমনব অমন মশক লোৎহল্লগ। রেইনা (লৈমশিজ শান হৌগৎলগ): লাম্মীমরক্ত লৈরুবদেরা করি-নো নং য়াম্ম হৌনব থঙদ্রে সরজিয়স। অদুখ বারীদু ঐগি ইমাংদ নংম অমুক লীরনি হায়ন ঐ থাজরমদে। (তকুন মমাই লৈথোকখি)

কেথ (হৌগৎলগ): নুপীমচান হায়ব চুপ্পি সরজিয়স। অদুম নুপীশিংদু লৈব থোক্লবসু ঐখোয়দ মহুগি বাদু থঙহনোইদবনি।

পেট: হে হে! অপঙব বানি! মহুবু কৈদোবনো?

সর (ইকাইন): নত্তে, পেটকোফ: ঐন লাল্লুরে। (রেইনাদ নোক্লুকন) ঐবু ঙাকপিয়ু মেমা, ঐ হৌনখঙদব লীচৎ চৎল্লুরে, ঐবু বায়োবিনু রেইনা। (খিৎতং নোক্নে) ইমাশিসু ঐবু ঙাকপিয়ু (কেথরীন্দু খিৎতং নোক্লগ ফমথৈ—ঙাকপিরবে ভাবত)

(মহাকন রেইনাদ চীং লেম্ম ঙাংথরকই) হৌখিব থা থরদ ঐন উখিব পুজিগি অথোৎপ নাকলহুন ঐবু থাজগন্দব অম ওইহল্লে; অদুসু ঐগি থাজগন্দব মিৎয়েংদু ঐন সিদ পুরক্লমোইদবনি: য়াম্মরবদ নংগি নমাংদদবি রেইনা। ঐ—(অতৈদ ওজিন্দুন বা সাংন ঙাংথগে তৌবদ মেজোরন ঝিংলগ)

পেট: অয়েম্ম কায়দব বানি. সরজিয়স! মহুথকন ওক্লে, কৈসু লৈতব বাহুদ লুন থল্লুসু; লাম্মী অমগি মচানুপীদি করিসু তুকথদন খিৎতং কম শাব বায়ীদ থাংব ঙমদোবনি। (মহাক হৌগৎখি) লাকও,

ঐখোয় থবক্ত পুকনিংচংব মতম ওইরে। ঐখোয় লেপ্পরুব তারি করম হায়ন জৌরস রেজিমেন্ট অহমহু কিলিপ্রোপোলিসত হলহন-থিদগে হায়বহু। সোকিয়াগি লম্বীদদি শক্তিক কংপোৎ মত্তে। ( য়ুমলোমদ চৎখি ) লাকও লাও।

( সরজিয়সন ইয়গে তোবদ কেথরীগ্ন হৌগৎলগ থাম্মি )

কেথ : ওহ, পাউল, মিনিট থরদং সরজিয়সপু থাদোকপিরম্ব য়ারোইদ্রাও ? বেইনাগ মথোয়মী হুজিকফাওব বারী অমত্ত শাদ্রিবগুম্বনি। রেজি-মেন্টশিংগি বাহু লেপ্পবদ ঐন তেংবাংজব য়ারোইদ্রাও ?

জি : ( রানীংদব উৎতুন ) কদায়দৈ ইমা ইবেম্মা, ওইথোক্তব বানি : মহাকন—

কেথ : ( মাবু থাম্মগ শান্নব ওইন ) নং সিদ লৈহৌ মুংশিরব ইবুংঙো সারজিয়স : ফিংবৈ বা কৈসু লৈত্তে। ঐহাক পোলন্দ বা অনীদং হায়গদোব লৈ। [ সরজিয়সব লেপ্পগ, নোহৈ মকোক, অতপ্প হনখি ] য়েংগুই, ইবুংঙো ( পেটকোফকি পাম্বোম পায়রগ ) লেংঙকও ইলে-ক্ট্রিক বেল য়েংউসে।

পেট : ওহ, য়ামন ফৈ, য়াম্ন ফৈ।

( চায়ন অনীঙ্গ চংমিন্নখি। সরজিয়স মথন্দ রেইনাগ লৈহৌই, লাংতক্পন মজোম্ব য়েল্লই, মহাক হুজিকফাওব শাওরমথিদ্রা থন্দুন। রেইনান যোম্মোন নোকই, মজোন্দ মথুৎ তিংথোকই )

ায় : ( চেক্সিল্পগ ) ঐবু ঙাকপিরব্রা ?

রেই : ( মথুৎন অমহুগি মরেংবান্দ পায়রগ য়েংবৎলি মমায়দ মাবু থাগৎপ অমসুং পূজা তৌব ওইন ) ঐগি অথৌব ! ঐগি নিংথৌ !

সর : ঐগি রানী। ( মরাইবক্ত চুপই )

রেই : সরজিয়স, ঐন নংবু কমাদ কন্নকখিবা ! নহাক তাইবংপান্দ পানা থোকউরে, লান থেংনব লৌবুক্ত, তম্মুরে নশাবু উৎচব মকম অহদ

পৃথিবীগি কনাগুম্বী নুপীগি মতিকচাব নিপানি হায়ব ; মতমঙদ ঐদি করিমত তৌদন য়ুমদ ফমহন লৈব তাখি- মঙ মঙহন—করিসু কান্নদন—করিমত শূদন কনাগুম্ব নিপা অমগি মতিকচাবীনি হায়ব য়ানব।

সর : খ্বাইদৈ চান্নবী : ঐন তৌরুব পূম্নমক নহাক্কি ওইহ্নকইবনি। নহাকন থৌজিনবনি ঐবু। ঐন লান্দ চংউবগ্ম পাখৌ অমন টুর্নামেন্ট য়াও-ফবগুম্বনি মাগি মবেম্মন কুম্মে য়েংহন লৈরিভৈদ!

রেই : অদুগ ঐগি বাখল্দগি মিকুপ অমফাংব নহাক চখোকখিদে। (য়ায় চীং লেয়) সরজিয়স! ঐন নিংবদি ইমানী অন্নাংব থাজি নুংশিবহ্ন থেংনরবনি। নংগি বাখল হেক তৌব মতমদ ঐ অচোম্ন থবক অমত্ত তৌনিংদে অদুগ অনেম্ব বাখল অমত্ত খন্নিংদে।

সর : ঐগি মবেম্মা অমসুং ঐগি দেবী!

(ভক্তিগ লোয়নন মখুৎন পায় মাবু)

রেই : (মান পায়রকপ কোল্লকপহ্ন হন্দুন) : ঐগি মবুংঙো অমসুং ঐগি—

সর : স···স···! ঐন ইডাংচব ওইগে চান্নবী। নংদি খঙপোৎ নত্তে খ্বাইদৈ ফরব নিপা ফাওব লৈশাবী অমগি অশেংব নুংশি লীচিংগি মতিক কয়াদ চাদব হান্নবহ্ন!

রেই : ঐ নংবু থাজে, ঐ নংবু নুংশি। নংন কৈদৌঙৈদ নিংব কান্ন-হন্নোই সরজিয়স (ইমুংদ লৌকান ইশৈ শকপ তাই। মখোয়নী পরপ পরপ থাদোকনৈ।) ঐ ইখৌ থৌশাদন বান্নী শাজিন্নব হৈত্তে মাগি মমাংদ : ঐগি খল্লোইসি থল্লে পাখোক্লে।

(লৌকা লাকই ইমুংদৈ ট্রে পুডুন, টেবিলদ চৎলগ তৈথোকউই মখোয়দ মতুং ওন্থোক্তুন)

ঐগি টুপী লৌথোকউখিগে, অদুগ চাকচাব মতম য়োন্ত্রিফাওব চৎথোকউব য়ানি। মঙ পাম্বিন্না অদোম্বো!

সর : খয় থুবিরকউ। মিনিট মঙাদং অদোম্ম লাপথিবদ পুং মঙা শুর-
বোই খল্লি।

( রেইনান সিড়ি মতোন্দ চেনখৎলি, মমাই লৈথোক্লগ য়েংলকই অহুগ মখুৎ অনী মচীম্ম চুপ্পগ ঈথক্তু থারকই। নিপান মিকুপ অম পাম্ম য়েংই, তপ্প লৈথোকখি. মমাই মাইথোংহু অরাংব বাখলন ঙালহল্লহুন। মান লৈথোকপ অহুন মাগি মিৎয়েংভমহু লোকাগি Double apron গি মমৈদ তাররে। মহুদ মবুকনিংহ পুনগ্রে থুদক্ত। হুরান্দুন য়েংই মজোন্দ, মমাইহু তমথীন লৈশিল্লি, মখুৎ ওইন নিং-জোন্দ খমহুন, মমৈদ লাম্মীগি মথোঙ থেঙ্গাইনবহু তোরগ টেবিলগি অতোপ্প নাকলদ চৎখি লোকাগ মাইয়োক্লনব অহগ হায় )

লোকা! নং খঙব্রা অরাংব থাক্তি মুংশিব হায়বহ করিনো?

লোকা ( ওক্লহন ) খঙজদে ননাই ঐদি।

সর : য়াম্ম চোকপহনব পোং অমনি মহবু মতম কুইন ঙাকখৎতুন থম্ব, লোকা। মহুগি তুংদ মী অমন খর রাইশংব দরকার ওই।

লোকা ( করিমত খঙদন ): পাম্বিব য়াই কাফি থিত্তং ফানবিব ইবুংঙো?

( কাফি pot অহু লাম্ব ওইন টেবিল রাংমদ মখুৎ থিন্দোকই )

সর : ( মখুৎতু পায়রগ ) থেঙক য়ু, লোকা।

লো : ( চিংথোকশন্নরগ ) ওই, ইবুংঙো, খঙবিরিব অহনি, ঐদি অহুগি ভাব নচ্চদে। ইবুংঙোগি মতৌহুদ ঐ ঙকচরে।

সর : ( টেবিলদৈ লৈথোক্লগ মঙ্গোন্দ মাবু চিংশিল্লগ ) ঐসু ইথন্দ ঙক-চরবনিনে লোকা! শ্লিওনিজাগি অথৌব সরজিয়সন ঐবু হজিক উগ্রগ করি হায়দগে? সরজিয়স হায়ব অরাংব থাক্তি মুংশিব শন্দোকপহন ঐবু হজিক উরগ করি হায়দগে? ঐগি ফজরব শকফমলিদগি চথোক চৎলিন তৌরিব সরজিয়স ডজন মথাইহুম

ইমানীন সুম্ম লৈরিবৈঙদ ফাগ্রবদি করি হায়দগে ? ( মথুং থাদোক্লগ হৈশিংন মথ্বাংদ পায়রগ ) ঐগি শকওংসি নং ফজৈ হায়রন থনব্রা লৌকা ?

লৌকা : ঐবু থাদোকপিরো ইবুংঙো, ঐ মিংদা থীব তাবে । ( নাম্বোকে লাক্লে, ঙমদে ) ওহ, থাদোকলো হায়বনি ।

সর ( মমিৎত চুমদ্রিং য়েংলগ ) : থাদোক্লোই ।

লৌকা : অদু ওইরগ মীন উবোইদ্রব মফমদ লেপ্পুংসি নংবু অচম্ব জ্ঞান লৈতব মীরাও ?

সর : আ । মত্ত মরম চাব থানি ( থোংজিল লোমদ থর থৈদোক্লগ, য়ুমদগি থর মরুম ওইরগ )

লৌ ( ইচম চম্ম ) : ঐবু মিহুৎথোক্তদৈ উথিনি ; ইবেম্মা রেইনাম শোইদন নংগি নতৌ লোম্ম য়েংলম্মি ।

সর : ( পাল্লত্রুন, মাবু থাদোকই ) চেকশিল্ল লোক্সা । অবাংব থাক্তি মনুংশিঙ্গ ঐন ইতিক চাদবন কায়হনব য়াই ; অত্তবু নংমদি ঐবু ইকাইব পীম্নু ।

লৌ : ( জ্ঞান তাম ) তৌজরোই তাইবংপানসি পীগে হায়র ফাও ইবুংঙো, অশেংবনি । ঐবু হুজিক ইথৌদ চৎচখিব য়ারদ্রা চানবিত্তন ?

সর : ( মপাম্বোম্ম অমুক কোল্লগ ) নংসি পুক্লিং লাংহনব শরোই মর্চা অমনি লৌকা । নংগ ঐগ নুংশিনরম্মবদি নং মিহুৎথোংদৈ ঐগি ইতৌ লোম্ম য়েংগদ্রাও ?

লৌকা : অত্তবুদি ইবুংঙোন তাকপিখিবনিন মতম অমত্তদ লৈবাক মচা করুক পূম্ম ওইবী হায়ত্তন, ঐ. তুংদ লোম্ম মাম্ম য়েংজমতায় ।

সম ( তুঙ্গাংলত্রুন ) : শিংসু শিংবী ফসু ফজবী ( চুপকে লাকল্লে )

লৌকা ( লৈথোক্লগ ) : ঙ্ম ঐ চান্ন থেংবিরকপ পামজদে। অচৌ অশাং পুন্নমক লোইন মান্নে : ইবুংঙোন ইবেম্ম রেইনাগি মতুংদ ঐঙোন্দ নুংশিবিরকই; ইবেম্মসু অহম্ম চপ চান তৌই ইবুংঙোগি তুংদ।

সর : ( খোঙথাং অম হন্দোক্লগ ) লৌকা।

লৌ : মতুন উৎলি ইবুংঙো ইবেম্মখোয়দি মসিবু কবিসু থৌশাবিদে হায়রু।

সর : ( হঙ্গোইনদন থাদোকলগ, য়াম্ন ব্যবহাব লোইনন ) ঐখোয়না শাবিব বারীসি চত্থখিসি হায়ববদি লৌকা, মসি নিংশিংবিমু মহুদি লৈবাক মচা অমন মাগ হায়ন শিংনবব লৈম শিজহুগি মরমচৎ মাগি মনাই নুপীতুগ বারী শানদে।

লৌকা : খঙবদ ওন্থোকন লুখ্রে অচৌ অশাং অমন করিবু অচুম্ব ওইন লৌবগে হায়বহু। ঐন খঙ্গরুবদি ইবুংঙোন চীন্ন ঐঙোন্দ থেংবিগে তৌরকপ অতুদ অহুক হাকন চেকশিনব থাদোকপিরব্রা অসিদনি।

সর : ( মঙ্গোন্দে লৈথোক্লগ, মকোক্ত মথুৎন শুজতুন লৈকোন লোমদ চৎলগ ) লাইমু! লাইমু!

লৌকা : হা হা! ঐন নীংজৈ ইবুংঙো ৬ তুগি মনুংদ অমদি ঐগ য়াম্ন মান্নে; ঐন ইবেম্ম বেইনাগি কৈসু লৈতবা মীনাই ওইরবসু। ( টেবিলদ থবক তৌখি, মাবু অমুক য়েংউদন )

সশ ( মথন্দ ভাংজৈ ) : মখোয় তরুক্তুগি মনুংদ কবম্বন অশেংব মীনো? মহুগি বাহংতুন ঐবু হুক্তিক ওৎলি। মখোয়হুগি মবক্ত অমদি পাথৌনি. অতোপ্প অমন ফাগী মী, অতোপ্প অমন লৌনম তৌব মী, অতোপ্প অমন ওইব য়াই মচীন কাম্ব মী ( মহাক লেপই. লৌকাদ হুরান্দুন য়েংই অতুগ য়াম্ন নুংঙাইতন ভাংই ) অতুগ অমন য়ামদ্রবদ পাংদব অম : পাংদব অতৈগুমন মিহৌচাওব।

( টেবিল মনাক্ত চৎলি ) লৌকা।

লৌকা : করি ওইরবনো ?

সর : কনানো ঐগ শীংনরকইব নিপাদো ?

লৌকা : মহু ঐঙোন্দে কৈদৌঙেদ খঙবিব য়ারোই, মুংশিবগি ওইরবসু শেলগি ওইরবসু।

সর : করিগি ?

লৌ : করিগিনো খনবিরুসু। মহুগি মথক্ত ঐন তাক্লকপনি হায়রুন ইবুংঙোন তাকথোক পিরক্লনি অদুগ ঐন খবক্তে তোক্লনি।

সর : ( মখুৎ য়েৎ তিংথোকতুন ) মহু তৌরোই ! ইজ্জংকি মথক্ত ( মখুৎ থাদৈ মশাব, খামজ্জৈ, খিগৎতুন ) নিপা অমগি, হৌখিব মিনিট ৫ দা চৎখিব লীচৎতুম চৎপ ঙম্ব। নিপাদু কনানো ?

লৌকা : ঐ খঙজদে, ঐ মাবু অমুক্ত উখিদ্রি। ঐদি মাগি মখোঙ্গেলদ তাক্লবনি ইবেম্মগি কাগি থোঙজাওদৈ।

সর : অচাচ্চা ! অদুক থৌনা ফনা নংন ?

লৌ : ( হন্দোক্লগ ) ওহ, ঐদি মাংনব করিঙম্ব খঙ্গদে ঐগি বাহ অদুম্ব লৌবিব চুমদে। ইমা ইবেম্মসু মহুগি বাহ্ব লোইন খঙজি। অদুগ ঐন হায়রিবসিনি - লৈবাকমচাহ্ন করিঙম্ব অমুক হম্ব সিদ লাকপ থোক্লবদি, ইবেম্মা য়েইনান মজোন্দ লৈথিনি, নিপাহ্মন পাম্বসু পামদ্রবসু। ঐ খঙজি ইবুংঙো ইবেম্ম অনীন লোইনরিব অশেম্ব মরোইনহুগ অশেংব লীচৎক করি খেল্লবগে হায়বহু। ( সরজিময়স নিকই মহাক্ল থাংন খিল্লবগুম। মহুদগি মমাইহু য়োৎকুম তিংখৎলগ, শুকথন মনাক চংশিল্লি অহগ মাগি খুনীং মথক্ত মখুৎ অনীন কম্ব ফাক্লই )

সর : হৃজিক বা হায়গে মুম্ব তাও।

জো: ( শুগৎতুন ) অতুক কন্ন পায়বিনু, ইবুংঙোন ঐগু নাহনবিরে।

সর : মতুন চৎনপোৎ নত্তে। নংন ঐগি মিংচৎ মোৎকল্লে, ঐবুসু য়েন্নখা পাভিত্তাবগি কাংবুদ য়াওকন্দুন। অতুগ নং নবেম্মগি অচেৎপ বা তাকখোল্লে।

লে : ( কোন্দুন মশাতু ) চানবিয়্ন।

সর : মতুন তাকপদি নং তুকজব য়াব লৈবাক মতুম মচা অমনি, মী-নাই অমগি মথৱাই য়াওব মতুদ। ( অমোৎপগুম থাদোকই লৈ-খোকখি মথুৎ কল্লোক্লগ মহাক্কি মচেৎ পক্কনব, ফক্লাং ময়াদ ফালদ ফম্মুই, শুকথতুন বাখল তৌখি )।

লোকা : ( শাওন শুগৎলগ, থুদাং অনাবতু নাল্লতুন ) নংন হৈরিবসি মীবু নচীন্ন থীন হায়বদ নত্তন নখুৎন মীবু নাহনবসু হৈবনিনে। অতুবু ঐ করিসু চেকশিন্দে, হুজিক্কি ঐ খঙলে ঐসি ফন মোৎপ লৈ-খোয়্না শাব ওইববসু নহাকসু মতগি লৈখোমদুন শাবনি। নুপী-দুগি বাদি, মহাক ওইদব ঙাংবা অমনি, মহাকন মপান্দ ফজন উৎলিবদুদি মত্তাংনি ; ঐগি ইমলাদি মাগুম্বী ৬ নি। ( অনাব-মফমদু নাম্বোকখি মঙক হায়দোকখি, থবক তৌখি - ট্রেদ পোৎচৈ হাপচিন্দুন )

( নিপাদুন মঙ্গোন্দ চিংনন য়েংই। নুপীদু ট্রেদ পোৎচৈ হাপ-কৎপ লোইখি, মফিদু মপান্দ থুনচিল্লি, পূম্নমক পূন্ন পুথোকখিনব। মদু থাঙ্গৎকে নোম্ববদ, নিপাদু কৌগৎলি।

সর ঃ লোকা ! ( নুপীদু লেপই, শিংনদুন য়েংই মঙ্গোন্দ ) লৈবাকমচা অমন করিগুম্ব ফিভমদসু নুপী অমবু শোকহনবগি অধিকার লৈতে। ( য়ায় নোল্লুক, টুপী লোখোঙ্গুন ) ঐ নঙ্গোন্দ ঙাকপিনব হায়জরি।

লৌ : মদ্‌মন হায়জবদ্‌ন লৈমশিজ অমব্‌ পেলহনব য়ারম্ব য়াই। মদ মীনাই নুপী ঐঙোন্দদি কৈদোনদগে ?

সর : ( মথৌনাদু য়ৈখায়রবদ, খিগৎতুন নোকখি, উশিত্তন ঙাংলকই ) ওহ ! নংন পাম্মিবসি নাখিবদুগি মমলনিনে ? ( ফুরিৎখাওদৈ শেল খর পুথোরকই )

লৌ : ( মমিৎত মপি তাজরগ ) নত্তে ঐঙোন্দ শোকখিবদু ফহনবিব পাম্মি।

সর : ( খোন্দাদুন নেমথহল্লদুন ) কমদৌনা ?

( নুপীদুন ওইথংব পান্বোমদু তাথৎলি ; মখুৎয়েৎকি খুবী খুদোম্ন মপান্বোমদু পায় ; অশোকপদুদ য়েংথে। মদুদগি মকোক থাজৎলি. মঙ্গোন্দ য়েংই। মমৈদ, রাম্ন চীং লেম্ন মখুৎতু মহাক চুপ্লিনব লাম্বোকই। ঙক্লদুন নিপাদুন মঙ্গোন্দ য়েংই, পান্বোমদ অমুক, নুপীদ অমুক, চীংনৈ, অদুদগি য়াক্ল লাওরকই ) কৈদৌঙৈদ ওই-রোই ! ( মঙোন্দগি লাপ থোকখি )

নুপীদ মপান্বোম থাদখি, বাঙাংদ তৌশিন্নদ লেম-না মাগি ট্রেঙ্ক পায়খি, য়ুম লোমদ চংখি—রেইনা হল্লকই ; হৌখিব চহিগি pashion দা টুপী ১ উপ. জেকেট অম লিং। লৌকান লশী থাদোক পোংন, অদুগ ইমুংদ চংখি )

রেইনান : ঐ লোইরে। কৈদৌনরবগে ? ( মুংঙাইন ) লোৌকাদ মুংশি মুংওনগি বা হায়রম্মিব্রাও ?

সর : নত্তে নত্তে, কদায়দগি অঁদুম্ব বাবু খন্নবিরুরিবনো ?

রেই ( ইকাইজদুন ) : ঐবু ঙাকপিয়ু চাম্নব : ফাগী তৌবনি। ঐ ঙসি থোম্বাই ওম্বোক্ল মুংঙাইগ্রে।

( নিপাদ মনাক্ত পরপ পরপ চংলগ, মখুৎতু চুপউই মুংঙাইন। কেথরীন থোরকই সিড়ি মত্তোনদগি কৌরকই। )

কথ ( কুমথরক্লগ ) : ইহে অঙাংশা, নখোয়দ য়ৈথায়ব থোক্লদ্রা, অহদ রেজিমেন্ট অহুমছুগি মরমদ পোল য়ায় বাই চিলহৌরে। মখোয়ছ কমদৌন ফিলিপ্লোপোলিসত থাখিদগে হায়ব মহাক খঙদ্রে ; ঐন তাকপ খুদিংমক মহাক য়ানিংদে। নংন চৎলগ নত্তেং থর পীরুব তায় সরজিয়স। মহাক লাইব্রেরীদ লৈবনি।

রেই : ( নিঙবকায়ন ) ঐখোয়দি হুজিক্ক কোইথোকউসিরা হায়হুন তৌরি।

ার : ঐ কুইরকওই। মিনিট ৫ দং ঐবু ঙাইবিরম্মু। ( খোঙগি সিড়িদ চেনথংখি। )

রেই : ( মতুং ইমহুন সিড়িগি মখোঙদ মঙ্গোন্দ পাংদন য়েংথৎতুন কে-শিন্নরগ ) ঐসু কোইন চৎলগ লাইব্রেরীগি মিঙ্গংথোঙ উব মফমদ ঙাইনি। ঐ ঙায়রি হায়হুন পাবুংদ তাকখিব তায়। মিনিট ৫ দগি, মিংকুপ অমত্তং শাংথরবদি ঐ চংঙক্কুন হেক্ত লৌরনি-রেজিমেন্টশিংছু থাব থাদব খঙদে।

ার : ( নোক্লগ ) য়ায় ফনি ( চংখি ) রেইনান মান চংখিবহ য়েংহৌই উরিবমখৈ। অহুদৈ তৌশিন্নব মতৌ থারগ মশা বাইশংন লৈকোন্দ হঙ্গং হন্দা চৎলি নুংঙাইন।

কেথরীন : ভাবন লাম্মু মখোয়গ সুইসতুগ উন্নব অহুগ বারী পুম্নমক লোইন তাখিব ! নখোয় পাবুংন হেক লাকপগ পীম্মু হায়রবহু কোট অমন-বহুনি মাবু লিৎলগ চংহনখিবদো। ফজন চনৈনব ফিভমদ নংন ঐখোয়বু লংথবিরে।

রেই : ( চৎন চৎন হুং মচাশিংদ বাথল চংন য়েংলগ ) শা মচাদো !

কে : শা মচা ! করম্ব শা মচানো ?

রে : চংলগ থাকটনরা। ওহ, মাবু সিদ লৈববদি শঙ্গোম মিঠাইন ময়াক ফন্নব মেন্সিনগনি বা অমুক থাংব সুকঙম ওমদনব।

কেথ ঃ মতম বাক্ত থাংগন্র। মওইব বাঙ্গ তাম্মু বেইনা, নংন ইনাক্ত লাক্লিঙৈদ মহাক নংগি কাদ লৈবম্ব কয়া কুইরে?

রে ঃ ( কাইন লৈবগ অতোপ্প মাইকেদ চংখিহন ) ওহ, ঐ কাওরে।

কে : নং কাওব ওম্মোই। লাম্মীশিংহন চংগ্রব মতুংদ মহাক কাথং-লকপ্রা. নত্রগ আফিসাব অহন নংগি কাদ থিরব মতমত্তদ মহাক লৈনব ভাংলা?

রে : হুঁম, উম : ঐন নীংই মহাক মতমত্তুদ লৈরম্ম মানে হুদ।

কে: নংন নীংই। ওহ. বেইনা। রেঙ্গনা। নংবু কম্বিন নবুকচেলঙ্গ চুমত্রিং চুমহনদগে? সর্জিয়সন করিগুম্ব খঙথিব থোক্লবদি, নখোয়নী পুমলোই লোইনবেদো।

রে : ( ইংন, থোশাবিদন ) ওহ, ঐ খঙডি, সম্বজিয়স নংন পাম্ব মীশক্লি। ঐ কবিগুম্ব মতমদ খল্লি, ঐগি ইছৎত নংন মঙোন্দ লৈরবদি ফনি হায়ন, নংগদি মাগ য়াম্ম পক্লনি। নংন মাবু চাম্ম তৌনি, মাবু মাংহল্লি অত্তুগ মাগি মমা শানি মপুংফান।

কেথ : ( মমিং লাওন পাংথোক্লগ ) কয়াদনো, ঐগি চীম্বক্ত খুম্মিবসে।

রে ঃ ( মনীং তৌন, তঙ্খাই অম-মথন্দদ ) ঐ তৎতন খল্লি করিগুম্ব অকিব ফংব অম তৌগে নত্রগ হায়গে হায়ন মঙ্গোন্দ মাগি মতৌ মানবহ্র চীং খায়হম্বব—মাগি ইন্দ্রি মঙাদ, মঙ্গোন্দৈ কেনখিবন ফরে হায়নব। ( কেথরীন্দ থোশাদন ) ঐ করিমত থোশবিদে শঙ্গোম মিঠাই লাম্মীদ মান খঙখিদবগি বাদ। খঙখিসমু হায়ম ঐদি তঙ্খাই অমগ খল্লি। ( লৈদন অমুক চংখি মুমগি কাটীম তান লম্বীদ )

ক: ঐন নংগি পাবুংদ কবি হায়ব ঙমদগে. অমুক্ত তাকপিয়ু চানবিদ্ন ?

রে: ( সিংডি থাক অনীগি মথক্কে, মরেংবান্দ মঙক লৈথোরক্লগ ) ওহ, তোম্লব পাবুং ! মহাক তেংবাং ঙমগদবগুম ! ( কাচীন্দ লৈশিন্দুন চংথি. মশক্ক উথিদ্রে । )

ক: ( মতুংদ য়েংলগ. খুংশা হাক্কচব হোংতুন ) ওহ, নং করিগুম্ব চহি ১০ দং হম্বরম্মবদি ! ( লৌকা ইমুংদৈ থোরকই ট্রে অমা য়াম্বন নাকন্দ পুয়গ ). করি হায়নিংবা ?

লৌকা: অচৌ অমাং অম লাকপদ ঙাম্বরি, ইবেম্মা, সার্বকি আফিসারনি।

কেথ: ( শাওম )' সার্ব অম ! করি মথৌমা লৈদ্রুন— ( মশাবু বান থামজরগ ) ওহ, ঐ কাউক্করে। ঐখোয়গ হজ্জিক্কি সঙ্কি তৌরেকো, ঐন থনবদ মপোয়সি মুমিং থুদিংগি লাক্কুন ঐখোয়গ থওনচায়বদৌরি। ফরে, মান আফিসার অম ওইরবদি নবুংঙোদ তাকউদ্রিব করিগিনো ? মেজোর সারানোকক মথোয়নী লাইব্রেরীদ লৈবনে। নংন ঐঙোন্দ লাকইব করিগিনো ?

লৌকা: অঙদ মানদি ইবেম্মবু হংলকপ। অওগ ঐন থনবদ মান ইবেম্মবু কনানো হায়বদি থওদমানে: মান হায়রকই য়ুমগি মথেম্মা। মহাক্ক নঙোন্দ পীনব টিকেট মচাসি পীয়কই। ( মান মবুক্ত য়েঙ্গ কার্ড অম পুথোরকই. ট্রে মথক্ক থম্মি : কেথয়ীন্দ পী )

কেথ: ( পারগ ) কেপ্তেন ব্রুন্টনী ? জর্মনগি মিংদানিদা।

লৌকা: সুইস ওইরমানে ইবেম্ম, ঐন নিংবদি।

কে: ( লৌকা থংহন চোংথংনব ) সুইস ! মাবু কনা মানবগে ?

লৌ: ( কিন ) মহাকি চাওরব গালিচাগি বেগ অম য়াওরকই ইরেম্মা !

কে : হবে হবে। মহাক কোট খিনব লাকপ তারে। মহাকপু চংহনখ্রো চংলো : ঐখোয় য়ুমদ লৈতে হায়রু ; মাগি লৈভম তাকলম্মু হায়য়ু, ঐ কোম্ন মঙ্গোন্দ ইখিগে। ওহ, লেপখো : মতুন কৈদৌউৈদ য়ারোই। ঙাইখো। ( চৌকিদ ফমথরগ য়াথল তৌই, লৌকান ঙাই ) মখোয় পাবুংগ মেজোর লারানোফক লাইব্রেরীদ থবক চিল্লি, নত্রা ?

লৌ : অহোয়, ইমেম্মা।

কে : ( মবুক লেপ্পতন ) নিপাত্ত সিদ পুশিল্লকউ হুজিকমক। ( মান্ন হায়ব য়াদন ) য়াম্ন হৌনবথঙন তৌকো মঙ্গোন্দ। থীম্বরম্মু। ( লাংতক্লন মঙ্গোন্দৈ টেড্র মুল্লগ ) মতু সিদ থনম্মু। চুমদ্রিংন চংখ্রো মাগি মনাঙ।

লৌ : ফনি ইবেম্মা ( চংখি )

কেথ : লৌকা !

লৌ : ( লেপ্ল ) তাকপিসি ইবেম্মা।

কে : লাইব্রেরীগি খোঙতু থিংইব্রা ?

লৌ : থিংলিমানে খঙ্গ্রে ইবেম্মা।

কে : থিংদব থোক্লবদি নংন চংখিবদ থিংলম্মু।

লৌ : ফনি ইবেম্মা। ( চংলি )

কে : লেপখো। ( লৌকা লেপই ) মসিগি লম্বীসোথদ লাকহল্লু ( শগোল-শংগি থোঙ্গান্দু খিন্দুন তাকই ) নিকোলাদ মাগি বেগতু পুরকউ হায়য়ু সিদ মাগি মতুংদ। কাওব য়াদে।

লৌ : ( ঙকতুন ) মাগি বেগ ?

কে : হোয়নে, সিদ ; ( কয় ) য়ারিবমখৈ থুন। পরপ পরপ চংলো। ( মশিঙ্গা থোক্ল ) নখোঙতু থাংও।

( লৌকা ইমুংদা চেনসিনখি। কেথবীন্ন মাগি মথক্ত শেংলিব এপ্রোন্দু লোথোকই পবপ পরপ, মোংশোং মরক্ত লংশিনখি। ট্রেহ্ পায়থংলগ মিংশেল ওইন য়েংনৈ, মকোক্ত য়েংলম্ব রুমালহ্ এপ্রোন লৈফমদ হুন্দোকখি। মশম শেম্বগ শেংলিব গাউন্দু কম্বোকই, অহুদৈদি মীমাংদ উংপ য়ারে। )

ওহ, কয়াদনো? কমদোদগে? নিপা অমনবু অসুক য়াম্ন পঙবদি! অসুম মতম খল্লগ লাকইববু।

( থোঙজাওদ লৌকা মশক উংলৈ! )

লৌকা : কেপ্তেন ব্রুন্টশ্নী!

( সিডি মতোন্দ লেপ্পগ থৈদোক্তুন লাকহল্লি মান ইমুংদ চংখিন্ত্রিদৈদ। মহাক রেইনাগি কাদ নোংয়াইদ থৌনা ফরুব নিপাহুনি, মশা নাল্লে, নিংথিন কুশন কম্বোক্লক্লে অরুব পোষাক শেংলক্লে, অবাবদৈ নাম্বোক্লে, অহুগ লাম্নিংঙাই লৈতন নিপাহমক্লি। লৌকান মনঙন লৈথোকখিব মিংকুপ্ত, কেথবীন্ন পাইশিন্দুন য়াম্ন চান্ন মনাক্ত চংলগ। )

কেথ : কেপ্তেন ব্রুন্টস্নী : নং উন্নব ঐ ওম্বোক্ল গুংঙাংবে : অহুবু নং য়ুমসি খুদকসিদ থাদোক্লগ চংখিব তায়।

( নিপাহু পিশুম থাঙ্গংলি )

ঐখোয় নিপাহু হুজিক খুংলবদ ডায়বি এগি ইয়ানুপা ওইরদোবিবহুগ, অহুগ মখোয় করিম্নত খঙদ্রি। মখোয়ন শঙখিব থোক্লবদি মখা তাবহু য়াম্ন শাথীনি। নহাক মীরৈবাকমচনি, নংদি ঐখোয়গি জাতিগি য়েংথীনবহু ঐখোয়দোন খঙপোং নত্তে। ঐখোয় হুজিক কাওব সার্বশিংবু ভুক্লচবি : তৌখিব সন্ধিশিংগি কোল ঐখোয় নুপাদদি নোংশাদৈ মান ফাজরর শাহু মুনব ওইন থোক্লপোংনি।

করিগুম্ব মান ঐখোয়গি অরোনবসি খঙপ্রবদি ঐবু্‌ মান কৈদৌঙৈদ ঙাকপিয়ু য়াবোই; অদুগ ঐখোয় কুপীমচাগি পুক্নিংমু য়াইফব ৱাগনি। নং থৌনা লৈব লৈবাকমচা অময়ুং লান্মী অম ওইন য়ুমসিদৈ লেংশ্রগেয়া. মহাকন নংবু সিদ লৈবে হায়ব খঙক্রিঙৈদ?

ব্লণ্টস্লা: (নিংব থর কায়য়বসু ৱাখল লৈব): হক্তিকমক্তো থোঙ্গান-ঠৈবী লৈম? ঐন লাকচবদি ইবেম্মবু খাগৎচগে অদুগ ঐঙোন্দ ৱাইহনবিখিব কোট্টু থিনজগে লাকপনি। ইবেম্মন ঐগি বেগতগি মহ লৌথোকচক্লগে অদুগা ননাইশিংদ সুম থোকখিবদ থমজরমগে হায়ব য়াবিরবদি, ঐ অমুক ইবেম্মগি মতম মাংহঞ্জরবোই।

(মহাক য়ুমদ চংগদবগি লৈথোকখি)

কেথ (মপাঙ্খোমদ ফারগ) ওহ, অদোমদ অমুক হনখিগে খজনু ইবুংঙো নং। (মাবু থেমহুন শগোনশং তাব থোঙ্গানলোমদ পুরক্লগ) মসিন খাইদৈ শগ লন্মীনি থোকখিনব। য়াম্ন মুংঙাইজরে। ইবুংঙোগি মতেং থর পাংজব ওমখিমহু লাইকফবনি। ওকবাই।

ব্লণ্ট: অহদ ঐগি বেগতি?

কে: মহ্‌ শোঙ্গদন থাহল্লকে। ইবুংঙোগি ঠিকানাফ খঙ্খিবম্মু ঐঙোন্দ।

ব্লণ্ট: অওইবনি, ৱাবৌবিব য়াদে।

(মহাক্কি চেথাও লৌথোকই অদুগ ঠিকানা ইব লাক্লবি, কেথবীনবু ৱান লাংতক্লন ঙাইহন্দুন। মহাক্ল অইবক পীবদ টুপী য়াওদন পেটকোফ চেঙ্খোরকই ইমুংদৈ অতিথি সেবাদ থবাই য়াওবন, শবজিয়সন মতুং ইন্নরকই।)

পেট: (সিড়ীদ চেঙ্খরকপদ) য়াই দিয়ার কেপ্তেন ব্লণ্টস্লী—

কেথ: ওহ, তাইবং মপু! (ফক্লাং মযাগি ফক্কমদ কপখি)

পেট : ( ব্রুণ্টয়ীগ মথুং শোক্রবদ থরাই যাওখিবন কেথরীনবু উদে ) ঐগি অপওব মীশিং অদুনদি ঐবু সোমদ লৈ হায়ন থম্লি আঃ— লাইব্রেরীদ লৈ হায়বদি থগুদন। ( লাইব্রেরী পনবদ চাওথোক নিংব উই ) ঐন নংবু মিহুৎথোগুদ উখিবনে। নং করিগিনো চংলক্লিব হায়দুন এ ওক্কুন লৈবম্মিবনি। সারাংনোকসু য়াওরি, নং মাবু নিংশিংইনি নত্রাও ?

সর : ( মোক্লিংন সালাম তৌবগা বাবহাব ফজন মথুৎ তিংথোকই ) তবাম্ম কৌজবি ঐগোয়গি মকা হান্ন য়েক্লরম্ম।

পট : য়েকনব ওইদ্রে, লাইবক ফবনি (লাংতকনন) ঐন নীংই লাকইবসি মরূপ ওইন কোইরকপনি শগোল নত্রগ বন্দীগি মরমদ লাকপ নত্তে হায়ন।

কথ : ওহ, মরূপ ওইন লাকপনি, পোল, ঐন কেপ্তেন ব্রুণ্টয়ীদ চাক চাপ্পুসি ওাইখো হায়রম্মিবা ; অদুদ মাদ হজিকমক চত্তব য়াদে হায়বিব।

ন ( হয়াওশিন্নহন, লকনবৈভাবত ) : ওইথোক্লব বানি, ব্রুণ্টয়ী। ঐখোয়সিদ নংবু য়াম্ম কান্নদোবগি লৈরম্মিবনি। ঐখোয় শগোল লাম্মী রেজিমেন্ট অহুম কিলিপ্লোপোলিস্ত থাব তারি ; মহু কম-দোন পাংদগে হায়ব ঐখোয় কবিমত থংদ্রে।

ন্ট : ( পুদক্ত পূকনীং চংলগ থুবক্কি মীওয় ) কিলিপ্লোপোলিশ ? শগোল শজিক্কি অরাব ওইরিনি, ঐন ওইরমদ্রা থনবদি।

ট ( হবাওন ) : মানি মহুমকনি, ( সরজিয়দত ) পুদক্ত মহাক্কি থবক্ত পূম্ন উবনে।

ট : ঐন নীংই মহু কমদোদদে হায়ব ঐ ওাকচব ওম্মি হায়ন।

র : মমল লাইদব নিপানি ? লাকও লেংসি। ( মঙ্গোলৈদ হেন্না বাংন মথুৎন ব্রুণ্টয়ীগি মরেংবান্দ পাম্মরগ সিড়া তান্ন পুখি, পেটকে কন মতুং ইন্নথি। )

( ব্লন্টম্নীন সিডীগি অহানব থাক্ত য়োব মতমদ রেইনা ইমুংদৈ থোরকই।

রেই : ওহ! শঙ্গোম মিঠাইগি লাম্মীনিন! ( ব্লন্টম্নী চপতিংন লেপই। সরজিয়স ওক্লন্থন রেইনাদ য়েংই, অদুদৈ পেটকোফত, পেটকোফন সরজিয়সত হন্ন য়েংলগ মতুদ অমুক য়েংই।)

কেথ: ( পাইরক লৌশিং কোম্ন শিজিন্নন্থন ): মুপীমচা রেইনা, নং উম্রিবাও ওসি অতিথি অম সিদ লাকইবসে? কেপ্তেন ব্লন্টম্নী, অনৌব সর্বিয়াগি মক্লপশিংদৈ অম।

( রেইনা মওক নোম্নি, ব্লন্টম্নীসু তৌই )

রেই : ঐসি কয়াদ পঙ্খ্রব। ( কুমথরগ ময়ামগি ময়াইদ ব্লন্টম্নী অমদি পেটকোফকি কারক্ত লৈন্থন ) ওসি ঐনা অয়ুক্ত কয়া ফজরব লৈতেং অম শাজরে উনগি পোলাওগিদমক; নিকোলা হায়ব মীরোল হক্তবন্থন প্লেট মপৈ অমন ননসিন্দুন থুগাইরে। ( ব্লন্টম্নীদ য়ানিংহন্ন ) ঐন নীংই শঙ্গোম মিঠাই লাম্মী হায়বদু নহৃ ওইরিনি খল্লম্মোই হায়ন কেপ্তেন ব্লন্টম্নী।

ব্লন্ট: ( নোক্লগ ) অওইবমক ঐ খল্লুরে। ( মঙ্গোল্দ ফৎ য়েংলগ নহাকন শঙ্গোকন তাকপিবন্থন রাইদি শংজরে।

পেট: ( চিংনন রেইনাদ ) করম্ব মতমদগি অদোম্ব চাক পোংবগি থবক পায়খৎপিরবগে?

কেথ: ওহ, মখোয়গি পাবুংন লৈরিবৈদ। মন্থন মাগি খাইদৈ নৌব থবাই তাবনি।

পেট: ( লক্লন ) অদুদি নিকোলান য়ু থকপদ পুক্রীং চংখ্রবা? মহাক কন চেকশিনলম্বনিদা। অহানবদ মান কেপ্তেন ব্লন্টম্নীবু সিদ পুশি-ল্লকই, ঐসি লাইব্রেরীদ লৈরি হাম্বর হায় খওদোক্লগ, অদুদৈ মহাক মথাদ কুমথৈ অওগ রেইনাগি শঙ্গোম মিঠাই লাম্মীদ খওহম্নি। মহাক শোইদন—

( নিকোলা সিড়ী মতোন্দ মশক উৎলে বেগ পায়ন্থন। মহাক কুমথৈ ব্লণ্টষ্লী মমাংদ থম্মি ইকাইথুন্নন, য়াথং ঙাইহ্নন লৈ অন্থগ। ময়াম্বন ঙক্কে, নিকোলাদি মান তৌরিবহ্ন ভাব তাদবনিন মবুক পেন্ন উই। পেটকোফন বা ঙাংব থোক্লবদ মক্তোন্দ হায়রকই ) নংবু ঙাওরব্রা নিকোলা ?

নিকো : ( ঙক্লহন ) ইবুংঙো করি ?

পেট : নংন মহ্ন পুরকইব করিগিনো ?

নিকো : ইমা ইবেম্মগি য়াথংনে মেজোর। লৌকান ঐঙোন্দ হায়বনে—

কেপ : ( থংলগ ) ঐগি য়াথং ? ঐদি করিগি কেপ্তেন ব্লণ্টম্লীগি বেগপু সিদ পুবকউ হায়দৌরিবা ? করিনো নংন থল্লিববো নিকোলা ?

নিকোলা : ( ঙহাক চঙক্লরগ, বেগতু লৌথংলে মীন'ই অশেংবৈ বাখল তৌরহ্নন ব্লণ্টম্লীদ বা হায়জহ্নন ) ঐবু ঙাকপিয়ু কেপ্তেন, ঐ শোইদন। ( কেথরীন্দ ) ঐগি ইরাম্মি ইবেম্মা : ঐন থাজজৈ মসিগি বারৌ-বিরোই হায়ন।

( মঙক নোন্দুন থুক্লমই- অহ্নগ বেগ পায়ন্থন সিডী তাম্ম চংথি, মহুদ পেটকোফন শাওন বা হায়রকই )

পেট : হো বেগতুসু পুরগ মুপীমচা রেইনাগি উনগি পোলাউ মথক্ত থাদক্লরো।

( মহুদ নিকোলা থাংব ঙমদন শাওবন মথুংতৈ বেগতু থাদথি মপুগি থোংদোন ননবগি থংলাও লাওহন্দুন ) চংথ্রোনহৈ, শক্তোম মপানগি থুংশা পানব লোলা।

নিকোলা : ( বেগতু পায়থংলগ ইমুংদ চেনথি ) ফনি মেজোর।

কেথ : ওহ. থল্লুরমু পোল : শাওবিরমু।

পেট : ( শাওন ) বদমাইস ! ঐন হেক চংথোকউবদ থুংতৈ নাম্মোক্ল-ম্মবনে। ঐন শোইদন তম্বিনি। নরক্কি তীল ! মথংগি থাংজদ

থবক্তৈ তাস্থেকে খঙনি। মীনাই পুম্নমক লোইন তাম্বোক্লনি—
( মত্তুগ মচাগন মাবু তেনব মঙক মম্নাদ থেম্মি নান্দুন নোইহুন।

কেথ :
নেইনা
( পন্ন )
ছজিক্তি ছজিক্তি ছজিকমক্তি শাওবিখিনু।
মতুমক্তি মতুমক্তি মতুমক্তি ফত্তে অহানব

মাদি মাংনব তোংগ খঙ্গব নত্তে, ঐবু চানবিহুন ইবুংঙো
য়ুমদ থুংলব মুমিও। ঐ অতোপ্প উনগি পোলাও শাগে

শ—শ—শ— !
চ— চ— চ— !

পেট : ( য়ারহুন ) ওহ, ফয়ে, খল্লুরনু। লাকও ব্লন্টম্নী : চৎপগি বাহু ঙাংনব তোক্লশি ছজিকমক্তি সুইজরলেণ্ড হনখিরোই হায়ব খঙজিনং। নংন হন্ত্রিফা'ওবদি ঐখোয়গ লৈমিন্নব তারে।

রেই : ওহ, লৈখো, কেপ্তেন ব্লন্টম্লী।

পেট : ( কেথরীন্দ ) ছজিক, কেথরীন : মান কিরিবসি নংবুদনি। মঙোন্দ তক্লরবদি মহাক লৈরনি য়ে।

কেথ : অওইবনি। কেপ্তেন ব্লন্টম্লীন লৈখিগে চান্নন খনবিরবদি ঐদি ওস্থোকন মুংঙাইজগনি মহাক্ত খঙজিপোৎনে ঐগি অপাম্বদে।

ব্লন্ট : ( মিলিটরী লীচৎত ) ঐ ইবেম্মগি হুকুমদ লৈজরে।

সর : ( চান্নন ) অহদি বা লোইরেনে।

পেট : ( হন্নাওন ) অওইবনি !

রেই : খঙবিরেদনা শোইদন লৈখিব তারে হায়ব।

ব্লণ্ট : ( নোককেৎ ) ফনি, লৈব তারবদি লৈব তারে।

( কেথরীন্ন নীংব কাম্নব উৎপ )

# অহুমশুব মতাং

চাকচাতোকপ মতুংনি, লাইব্রেরীদ। লাইব্রেরী ওইন তৌপোৎ নত্তে। মতুদ লৈব লাইবিক হায়ববু চে অমনবন মখুম পানব উপন্যাস, মনজল তেল্লব কাফি চুনব, খুনাং চায়ব উপু-থাক অম, অহুদে অয়ানব থাক অনী অমদন মীন পীয়কপ খুদোন লাইয়িক খয়–থম্মি। ফক্লাংদ নম্লিব লেলঙ্ক অহুদ লান নত্রগ শাদানবদগি ফংলকপ মনা খয় লৈব উই। অহুবু ফম্বদ মুংঙাইব কা অমনি। অচৌব মিহুৎথোঙ পরেং অসুম্ম চীং-জাওগি শকফম মুংথিলগি মঙান্দ নিংথিন উহল্লি। য়েৎথংব মিহুৎকি কা-চীঙ্গ লৈবাক্লশাব লৈরভ লৈ, মজ্জব চফুগি দলালগুম শিলীং য়োদোই বাংখৎতুন, যাম্ম লুমহনদোব মাল্লি। সোফান য়েইমাগি কাদ থাব মনজন যাওদব অহুগুম্বনি, থাফমসু মাৎম্ন মিহুৎ ময়াদ থাম্নিব কম্মবশিংহ ফজে, মোম্পাক কুম্ব থায়। ভুৎ চাদব পোৎ অমদি লৈ, চাখুমগি টেবলনি, মল্লব থীয়ব. ইনব টেবিল ওইহল্লব, মথক্ত কলম. মুকফুনচিংব, ব্লোট্টিং-পেপর অমনব, ইচু চুয়ব লৈব উই।

টেবিলগি নাকন্দ মিহুৎকি মঙ্গন লৈরিবন মিহুৎক মাইয়োকনন লেপ্ল মীগি ওইথংবদ, ব্রন্টয়ী থবক কল্লি, মমাংদ মেপ অনী থারতুন, ওর্দম ইম্মি। শরজিমসা মকোক লোম থংবদ ফম্মি, মাসু থবক চিনব মানবনি অহুবু কলমগি মতুহ নান্দুন শাম্নম্নি, বাংবল তৌম্নি, ব্রন্টয়ীন য়াংন হৈ-শিংন থবক কোমন তৌবহু উবদ কল্লকই ঙকই, মান হৈতবগ থানবদ থাজি থাগৎজিংব শক নত্তে। মেজোম্ন শোফাদ মুংঙাইন ফম্মি মখুৎত খবর কাগজ অম পায়হুন, হিলাকপু জোৎজেল মমাক্ত নকন তাম্নি, কেথ-রীজ লৈবাং মনাক্ত ফম্নি, মথোয়দ নঙ্গন ওক্কোক্তুন মোজা লোম্নি।

য়েইনান মিহুৎ ময়াদ ফল্লাংদ ভারগ ফম্মি, পান্নদ্রব উপন্যাসন মতম্বাক্ত লৈ মমিংন বোঙ্গকানগি চৌং-লমহু মিংয়েং তাম্নি মমঙগুম্ন।

থোঙঙ্গাওন্থ লৈরংগি নাকল লোমদ লৈ, মিহুৎথোঙদগি লাপ্প। ইলেক্ট্রিক বেল্গ থিংনব কুদামহু মাগি মমাং ব্লণ্টম্নীগিন মতুংদ লৈ!

পেটকোফ : ( খবব চেদগি থবক শূরিবহুদ য়েংখৎতুন ) শোইদ্রবা ব্লণ্টম্নী নখোয়হু ঐগি ইত্তেং য়াওদন য়ারগদ্রা ?

ব্লণ্ট ( ইব লেপ্তুন মমিং য়েংখৎতন ) : শোইজরোই. থেঙক য়ু, সারানোফক ইমানীন হোৎনরগ য়াজরনি।

সর ( তল্লপ্প ) হোয়, ঐখোয়ন শিঞ্জব য়ারনি। মহাকন করি তৌদগে হায়বহু থিগৎলি, য়াথুংশিংহু ইখৎলি ঐন সহি তৌনব। থবক য়েম্বোক্লব হায়বহুনি।

( ব্লণ্টম্নীন চে অম লাল্লকই )

অতোপ্প অমদু ? থেঙক য়ু। মমাংদ চেহু নিংখিন থম্মি, মাগি চৌকিহু থাব্রাংন থম্মি. মথুৎ মথজাইদ শোৱগ মরৈ তিংথোক্লুন কলমগি মতুং ইন্নহল্লগ সহি তৌই।) খুৎ অসি কলম শিজিন্নববুদি থাংদন হেন্ন হৈনথ্রবনিনে।

পেট : ওম্বোকন ফগ্রে ব্লণ্টম্নী নং! অওইবমক নংন নেকপ য়াবিহন তৌরিবসি কান্নগ্রে। শোইদ্রেকো ইবুংঙো, ঐন করিমত তৌব ওম্মরোই হায়বসে ?

কেশ ( নেম-ন ) : থবক তৌরিবসি য়ৈখায়বিদব ওম্মি মখোয় পাবুংল।

পেট ( মঙ্গোল্দ য়েংখৎলগ ) : এঃ ? ওহ ! চুম্মি, ঐখোয় ইবেম্মা, য়াম্ন চুম্মি। ( খবরহু পান্নখৎলগ অমুক খম্মি )

ওহ, নং মী খোয় লেম্নিব্রা কেখরীন। নং থঙদমানে ঐখোয়দ কয়া

নুংঙাইগ্রবনো সিদ ফম্বসে, চাক ফজন হাওন চারগ করিম্নত শূনিং-ঙাই লৈতন ইশাবু পোথাহন্দুন। অমত্ত ঙাইয়ে ঐন হুজিক পাম্মিব মপূংফান ইশাবু নুংঙাইজহন্নব !

কেথ : মত্বুদি করিনিন ?

পেট : ঐগি কোট অমনবদো। ঐন লিৎলিবসি কয়া থবাই তাদে : মসি লিৎপদি পেরেদ য়াওবদোন থম্লি।

কেথ : ঐগি নুংশিরব ইবুংঙো, নংসি ওম্বোকপনিদ। কোট অমনবত্বুগি বাবু ! অতিয়া মচুগি কা মচাত্বুদ য়ান্দুন লৈরম্মিয়ে নংন থনম্ব মফমত্বুদ।

পেট : নুংশিরবী কেথরীন, ঐন হায়রিবসিনি, ঐ অত্বুদ য়েংউরবনে। ঐসিবু ঐগি ইমিং থাজগত্রা থাজরোইদ্রাও ? কেথরীন হোৗগৎলগ বেল খিংব চৎলি ) করিগিনো নংন মল্লিলাত্বু উৎতোরিববো ? ( মঙ্গোন্দ লেম-ন য়েংখৎলগ তুমিন্ন ফমথে, মোজা লোনখি ) ইবেম্ম, নখোয় নুপীগি নঙক কনবত্বুন বেইনাগি ফিজেং অমনব অনীনে নংগি নোংথন ফিনে, ঐগি য়েনকোটনে মখোয়সিদগি কোট অম ওইহনব য়ারবদি ওইব য়াই। মত্বুখক্তনি হুজিক অতিয়ামচুগি কা মচাত্বুদ লৈরিবদি।

( নিকোলা মশক উৎলৈ )

কেথ : নিকোলা, অতিয়া মচুগি কামচাত্বুদ চৎলু, অত্বুগ নবুংঙোগি কোট অমনবত্বু পুরকউ, ফিতা হাপ্প য়ুমদ লিৎনবদো।

নিকো : কনি ইবেম্মা ( থোকখি )

পেট : কেথরীন।

কেথ : করিনো তাকপিয়ু :

পেটসং শেল থানসিনা, সোফিয়াদৈ নংন চেম্বোকপ পাম্ব লিককোল লৈতেং অমগ চয়োল অমগি য়ুম পুনব শেলগ চানসে—কোট্টু মফমত্বুদ লৈতেয়ে।

কেথ্ঃ চানরে পোল !

পেট : (চরাওরম্বন ) ফরে ! নুংঙাইরব মশান অমগি খুদোংচাব ফংলে চজিক। কনা কনা শেল থানবিংই ? ব্রন্টম্নী, তরাক্ত অম চাব ওমগদ্রাও ?

ব্লন্ট : ( থৌশাদনা ) : মহুদি মেজোরব্ লুট তৌবগুম থোক্লোইদ্রাও ? য়ুমগি মবেম্মন শোইদন চুমখিনি। ( য়েংখৎতন চে মপৈ অম লানথি সরজিয়সত )

সর ( ময়াই কারগ ) : থোনা ফৈ. সুইজরলেণ্ড ! মেজোর, ঐগি থাইদৈ ফব শগোলহ থাজরে, আরবী অমোম অমন চাঁবীব য়ানি রেইনা-গিদমক নিকোলান কোট্ট শোইদন থেংমনি কামচাহদ।

পেট : নংগি থাইদৈ ফব শগোল—

কেথ ফিংন মরক হৎলগ ) : পণ্ডবিগনু পোল, আরবী অমোমদি লেভা ৫০,০০০ তিংনি অমদ।

রেইনা ( মঙলান্দে খংহৌদন ) অওইবমক ইমা নিক কোলহ্ লৌবিব তার-বদি ঐন আরবীহ্ ফংজবদ বেরা তৌবিনবগি মরম উজদে।

( নিকোলা হল্লকই কোট পুদুন অহগ পেটকোফত পীরৈ, মমিৎতু পেটকোফন থাজব রাই )

কেথ : কদায়দ লৈরম্মি নিকোলা ?

নিকো : অতিয়া মচুগি কামচাদ য়ান্দুন লৈরম্মি।

পেট : অং— অহেম—

কেথ ঃ ( খিংলগ ) পোল !

পেট : ঐ বাশকপ ফাওব ওম্নমগনি মফমহদ লৈতে হায়হুন। চুহিন ঐঙোম্ব বা ভাংব হৌরব্লেদো ঐগি মিংসি সেয়ান তুরান চাক্ত উরেহায়। ( নিকোলাদ ) সিদ ফুরিৎ ওম্বোরুর থর গ্রাওরো।

বারোবিনু ব্রুন্টম্নী। (নিকোলাগি মতেংন কোট লৌখোক্লগ অমঙ্গ লিংশিল্লি। ) সরজিয়স নিংশিংউ. মংন থাবঙ্গ ঐদি চাখিদে। আরবী অমোম হায়বত্নু নশান রেইনাদ পীজব তায়, নংন মাবু মি-য়োইক্লুরবনিন। হা, রেইনা? (কোইন য়েংলকপদ রেইনান লমগি সীনরীদ মবুকনিং চংলম্নব উই। মখুৎ মঙোন্দ থিন্দুন ময়াম্মু মতৌম্নু য়েংহল্লি। অহ্নগ হায়)

দর: অওইবমক নুপীমচান মাংজবদি ওইরোই।

পট: মহুদি মাগিদি ফরব পোৎনি। ঐন হৌদোকপ অহ্ন পংহোংদি হোংওই নিঙই হায়ব।

(ফুরিৎ ওন্থোকপ লোইরে, লৌরকপ ফুরিৎতু পুরগ নিকোলা চংখি)

আঃ, হুজিক্কি কয়াদ নুংঙাইরবসে। (ফমথরগ বাইশংন খবর চেক্ষু পাখৎলি।)

ন্ট (সরজিয়সত চে অম পীরগ) মসিন অরোইব চেনি।

পট (চোংথৎলগ): করি! লোইরব্রনে?

ন্ট: লোইজরে।

পট: (অঙাংগুম কল্লক) ঐন সহি তৌনবদি অমত্ত য়াওদ্রবা?

ন্ট: তৌবিদব য়ারনি, মাগি সহিন অথুম।

পট: (মবুক কংথোক্লগ নাল্লহন) ফরে অহুদি, ঐখোয় ঙসি নোংমগি ফজন য়ামপ্রব থবক তৌরে হায়ন নীংই! ঐন তৌনব করি থবক অতৈ লৈরিবগে?

ন্ট: অনীমক্ত লেংমিন্নরগ মখোয়গি পুখিদৌব মীশিংত্নগ উন্নবিরুব ফগদ্রা খঙ্গে। (সরজিয়স হৌগৎলি) মখোয়ত্নু থীন্দন থাবিখিব তায়; অহ্নগ মখোয়দ উহনবিয়ু চেশিংসিদ ঐন মতম থারিবশিংসে মখোয়ন

থীরুদোব মতম্নি। মখোয়দ হায়বিদোব হায়ববু লম্বীদ য়ু- থরুব মত্রগ য়ান্নী শানব পোথাবদ মিনিট ৫ য়েংশ্রবদি, মখোয়গি মনঙন্দগি মউন্দু থোকখিনি হায়ন।

সরজি ( শাওরপ্ন) অহম্মক হায়রুনি ঐ। ( থোঙজাও তান্ন চৎখি ) মখোয়গি মরক্তগি কনাগুম্বন মঙোন্দ থীন হায়রুবগি ইমাইদ তীন শিল্লরুব, অদু ওইরবদি মাগি মফমদু শেৎতৎতুন লৌথোকহনগনি, অদুগ মন্দোন্দন পেন্সিল পীনি। ( থোকখি )

ব্লন্ট ( থাজনবৈ মঙংদ ) মখোয়দুদ মরম চান রা হায়খিত্রা হায়বদু মে- ঙ্গোয়ন থর য়েংশিনবিব তায় ?

পেট ( ব্যবহার লৈন ) : য়ান্ন চুম্মি, ব্লন্টয়ী য়ান্ন চুম্মি। ঐ মদোমদ য়েং শিন্নি, ( থোঙজাও তান্ন কন্দুন চৎলগ থোঙজিন্দে ) ইহে রা অম, কেথরীন, নংসু লাকপ য়ারেনা। মখোয়ন ঐবুদি নংবুন হেন্ন কিননিয়ে।

কেথ : (মোজা লোন্নবদু থম্বগ) : ঐবুন হেন্ন কিদদিকো ইবুংঙোন ঙাংবদি শ্রু শ্রু সি সাদগি হেল্লোই। ( মতুং ইন্নখি, পেটকোফন থোঙ হাঙলগ মাং থাহনখি। )

ব্লন্ট : থঙত্রে করম্ব লান্মীনো ! থোক পান্বীন নোংমৈ তোপ শানৈ ; আফিসারশিংন লান্মীবু থকসি খাসি নাইহন্নব নুপী কোনবসিদ !

( চেশিংদু থুপশিল্লি, হাপচিল্লি )

( রেইনা ফক্ষমদে হৌগৎলগ ভপ্ন কাদুব চৎলি মতুংদ মথুং অনীদু পুল্লগ নিপাদুদ য়োংন য়েংবগুম য়েংই )

রেইনা : নং ঙসিদি ওন্থোকন হেন্ন ফজরম্মেদা নহান ঐখোয় উন্নখিবদুগ থানরবদি। ( নিপাদুন ঙক্ত ন য়েংখৎলি ) নংবু করি তৌরুরবগে নশাদুদ ?

ব্লট : ইরুজথোকউরে, ক্রস্ন নাম্বোকলে, অহিং মুংঙাইন তুম্মুরে, চাক চাকরে। মহুন লোইরে।

রেই : অশোক অপন থেংনদন অয়ুক অহুদ থুংলুব্রাও ?

ব্লন্ট : করিমত তৌদে, চানবিবননি ।

রেই : মখোয়ন শাওনরমত্রা সজিয়সন লান্দারকপদ চেল্লুবগি ?

ব্লন্ট : ( ময়া উৎতুন ) : কদায়দৈ, মখোয়দি হরাওরম্মি, মরমদি মখোয়সু অহুম তৌরবদি চেয়দোব ঙাকনি।

রেই : ( টেবিলদ চৎলগ, ঙাথকুই মঙোনলোমদ ) মখোয়দদি মুংঙাইরব বারী অম ওইররিনি ঐগি মরমদ অহুগ ঐগি কাগি বাঙ তাবদ।

ব্লন্ট : মপা লৈতব বারীনি। অদুবু ঐ বারীদু মী অমত্তদ লীখ, থোইদোকপ মরূপ অমথক্কদ।

রেই : মাগি মবুকচেলদুদ নংন মপুংফান থাজব যাবা ?

ব্লন্ট : মপুং ফান থাজব।

রেই : হুম। মহাক্ক বাবীঙ লোইনমক ঐখোয় পাবুং অমসুং সরজিয়সত লীরক্লে নংন মখোয়গ লানগি বন্দী ওল্লব নুমিৎতুদ।

( মহাক্ক লৈথোক্কুন চৎখি থৌশাদন কাগি অতোপ্প নাকন্দ )

ব্লট : ( নুংঙাইতন অমসুং থাজন ) নত্তে, অওইব্রনে ? ফাগী ওইরিনিদা।

রেই : ( লৈশিল্লক্কুন থবাই য়াওন ) অওইবনি ফাগী নত্তে। মখোয়ন থঙদব হায়ববু, নংন থুপ্পুব মুমহ অসিমক্কি হায়ব থঙদবদনি। সজিয়সন থঙলম্ব থোক্লবদি, মহাকন নংবু লানশিংলক্কুন লাম্বা তৌবদ মান ন বু হাংখিনি।

ব্লন্ট : অওদি লাইবক ফরে! মঙোন্দ তাকপিক্লরমু।

রেই : ফাগী তৌবিমু, কেপ্তেন ব্লটগ্রী। মহাকপু ঐন নমথাক তৌবসি ঐঙোন্দ করিনো হায়ব নং ভাব তাবিদ্রাও ? ঐ সজিয়সতদি

কোঙ্গেং মপুংফারা ওইব পাল্লি: পুকচেল পিকপ, নেম্ব, নমথাক অমত্ত যাদে। মঙ্গোন্দ ঐগি লৈরিব মরীসিদি তশেংন ফজখ্রব অমসুং লেমখ্রব শরুকনি ঐগি পুক্সিদ ! নং মহ্র ভাব তারিনি হায়ন নী'ই।

ব্লন্ট: (থাজদন) নংন হায়রিব ভাবপু মঙ্গোন্দ নংন খঙহল্লিংদে মহ্রদি উনগি পোলাউগি ব্রারী … আ আ আ—নংন খঙঙ্ক্রিবহ্রনি।

রেই: (অয়ো তৌরবগুম মমিৎ শেপ্প) আহ, মহ্রম্ন করেম্নন ঙাংগন্ন। ঐন ওইদব ঙা'খিবনি ; ঐ মহ্র খঙঙি। অহ্রবু নংগি নথ্রাই কম্নব ঙাংখিবনি। নত্রবদি মান নংবু হাৎলমদোবনি—মহ্রগ থান ঐন ওইদব ঙাংখিবসি শুপ্পগি অনীরক্কনি। নং অহানবগিদ্র নিংশিংলিত্রা ?

ব্লন্ট: ঐবো ! কদায়দৈ, ঐ লৈখিব্রাও ?

রেই: লৈখি ; নংবু খিরকপ আফিসার অহ্রদ ঐন হায়খি "নংবু লৈতে" হায়ন।

ব্লন্ট: অচুম্বনি, মহ্র ঐ নিংশিংভম থোকপজাংনি।

রেই (থোগৎসহ্রন): ওহ, মহ্র মহৌশানি নংন মহ্র কাওব য়াই অহানবদ। নঙ্গোন্দ মহ্রন করিমত তিংহনখিদে: ঐবুদি মীনম্ব অম ঙাংহনখি ! মীনম্ব অম !

(সোফাদ ফমথখি, মমাংদ চুমদ্রিং য়েংহ্রন, মখুউদ মখুৎন চপ্পুন। ব্লন্টস্রী, মুংঙাইতন সোফা তাম্ন চৎলি, ব্রাখল লৈন পুকনিং চংন, মনাক্ত ফম্মুই।)

ব্লন্ট: মুংশিরবী নহামচা ইবেম্ম, মহ্রগিদমক পুকনিং লাংতকনবিম্ম। কাওবিম্ম: ঐ লাম্মী অমনি। হ্রজিক, লাম্মী অমদ অসুক য়ামন তোইন থোকপন মান করিমত খল্লুদব পোৎ অনী লৈ, মহ্র খঙ-ব্রাও ? অমন মীন মীনম্ব ঙাংব ভাবনি (রেইনা কোম্বখি): অমহ্রন মাগি মথব্রাইদ্র মাংহন্দনব লাকনব করিগুম্ব পাম্নেন, কনা গুম্ব মীগি মতেংন।

ব়েই ( শাওনা য়েৎতুন ) : অঙনদি মহাক্তু থাজব য়াদব, তৌবিমল খঙদব জীব অম ওইরেনে !

ব্লন্ট ( মচীন পৈরগ ) : তৌবিমল খঙব পাম্বিব্রাও ? ঐদ্বি পামদে। মিন্নুং-শিন নুংশিবগ মবী থোক্লরবদি, তৌবিমল খঙবদি অমত্তুগ মরী থোক্লব তারে।

বেই : তৌবিমল খঙবা ।

( মঙ্গোন্দ ওনশিল্লগ ) নং তৌবিমল খঙব্রবদি করিগুম্ব অরেম্ব পুকচেল অমত্ত চেনব ঙম্বরোই। শাফাওব তৌবিমল খঙি — ওহ, ঐ হুজিক ভাব তাবে চপচান নংন ঐবু করি ওইন খনবগে হায়বত্তু। নং করিমত ঙমখিদে ঐন মীনম্ব ঙাংব তাবদ। নঙ্গোন্দদি ঐসি মীনম্ব বা ঙাংবী অম ওইন থোক্লরিনি নুক্তিগি ঙাংব, পুং খুদিংগি। মত্তুমন নিপান নুপীবু লৌব তারে,

( নুংঙাইতন কাত্থদ চংলি )

ব্লন্ট ( চিংনন ) : পোং খুদিংগি মরম লৈ। নংন হায়খি নংসি পুক্লিদ মীনম্ব অনীবক্ত ঙাংখি হায়ন। নুংশিব্রবী নহা ইবেম্মা ! মত্তুক য়ামদবহবু ওক্লগদ্রাও ? ঐ ইশামক অশেং অশেংবদ হায়ব নিপান্নি, মও খরু ঐঙোন্দদি অয়ুক অমবু চৎনরোইনে।

বেই মঙোন্দ পোংহন য়েংলগ ) . অদোমন ঐবু চোপহল্লে হায়বসি ভাব তাবিদ্রাও ?

ব্লন্ট : মত্তু নত্তন উপায় লৈতবনে। নংন অত্তুম্ব চীং লেম-ন লেপ্পগ নিং-দোল চোংহনব থোম্খোক ঙাংলকপ, অত্তুদি ঐ ইবেম্মবু থাগৎতব ঙম্মদে ; অঙ্গা ইবেম্মন ঙাংব বাহৈ অম্রফাওব থাজবদি ঐঙোন্দ ওইথোক্লব ওইন থোকই।

ব়েই ( চীং-লেম-ন ) : কেপ্পেন ব্লন্টম্পী !

ব্লণ্ট ( খোঁশাদন ): তাকপিসি ?

রেই ( মথক য়েংথরগ, ঙক্ল ): নংন হুজিক হায়খিবত্ন নবুকনিংদ লৈব বামক্লা ? নংন হুজিক হায়খিব বাত্ন করিনো হায়ব নং খঙব্রাও ?

ব্লণ্ট: ঐ খঙজে।

রেই ( ময়া কাহুন ): ঐবো ! ঐবুনিনে ! ( মশাদ মখুং মচান থিল্লগ ) ঐ, রেইনা পেটকোফন ওইদব ঙাংএ !

( নুপাহুগ মমিৎ চানৈ। নুপীত্ন খংফম ফমথখি অহুগ মচৎ পূমওন ওন্দুন অথোবী শারম্বদগি অঙাংন হজোইদবত্ন শাহন ঙাংই ) নং কমদৌন ঐবু খঙলকইবনো ?

ব্লণ্ট ( য়াঙন ): লাইতাক, নুংশিরবী ইবেম্মা, লাইতাকনি অহুগ তাই-বংপান উবদগিনি।

রেই ( ঙক্লদ্রন ): নং খঙব্রাও নংন অহানব ঐগ উম্নব নিপা ঐন ঙাংবদ চান্নন বা ওইন লৌদবনি হায়বসে ?

ব্লণ্ট: নংন হায়রিবত্ন, ঐন অহানব নিপানি নংন ঙাংব বাদ থবাই য়াওন লৌবদদি হায়রিব নব্রাও ?

রেই: মানি: ঐন নিংইবত্ন মহুনি হায়ন থল্লি। (মহাক্ত তোরোৎ খাদানৈ) অসুমন ঐঙোম্দ বারী শারবসি কয়াদ ঙকপ্রবনো ! নং খঙদেনা ঐ মতম পূম্নমক্ত অহুমন তৌরকইবনে।

ব্লণ্ট: নংন হায়নিংলিবদ্র — ?

রেই: ঐন হায়নিংইবদি চীং-লেম্ব অদ্রগ নিংদোন চোংহনব খোঙ্খোক। ( মখোয়নী নোকমিন্নে ) ঐন মসি তৌরকপসি অঙাংওইরিঙৈদ ঐবু য়োকচবীদ্রদ, মহাক ঐগি ভাঁৎতু থাজখি। ঐগি ইমা ইপাগি মমাংদসু ভৌখি। মখোয়সু মদ্র থাজে। ঐ সর্জিয়সকি মমাংদসু ভৌই। মাসু মদ্র থাজে।

ব্লন্ট : উম, মাসু লম্বী অদোমদ খর খিংতং, নত্রনে ?

রেই ( ঙক্ত্নন ) : ওহ ! নং অসুমন খনত্রাও !

ব্লন্ট : মাবুদি ঐঙোন্দগি নংন হেন্ন খংঙি ।

রেই : ঐ ঙকই—মাসু তৌবোইরে ? ঐন মহুম খল্লম্ববদি—? ( তল্লক্ত্নন ) ওহ, করে : মহুন কৈদৌই হায়বগে ? ঐন নিংই, ঐবু খংঙবনিন হুজিক্তি নং ঐবু কৈসু লৈতন খল্লেনে ?

ব্লন্ট : ( হৌগংলগ, পুকনিং চংন ) নত্তে কদায়দেনো নুংশিরবী নহা মচা ইবেম্মা, নত্তে, নত্তে লিশীংলক নত্তে । মহ নংগি নহা ওইবগি শরুক অমনি, নংগি শুক্ষৎপঙম্বগি শরুক অমনি । ঐসু মথোয় অতৈহগুম্বনে য়োকচবী, নথোয়গি পল্লেম পল্লো, সর্জিয়স ঐ নংবু ঙাওবমথৈ থাগৎপ নিপানে ।

রেইনা ( পেল্লদুন ) : অওইবমল্লাও ?

ব্লন্ট ( অর্ম্মানগি মতৌদ মথবাক নাল্লগ ) : অওইবনি, অচুম্বমক্রি ।

রেইনা ( লুংঙাইন ) : ঐন নঙ্গোন্দ ঐগি অয়েকপ শকফম পীরুবগি ঐবু করি খল্লি ?

ব্লন্ট ( ঙল্লগ ) : নংগি অয়েকপ শক ! ঐঙোন্দদি নংগি অয়েকপ শক্তি পীখিদেনা ।

রেই ( পম্মদন ) : নংন হায়রিবহু মহু কৈদৌঙৈদ ফংখিদে হায়ত্রাও ?

ব্লন্ট : ফংখিদে । (মনাক ফমথরগ, থল্লাই চংন কয়া উশিত্তন) করম্ব মতমদ ঐঙোন্দ থাবিখিবা ?

রেইনা (শাওন) : ঐন নঙ্গোন্দ থাখিব নত্তে । ( মঙক লৈথোক্লগ তঙ্গানন ) মহু কোটকি ফুরিংখাওদ হাপখিবনি ।

ব্লন্ট ( মচীনবান্দ মরেন লেক্লগ. মমিংন কোইরৈ লৈরগ ) : ওহ—ও ও হ ! ঐ মহু অমুক্ত থেংনখিদে । মহু ফুরিংখাওদ অহুম য়াওরম্ব তায় !

রেই ( ফন চোংখৎতুন ) : মদু দ অদু মা ! ঐখোয় পাবুংব থেংনখিনব, মখুৎতু হেক ফুরিংখাওদ থিংজীনখদ ! ওহ, নংন অদুক পঙলম্মীবসীবু করিগিনো ?

ব্লন্ট : ( মাসু হোৌগৎলগ ) কৈসু লৈত্তব বানিনে : ঐন মীংই মহ অচম্ব ফোটোগ্রাফ ওইরিনি ; কনাদ শীরিবনো হায়ব মহাকন করমন খঙগদগে ? মহাক মপান হাপচিনব ওইরিনী হায়রগ লোইরে।

রেই : ( মুংঙাইতন ) উম, শিংলেদা মতুদি ! নত্রাও ? ( বান ) ওহ ! ঐ কৈদৌনি অহুদি ?

ব্লন্ট : ওহ, ঐ ভাষ তারে। মহুদ নং করিগুম্ব খন্ন ইশিনগ্রবাও ? মহুদি ফিংমমখিদনা ।

রেই ( মপিতাব য়ান থোইশাওন ) : ওহ, নংগিদমক অহুগুম্বা থবক তৌরুব , নংন করিসু থোশাবিদব ঐঙোন্দ লক্লহুন নোকপ নগুন ওহ ! মহু কনামত্তন শোকখিদে হায়বত্র শোইদ্রবাও ?

ব্লন্ট : তৌবত্রুদি, ঐ মদু শোইদ্রে হায়ব ঙমদে। নংন থংঙিবদুনি, ঐ মদু মতম পূম্নমক্ত কোইপু পুহুন চৎলুব ঙমখিদে : লান্দ চৎপ মী নিপা অমন পোৎচৈ য়ামন পুব ঙমনদে ।

রেই : মহুদি নং মদুন কৈদৌনখি ?

ব্লন্ট : ঐন পাইরোৎ য়োৌব মতমদ মহু মাংঙইদব মফম অমদ নিংথিন থম্ব তাথি। রেল লম্বীগি ফিরোল থম্মফমদ থমসিরা খল্লম্মি ; আজকালগি লাল্লোংসিদদি মহুন থাইদৈ শোইদন লুট তৌথিদোব মফমনি। মরম অহুন ঐন মহু বন্ধান থমখি।

রেই : বন্ধান থমদোকউরিবা !!

ব্লন্ট : ঐ থংঙি মহু তাবদ ফয়োই হায়ব, অহুবু মহন থাইদৈ শোইরোইদব থোৌরাংনি। ঐন মহু ঙরাংগি মমাং নহান হন্দোকউই। ঈশ্বরদন

খঙবিরিনি বক্সান লৌব নিপাশুন ফুরিংখাশুদু শেংদোকপ্রা শেং-
দোক্তবা হায়বদি।

রেই ( শাওন, রাশিংগু মমায়দ লংশিন্দুন ) : নং অমেম্ব দোকান ফম্বগি
পুকচেল লৈব মীতানি. নংন খল্লিব বাদু অচৌ অশাং মচা অমগি
মকোক্ত কৈদোঁউদ লাকওইদব রাফমনি।

ব্লট : ( নাতোন কামদুন ) মদু সুইস মচাগি জাতীগি লমচৎনি, স্নুংশিরবং
ইবেন্ম।। ( হল্লকু্ন টেবিলদ ফমথৈ )

বেই : ওহ :, নংগ অমুক উন্নরমত্রবদি ফরমদোব বা শুইবে। ( মহাক
হন্দোক্লগ মিহুৎ ময়াদ ফম্মুই মৈখু কাদুন )

( লৌকা চংলকই চিঠি, টেলিগ্রাম মপে ১ ট্রেদ হাপ্পু্ন পুরক্লগ
টেবিল তান্ন ইচং থোনা চংলকই। মখুং ওইগি খুদাংদু লেংবান
তান্ন তাখৎলি, মখুদাং অশোকপদুদ সনাতৈব খুজী ১ শিরকই )

লৌকা ( ব্লটন্নীদ। : নংগিনি ( ট্রেদ যাওবদু লংশিন্দুন টেবিলদ থম্মি )
পাওপুব মীহ ডাইরি। ( য়েক্লবনি হায়দুন উশিংতে )

ব্লট ( বেইনাদ ) : বারৌবিনুকো : ডাকঘরদৈ ঐঙোন্দ য়োরকখিব চে-
শিংগু চয়োল অহুমগি মমাংদনি। মদুগি মতুংদ অমুক তুংখৎলকইবনি
মখোয়সিনি, টেলিগ্রাম মরী ; চয়োল অম ফারব, ( অম হাংদোকই )
ওহ। ফত্তব পাউনি ?

রেই : ( নুংঙাইতন চংশিল্লগ ) : ফত্তব পাউ ?

ব্লট : ঐখোয় বাজি লৈখিদ্রে। ( মচীনবান উমশিন্দুন টেলিগ্রামদ য়েই,
খংওন ওন্দোরিবদু খল্লি। লৌকা থর হন্দোকই ফিংন )

রেই : ওহ, কয়াদ নুংঙাইত্রব বানো !

ব্লট : উম, ঐ পুং অমগি মনুংদ যুমদ হনব তারে। মহাকন হোটেল
অচৌব য়ামন থনমগ্রে য়েংশিন্নব। । মহাকন চিঠি অচৌব অম পায়

থৎলে অশংব মখুম পাল্লি ) ঐখোমগি ইমুংগি উকীলদৈ উতুপমুক চাওব চিঠি অমসু লৈরে। ( মখুমদু হাংদোক্লগ হায়রপ য়েংই ) অচোব ঈশ্বর ! ৭০ ! ২০০ ! ( ভকপ অমুক হেন্না ) ৪০০ ! লিশীং মরী। লিশীং মাপলগ চাতরুক ! তাইবংপানসিদ ঐন মখোয়দবু করি তৌনদৌরিবনো ?

রেই ( কিন ) : হোটেল লিশীং মাপল ?

ব্লন্ট : হোটেল ভাকনি ! অ্যান য়াওদব। নংন করিগুম্ব খওলম্মবদি ! ওহ, ওম্মোক্ল নোকনিংশ্রপোংনি ! বারোবিব য়াদে : ঐগি মীশিংদুদ চৎনব য়াখং পীরুব তারি। ( কাহু খাদোকতুন পরপ পরপ চৎখি, চে ময়ামদু মখুৎন পায়রগ )

লৌক্স ( ব্লন্টন্নীদ থীন হায়রগ রেইনান শাওনি হায়ব খঙন খঙন ) : মসি থম্মোই নিংথিন পানব মী নত্তে, সুইস অসে। মপা শিরে তাবদ অবাবগি বাহে অম ফাওব ফোংদোক্তে।

রেই : ( নুংঙাইতন ) বাব ! নিপা অমনে থবক অতৈ করিমত তৌদব চহি কয়া মী হাৎপ নত্তন ! মান করিবু থৌশাবিদগে ? কনাগুম্ব লাম্মী অমন করিবু থৌশাবগে ?

( থোঙ মনাক্ত চৎখি, মমিৎতৈ মপি বান খাৎহন )

লৌ : মেজোর সারানোফসু লান্দ তোহ্নন লাকইবনি ; মাগিদি থম্মোই য়াম্মন লেমহৌরি। ( রেইনা মফি খোমগৎলগ, পোৎন চৎখি । )

আঃ ! ইবেম্ম ঐন খনজরম্মি—লাম্মীদৈ থম্মোইদি পংফৎ ফংবিবিরোয়ে। ( মান মতুং ইন্নরকই, নিকোলান শিং পুহ্নন লাকই লৈরংগি )

নিকোলা পামন ময়া খিগৎতুন ) : নুংথিল চুপ্পনি ঐন হোৎনরকইব নংগ মিনিট অমত্ত চীকন বান্নী শাগে হায়হন ঐগি নুপীমচা।

( মপাঙ্গোম উবদ মাইথোং ওন্দুন ) করিনো, পাঙ্গোমদ লৈতেং তৌবত্নদি করম্ব ফেসম্মো অঙাং ?

লৌ ( পোংগুন ) : ঐগি ইরনাই ফেসন।

নিকো : অওইবমক ! য়ুমগি মবেম্মন উপ্রবদি, মান নঙ্গোন্দ মা খরদি হায়নিদো। ( শীং থাদে, সোফাদ মুংঙাইন ফম্মি )

লৌকা : ঐঙোন্দ মারী চীকন শানিংলিববু মঙুন মরম্মা ?

নিকো : লাও ! ঐঙোন্দ মরৈ অত্তুক য়েৎকনু। ঐ নংগি অফব পাউ অম পুরকইবমি।

( মুপীতু মনাক্ত ফম্মে, নিপান চেগি শেল খর পুথোরকই। লৌকান মমিৎতু পামন য়েংলগ লাকদবগি লাকনৈ ; অত্তবু অমগুন থুন মখুৎ ওইদ পায়খি ; মুপীন লাম্মা ফংদনব )

উরেদনা লেভা ২০ গি বিলনি। সরজিয়সন পীবনি মসি ফুটানিদ। মী অপঙবদি মাগি শেন্দুগ য়ামন থুন কায়নৈ। লেভা ১০ অম লৈরি। সুইস অত্তুন ঐঙোন্দ পীরম্বনি, য়ুমগি মবেম্মগ মেইনাগন মাগি মরমদ মীনম্ম ঙাংবত্ত ঐন শোগৎলুবগি। মাদি অপঙব মী নত্তে, পঙদে। নং তারমগনি হমুবী কেথরীম খা থংব কাদ ঙাং- থিবত্ত ঐঙোন্দ য়ামন ব্যবহার তৌবিগুন, ঐঙোন্দ মেজোয়ন লাং- তকনবদ, শাওরুমুকা হায়ত্নন ; মরমদি মখোয়ন ঐবু খঙঙি—ঐসি কয়াদ কব মীনাইনো হায়ব—মখোয় ময়াম্মাংদ ঐবু অপঙব অমসুং চীম্বীব তাহন্নব মতুংদ ! কুনসিম ঐখোয়নীগি তুংথংলিব শেনফমদ চংপ্রনি ; অরেম্ব তয়াসিন নংন চাদিং তৌনব লৌব য়ানি করিগুম্ব নংন ঐঙোন্দ ঐসি মী অমনি হায়ত্নন নিংশিংহন্দুন বারী শানিং লবদি। মরক মরক্ত ঐ মীনাই ওইবসি তল্লকই।

লৌকা : ফৈনে, লেভা কুম্ভ্রাদ নংগি নিপা ওইবহ ময়োম্বোকউ, অদুগ ১০ দ ঐবু লেপশিল্লু! (উশিংতন হৌগৎলগ) নংগি শেন্দু থমজো। নং মীনাই ওইনব পোক্লকপনি,—ঐদি নত্তে। নংগি দোকান্দু লিংখৎলব মতমদ নহাক মী খুদিংগি মীনাই ওইরুনি, মী খরদগি ওইবগি মহুৎত।

(রাখল তৌন টেবিলদ চংলি অদুগ সম্ভজিয়সন ফম্লম্ব চৌকিদ লৈমশিজগুম্ব ফম্মুই।)

নিকো (শীঙ লৌখৎলগ, মৈহৌভম মনাক্ত): ওহ, ঙাইখো, নং উরগ খঙনি। ঐখোয়গি নুংথিল নুমিদাংবাই ঐখোয়দগি ওইগনি অদুগ ঐগি য়ুমদ ঐন মপু ওইনি ঐ রাশকইবসিনি নঙ্গোন্দ।

(শীঙ থম্লগ খুরুখুদক কুল্লি লৈরংদ)

লৌ : ঐগি য়ুমদদি নংন কৈদোউঙদ মপু ওইরোই।

নিকো : (মমাই লৈরগ, মথুউদি অহম লৈবাক্ত লৈন থর চৎলগ—নুংঙাইতন): নং ইরেম্মা য়ামন রাংথৎপ পামজ্রে, লৌক। নিংশিংউ; করিগুম্ব নংন নরাইবক ফখিব থোক্লবসু. নংবু নুপী অম ওইহনখিবদি ঐননি।

লৌ : নংন!

নিকো : (খংহৌ হৌগৎতুন মনাক্ত নকউরগ): মানি ঐনি। নিপাহু কনানো নংগি নকোক্ত পাউগু অনীচংন অশেম্ব অমুব শম হাপহনখিবদো, বুলগেরিয়াগি লৈশাবী অউগুমন নচিনবান ঙাংহল্লিব নথজাই ঙাংহল্লিবদো! ঐনলে। কনান নংবু নথুজিন হইখহল্লি, নথুংতু জনান তনানহল্লি, নশাচ থোংহন ময়েংহল্লি ফজরবী রুপকী লৈম অমগুম? ঐনবে: নং মসি তাস্লিব্রা? ঐননে। (নুপীহুন থৌশাদন মঙক হায়খি, নুপান লৈথোক্লগ থর ইংথন হায়রকই)

ঐ তোয়ন থল্লুবে বেইনান লম্বীদে ফৈখ্রবদি, অদুগ নংন অপঙবী অগ ওইবদৈ খিংতং হল্লুরবদি, অদুগ সজিয়গন অপঙব অমদৈ খিংতং হেল্লবদি নংন ওইথব য়াই ঐগি দোকান্দৈ পোং য়াম্ম লৈবী অম, ঐগি নুপীদ ওইব অদুগ ঐবু শেল তিংহনবীদ ওইব নত্তুন।

লৌ : ঐন থাজৈ নংসি ঐগি ইপুবোইব ওইবদগি ঐগি মীনাই ওইবন হেন্ন ফনি হায়ন। নংন ঐঙোন্দগি শেল য়ামন শাব য়ানি। ওহ, ঐ খঙডি নংগি থবাই মতাদু।

নিকো : ( মনাক্ত নকশিল্লগ ) : ঐগি থবাইগি বান্ত থনবিক্লু ; অদুগ ঐগি পাউতাক্তি তাউ। নংন করিগুম্ব লৈম শিজ অম শাগে হাযববদি নংন ঐঙোন্দ হুজিক চৎলিব শাজৎতুনদি য়াররোই ঐখোয়দ ঙায়নগদি খঙল্লেকো। নং ঐঙোন্দ পংপোং পোংজদু। মী খুদিংগ শিংননিংগদু। লৈম অমগুমন চৎপসি মীনাই অমন মীনাই ওইন চৎপগুম্বদনি। নংগি নকমতু নহন খঙজবদনি। নংসু নফম কাখৎলগ ভাব তাবক্কনি। হিৱমসিদ বাখল তৌ নুপীমচা। ঐ নংগি ননাক্ত লৈনি, মীনাই অমন অমগি মতেং পাংনব হৌনৈ।

লৌ ( ঙাইঙমদন হৌগৎলগ ) : ওহ, ঐন হৈনজব শাজৎতু অদুম চৎচনি। নংগি অইংব ঈগি লৌশিংহন ঐঙোন্দৈ পৌনা মখৈ লৌথোকখ্রে। শীঙশিংত্ত মৈনুংদ থারু। মহগুম্ব থবকনি নংন খঙডিবদি।

( নিকোলান খুমদ্রিঙৈদ সজিয়স লাকই। লৌকা উবদ ঙহাক লেপ্লি। লৌকান মৈনাক্ত চংখি )

সব : ( নিকোলাদ ) নংগি থবক্ত ঐন কায়হনবদি থোকলোই হায়ন নীংই।

নি : ( অহল ওইন ) এ :, কায়দে ইবুংঙো ; থাগৎচরি থৌজানবিবগি। ঐন অপঙবী নুপীমচাসিদ ঙাংজরম্মিব ; খুদোং হেক চাব ফংবদ লাইব্রেরীসিদ হেক্ত চেনসিল্লগ লাইবিক ময়ামসি য়েংব মাল্লি কৈনৈয়ে।

মান তম্মকপ মহৈদে মতুন মফৎত্রে ইবুংঙো ; মান হৈনরিবসি মাগি মতিক মপাগ চানদব। ( লৌকাদ ) টেবিলহ নালহল্লু লৌকা মেজোরগিদমক। ( মহাক খোকখি মবুক ইংন )

( লৌকান সরজিয়সত য়েংদন টেবিলগি চেশিংতু শেমজিনশনৈ। নিপাতুন মনাক্ত লাকই তপ্প, মাগি খুদাংতুদ মুন্ন য়েংই )

সর : য়েংগে কদায় : দাগ লৈরব্রাও ?

( খুজীতু চিংখৎলগ মফম লৈব মান পায়থৎখিবতু য়েংই। নুপীন লেংদন লৈ, মঙ্গোন্দ য়েংথোক্তন, নুংঙাইন চেক্তি চেকশিল্লি ) হ-ফ ! নাত্রা সিবো ?

লৌকা : উম।

সর : ঐবু লাইয়েংউ হায়ব্রা ?

লৌ : ( পোংতুন খংহন হন্দোক্লগ, মঙোন্দদি য়েংদন ) য়েংবিনু, হুজিক্তি অদোম লাইয়েংবিব ওম্মরোই।

সর : ( মপুগুম ) শোইদ্রব নহায় ? ( মাবু ফাগে হায়তুন লেংই )

লৌ : ঐঙোন্দ উশিত্তন তৌবিনু চানবিত্থন। আফিসার অমন মীনাইবু করিসু লৈতন খনবিনু।

সর : ( অশোকপদ খুদোম্ন নুংশিব খঙদন থিল্লগ ) মহ করিসু লৈতব নত্তে লৌকা।

লৌ : ( হন্দোক্লগ—মঙ্গোন্দ য়েংতুন ) . নুংঙাইবিরকত্রবাও হুজিক্তা ?

সর : (মখুৎ লোম্নহন, খোম্থাং হাপ্ল) ঃ ঐ কৈদোঙৈদ নুংঙাইখিদব তৌদে।

লৌ : ( পেন্দন ) : ঐন নীংই নুপাসি নুপীগ অতুক মান্নদে হায়ন খাজব য়াই। ঐ ঙকই—, নংবু তশেংন থোনা ফব নিপা অমরা ?

সর ঃ ( থোশাদন ) উম, ঐ থোনাফব নিপা অমনি। ঐগি খম্মোইসু নুপীগিগুম্ন চোংখৎলি নোংমৈ অহানব কাপ্প ভাবদ—। অতুবু লাঞ্জংব মতমদদি ঐ থোনা ফৈ হায়ব খঙখি। উম, মহ খক্তি ঐগি মরমদ অচুম্বনি।

লৌ ঃ নংগি লাঞ্জংদুদ থেংনরকপ্রা অত্তদি মপা লাইরবশিংদুগি মচাশিং ঐখোয়গুম্বদু নখোয়গুম্ব ইনাকখুনবৈ মচাশিংদগি থৌনা ৱাৎপা ?

সম্ন (কোম্ন) ঃ করিমত হন্থদে। মখোয়পূম্ব খাং হায়, শাপ তৌই, লাওই অথৌবশিংগুম্ন। হেরা! শাওবগি মী হাৎপগি থৌনাদি হোংবনে। ঐগি বিলাত্তী হুই অথৌব অম লৈ. মাগি থৌনাদু বুলগেরিয়াগি জাতিগি থৌনা রুশন মতুংদ লেপ্লগ চপ মান্নে। অদুবু মহাকপু ঐগি শগোল শেন্নব নিপান য়ৈবদি য়াই, করিসু তৌদে। মদুনি নংগি লাম্মী হায়বদু পূরা! নত্তে, লৌকা, নংগি লাইরব মী- শিংদো মীগি খৌরীদি ককপ ঙম্মি, অদুবু মখোয়গি আফিসার- শিংবুদি কি-নৈ, মখোয়দ থীন তৌব লাওখোংব খাংব ঙম্মি। মখোয়বু য়ৈব চৈবদ লেপ্তুন য়েংদুন অঙাংদৌন লৈ: অওইবনি, মখোয়দ য়াথং পীরবদি য়ৈব-চৈবদ লেপ্তুন য়েংদুন অঙাংদৌন লৈ; অওইবনি, মখোয়দ য়াথং পীরবদি য়ৈবচৈবদ মতেং পাংউ-হায়বসু য়াই। অদুগ আফিসারশিংদি! (তেন্ন থীন নোক্লগ) ঐ আফিসার অমনি। ওহ, (থৱাইচংন) নিপাদু ঐঙোন্দ পীয়ু শিবফাওব শিংনব ঙম্ব—করিগুম্ব পাঙ্গলগ, পৃথিবীদ নত্রগ লাইরৈবাক্ত লৈব, মদুন মাগি অরেপ্প অনীংব নত্রগ থৱাইগ মুক্করকপ মতমদদ: মহাক মথন্দনি থৌনা ফব নিপা হায়বদুদি।

লৌ : ৱা ঙাংথোকপদি কয়াদ লাইথ্রবনো! নিপাশিংসি ঐন সুম উবদ চাওব হেঙ্গৎতমানে: মখোয় পূম্নমক স্কুল তম্বিব নিপাম্মচাগি ৱাথল ঙাক্ত থল্লি। নংবু অশেঙ্গব থৌনা করিনো খঙদ্রি।

সম্ন : (করেম্নন) অওইবনি! ঐ মীন তাকপিব তম্বিব য়াই। (সোফাদ ফম্বি চীংলেমন)

লৌ ঃ ঐঙোন্দ য়েংলকউ! ঐঙোন্দ কয়া য়ামন ঐন অপাম্ব তৌহল্লি ? ঐন নংগি কা শেমশাহন থম্ব তায়ঃ উফুল ৱাইফুল শিৎতোক

কম্বোকপ তায়, পোৎ লৌয়ব তায়, পুখিব তায়। মতুন ঐবু কয়া য়াম্ন পুকচেল পিকহনগনি, নংগিদমক তৌহল্লিব নংবুসু-মতুন পুকচেল পিকহন্দ্রবদি ? অহবু (শাওবিংব ফাজন্দুন) ঐন রুশকি মহারাণী ওইম্মবদি, পৃথিবীদ লৈব কনাগুম্বগি মথক থোংবী, মতু ওইরবদি ! ওহ ! মতু ওইয়ম্মবদি, নংগি মোত্ত ঐসি করিসু থৌনা উৎপ ওমদবী ওইরবসু---নংম শোইদন উরমগনি, খঙলমগনি।

সর : খাইদৈ পূকচেল চাওবী মহারানী ইবেম্মম করি তৌবিরমদগে ?

লৌ : ঐন নুংশিব নুপাদদ লৈরম্মি। মদ ইয়ুরোপ্ত পানখিবী মহাবাণী অমত্তন তৌনব থৌনা লৈখিদে। ঐন নংবু নুংশিরম্মবদি· নংন ঐঙোন্দগি ফন নেমথন লৈরম্মবসু ঐন হুজিক নঙ্গোন্দগি নেম্মিবসুম্ন, ঐঙোন্দগি হম্বত্রগ মায়ন লৈনবগি থৌনা লৈরমগনি। নংবু অসুম্ন থৌনা ফব ঙমগদ্রাও ঐবু করিগুম্ব নুংশিবিরম্মবদি? ঙম্মোই : ঐবু থর থব নুংশিব হৌবিরক্লবসু, মতু নংন চাওখৎহল্লোই। নং মতুগি থৌনা লৈরোই : নং ইনাকখুনব অমগি মচানুপী লৌখিনি, মরমদি নং মীন করি হায়খিগদগে হায়বত্ন কিগনি।

সর : (চোংখৎলগা) : ন'ন ঙাংইবদ ওইদবনি, মদ নত্তে· থরাম্মিচাক পূম্নমকন সাক্ষী। ঐন নংবু নুংশিরম্মবদি, অদগ ঐন জারমক ওইবম্মবদি, ঐন নংবু সিংহাসনন্দ ফমহল্লমগনি ঐগি নাক্ত। নং খঙভি ঐন অতোপ্প নুপী অমবু নুংশি হায়ব, নুপী অম নঙ্গোন্দগি মান বাংবসি নোংথকন লৈমাইদগি বাংবগুম্বনি। অদুগ নংন কল্লকই।

লৌ : ঐন কল্লকনবগি মরম লৈতে। মান নঙ্গোন্দ সুকলৈ লৈরবোই হুজিক্কি। ঐন হায়ব নিপাদু হল্লক্লে। নুপীদো সুইস অদুদ ময়ুম পানগ্রনি।

সর : (মশা খুগচিন্নগ) সুইসতো !

লৌ : নিপা অমনি নহাক্কুম ১০ শিংকদব। অহৈদেদি নং ঐগোন্দ লাক-
কনি ; ঐন নংবু য়াবিরোই। নং ঐগি ইতিকচানব ফত্রে।

( থোঙদ মময়াই ওনসিনখি )

সর : ( চোংশিন্দুন শাথীন ফারগ মপাম্নবোমদ ) ঐন সুইসতুবু হাওোকনি;
অহৈদেদি ঐন অপাম্ব তৌগনি নংগি বাদি—।

লৌ ( মপাম্বোমদ অহুম লেংদনা, মবুক লেপ্ল ) : সুইস অহুন নংবুতুম হাং-
খিব য়াই। মহাক্ক নংবু মুংশি মুংওন্দ মাইথীব পীগ্রে। লান্দসু নংবু
মান মাইথীব পীরব য়াই।

সর : ( য়াম্ন ওংলবগুম ) : নংন নিংইব ঐবু থাজনি অসিরা—মান, মহাক্কা!
নংগি খ্বাইদে ফজব বাখল্দগি মাগি খ্বাইদে থীরব বাখল্ল হেন্ন বাংবা-
হুন নিপা অমগ ঐগি ইতুংদ থোওই বাওইদব গুমগত্রাও ?

লৌ : নংগি বাখল্দ নুপীহন সুইসতুবু থাজগত্রা, মঙ্গোন্দ সুইসতুন হুজিক
ওন্মুরব মঃদি ঐসি নংগি পাম্বোম মরক্ত লৈহৌরে হায়ত্নন ?

সর ( নীংব কায়ত্নন খংথা থাদোক্লগ ) : নোরোক ! ওহ, নোরোক্কী কোম!
করেম্নব ! মফম খুদিংদ করেম কথাইনব ! ঐন খল্লুব খুদিং ঐন
তৌক্লব খুদিংন করেম্নবিরে। ( মথবাক্ত মখুংন শুজে অঙাওবগুম )
পাংদবা ! চীম্বীবা ! অপঙবা ! ঐ ইশাবু হাংলসিরা—নিপা থোক্ল,
নত্রগ হিংখিত্রা ইশাবু নোক্লশিন্নহুন ? ( নুপীহু চংখিদোবগি মমাই
দৈ ) লৌকা ! ( থোঙ ময়াদ লেপখি ) নিংশিংহুন লৈয়ু : নং
ঐগিনিকো।

লৌ ( ওনশিল্লগ ) : মহুগি অর্থবু করিনো ? উশিংপিদব নত্রাও ?

সর ( য়াথং পীবগুমন ): মসিগি অর্থদি নং ঐবু মুংশি, অঙগ নং ঐগি
পাম্বোমসিদ লৈক্লরে, ওইব য়াই নং অমুক সিদ লৈরব। মহু
উশিত্তবা নত্তত্রা ঐ থঙদে থঙসু থঙনিংদে, নংন অপাম্ব মতুংহন্ন

লৌ। তৌইগুম্বসুং ( নিপা থোক্ল ) ঐ পাংদবদি ওইরোই, থৌশাদব য়াব মীসু ওইরোই। ঐন নংবু নুংশিগে হায়ন নুংশিরবদি, ঐ নংবু লুহোংহুন লৌব ঙম্মি, বুলগেরিয়া পৃম্ববু থৌশাদনা। নুংশিং অসিন নংবু অমুক শোক্লরবদি, মখোয়ন শোকইবদো ঐন লৌগদবী নুপীদনি।

লৌ : জবান ঙাকপ ঙম্বগি থৌনা লৈত্রা লৈতব্রা য়েংনর তায়েদনা। অদুগ চেকশিনবিয়ু, ঐ – পংকুই কুইনদি ঙাইজরোই।

( ব্লন্টস্লী চংলকই মখুৎত পায়রিব চেশিংহুদ মবুক্লিং লুপ্তুন লৌকা থোকখিনব থোঙজ্ মখুৎন হাংই। টেবিল তাম্ন চৎলি, থৈনবদ য়েংহৌরগ। সরজিয়স্ন মাগি অরেপ্প মবুকচেলহু হোংদন, চংলকইবগ্ন ইংন য়েংহুন লৈ। লৌকান থোঙ অহম হাংদোক্লম্মগ থোকখি। )

ব্লন্ট ( টেবিলদ চে থম্মি। হান্নগুম ফম্মুই অদুগ পুকনিং চংদন ) : মসি য়েংবদ নুংঙাইব নহা মচা অমনি।

সর ( চীং লেম-ন, লেংদন ) : কেপ্তেন ব্লন্টস্নী।

ব্লট : এ : ?

সর : নংন ঐবু নমথাক তৌরে। নং ঐঙোন্দ শিঙলকপ অততায়ী ওইরে। ঐদি শিঙনরকপ য়াদে। ঐ পুং ৬ তাব মতমদ দ্রীল তৌনব লম্পাক ক্লিশোরা লম্মীদ লৈরমগে ইথন্দ শগোল মথক্ত, ঐগি থাংশাং পায়হুন। নং ভাব তারব্রা ?

ব্লন্ট ( চেপ্তুন য়েংলগ, ফমবদি অদুম নুংঙাইন ফমহুন ) : ওহ, থেক্যু : মহু শগোল লাম্মীদ থবক তৌব নিপাগি বাহোনি। ঐদি নোংমৈ তোপ শূব মরক্ত লৈ, ঐসু থুংলাই অপামব থনব য়াই। ঐন লাকপ তারবদি মেচীন গন অম পুরক্লনি। হন্দক্তি নোংমৈ মক্ল লান্নবগি ভাব লৈতে।

সর ( ফল্লগ, য়ায় ইংন ) : চেকশিল্লু ইবুংঙো। অতুগুমৰ বার্তোন্দ থোওই উশিত্তব ঐথোয়গি বুলগেরিয়া অসিদ চৎনদে।

ব্লণ্ট ( থৱাই য়াওন ) : হা হা হা। বুলগেরিয়াগি ৱাহ ঐঙোন্দ হায়রকনু। নখোয় লান থেংনব হায়বতু করিনো খঙব্রি। অদুৰ নখোয়গি অপামৰ লমবীদ্ব অদুম চৎলু। নংগি থাংশাংহ লোইনরকউ। ঐ নংগ উমরনি।

সর ( থৌনাহুদ হরাওরতুন ) : সাবাস সুইটজর! ঐগি থ্বাইদৈ ফৰ সগোলহু ৱাইগেরাও?

ব্লণ্ট : হুঁম, নংগি শগোলদু কায়দে! অদ মকপু নংবু থাগৎলি মক্ষপ।

( রেইনা চংলকপদ তাহৌই ) থোঙন লেপ্পগ লান থেংনসি ইমানী শংগোল মথক্কদি খুদোংথীমল্লি। হাৎতব য়ারবদি ঐ নংবু হাৎনিংদে।

বেই ( লাংতকুন চংশিল্লক্কুন ) : কেপ্তেন ব্লণ্টস্লীন হায়খিব ৱাহ্ন ঐ তাহোরে সরজিয়স। নখোয়নী থৎনদৌরিমানে, করিগিনো?

( সরজিয়স লৈথোকখি ৱা ঙাংদন, মৈনাক্ক চৎখি, মাবু য়েংতুন লৈ ) কৈদোনরবগে? ব্লণ্টস্লীদ )

ব্লণ্ট : ঐ খঙদে, মান ঐঙোন্দ মরমতু তাক্কি। মরক্ক থৎলদবন কৈ, মুংশিরবী নহা ইবেম্মা। করিগুম্ব অমাংব অমত্ত থোকলোই, ঐ য়ামন তোইন থাং হায়ব তস্বিরক্লব নিপানি। মান ঐঙোন্দ শোকপ গুকগুম ঙস্মোই অদুগ ঐনসু মাবু শোকহনবিরোই। মতুন ৱা য়ায় ঙাংনদব য়ারনি। অয়ুক্ত ঐ মুমদ চৎগ্রনি; নখোয় ঐবু অমুক উররোই, অদুগ ঐগি ইরমদসু তাররোই। নংগ মাগ অদদৈ তেশিয়খিনি অদুগ মতম কুইন মুংঙাইন লৈম্রিয়হৌনি।

রেই ( মুংঙাইতন লৈথোক্লগ, মথোন্দু কপ্পিংবৈ থোম্মোক্ক ) : ঐ কৈদৌকৈদ হায়খিদে ঐ নংবু অমুক উনিংই হায়দুন।

সর : ( মাংদ চংলক্কুন ' : হা হা ! মশান তাকথোক্কচরে।

রেই ( ফন্দুন ) : নংন হায়রিবহুগি অর্থদি ?

সব : নং নিপাঙ্গিবু হুংশি !

রেই : ( ইকাইদুনা শাওব ) : সরজিয়স !

সর : নংন মহাকপু ঐগি ইতুংদ নঙ্গোম্দ থেমহল্লে. মাগি মতুংদন নংন ঐবু হায়ন শিংনরব নপুরোইবদৌন তৌরি। ব্লন্টম্নী, ইমানীদ লৈনরিব মরীসি নং খণ্ডি, অতুগ নংন ঐবু নমথাক তৌরে। মরম অহননি ঐন নঙ্গোম্দ শিংনরকইব, ঐন ফংখিদব থৌজাল নংন ফংলুবৈ নত্তে।

ব্লন্ট ( শাওন চোংখৎতুন ) : খারেম ! খাইকুপ ! ঐ থৌজান অমত্ত ফংখিদে। করিনো, ঐহাক য়ুম পাল্লে নত্রগ পাত্রি হায়ব ফাওব নহামচা ইবেম্মসিদি খঙপোং নত্তে।

রেই ( মশাবু কাওহুন ) : ওহ ! ( সোফাদ ফমথবদ ) নংবু য়ুম পাল্লত্রাও ?

সর : উরেদুন নহামচা অসিন লাংতক্করিবসে কেপ্তেন ব্লন্টম্নী। নত্তে হায়হুন চেনব অরেপ্পনি। মহাক্কি কাদ অথেংব অহিংদ মান নংবু ভরাম ওকপগি খুদোংচাবত্র নহাক্ক কংগ্রে

ব্লন্ট ( শাওন মরক হংলগ ) : হোয়, যুহুসিগ ! মান ঐবু ওকখিবতদি মকোক্ত পিস্তোলন শীংবনে। মংগি শগোল্ম লাম্মীশিংহুন ইতুংদ কোইস্তান তাম্নক্কখি। মহাক্ক করিগুম লাওরম্ব থোক্কবদি মাগি থোপ্পু ঐন কাপথায়রম্মোইরাও ?

সর ( থাজদ্রবত্র কাম্নরবদ ) : ব্লন্টম্নী ! রেইনা, মসি অচুম্বা ?

রেই ( শাওন, লোম্ন ) : ওহ, মহুগি থৌনাহু কদায়দৈনো ? করিগি মহ হংলিবনো ?

ব্লন্ট : হায়জৌ, নিপা, লাক্কে হায়যু। ( ফমথখি )

সর ( মপাম্বোম কোন্নরগ, তান নাইন ) : ঐদি কৈদৌঙৈদ হায়জদে !

রেই ( ময়াইকান ) : মসি থোকহল্লিবদি নংগি মরূপ হায়বহনবনি, কেপ্তেন ব্রন্টস্লী। মহাক্কনি ঐগি মরমদ অকিব ফংলব য়াবীসি শন্দোক লিব, ( ময়াই কাহুন কোইচৎ চৎলি )

ব্রন্ট : নত্তে, মাদি শিত্রে। হিংন মৈ থাত্রে !

রেই ( মুংঙাইতন লেম্লগ ) : হিংন মৈ থাখিব ।

ব্রন্ট : নিংজোন্দ নোংমৈন পানখিব নারক্ক। মথন্দ চিংজহুন থোরকপ ওমদব। নখোয়গি মীশিংগি বোমগি মৈন উৱাম্বিংহ মৈ চাকহনখি অমসুং মাবু থাখি, অতুম্ব ফিভমদ তারব মরাইবক থীব ৬ থক্ক লোইনন।

রেই : কয়াদ কিপ্রব বানো।

সর : অহগ কয়াদ নোক্লিংখ্রবা ! ওহ, লান, লান ! মরৈবাক নীংব, পাথৌশিংগি মঙ ! মতাংনি, ব্রন্টস্লী ! অর্থ য়াওদব তৌশিন্নবনি, নুংশিব ওম্ব।

রেই ( শাওরহুন ) : নুংশিব ওম্ব ! মত্র নং ঐগি ইমাংদ হায়রবকো।

ব্রন্ট : হায়মু, সান্নানোফ, হিরম অদু শন্দোক্ক তাক্লবনি।

সর : অর্থ য়াওদব তাংনি, ঐন হায়রিবসিনি। নংবু সিদ অমুক্ক হল্লক-ক্লাও, নখোয়নী মরক্ক নোংমৈ মত্তোম্ন লৈনহনখিব মরীদু নত্তব অইম্ব কম্লিমক্ত লৈশিন্নবদবো ? নংগি মরূপ মৈন চাকখিবদুগি অমমক রেইকান হায়খিবদু লাল্লি। মহাক্ক নত্তে ঐঙোন্দ পাউ তম্বদি।

রেই : কনানবো অদুদি ? ( থংহোৌজন ওইরব য়াবহু নিংশিংক্লন ) ওহ, লোকা ! ঐগি লেহু ! ঐগি মীনা ! নং ঙসি অয়ুক য়াগ মতম

কুইন ··· মচুগি তুংদ মতুংদ—ওহ. করম্ব লাইনো ঐন নহালমখৈ ইডাংলকইবসিবো। (মমিং চানৈ; মঙ কায়বচু নুংঙাইরকপ মাঙ্গ। অচুমরু শাওনিংন—সর্জিয়সকি মনাক্ত চংশিল্লি অন্ডগ মখোন নেম্ব, য়ারু) ঐন সিড়ীহ কাখৎলগ মিছৎথোঙদৈ ঐগি অথৌব নিপাবু অমুক্ক উজনব য়েংথোরকখি হায়ব নং খঙব্রাও? ঐ মচুদ করি-গুম্ব খব উখি মতম অহুদদি ভাব তারমদব। ঐ হুজিক্তি খঙলে নং মাবু মুংশিদুন থেম্মি হায়ব।

সর (নুংঙাইতন ফাগী ওই): নং মদু উখিবোইরে?

রেই: য়ামন নিংথিন উজখি। (লৈথোক্তুন চংগ্রুগ মিছৎথোঙ ময়াদ ফম্মুই।)

সর (খাজদন): রেইনা, ঐখোয়গি মঙলাম্দু কায়রে। পুক্সিসি ফাগী লীলা অমনি।

ব্লন্ট: (রেইনাদ মচীং ওইন' উরেদন, হুজিক্তি মহাক মশাবু ভাব তাজরে।

সর (মঙ্গোন্দ চংশিল্লগ): ব্লন্টস্রী: নংন ঐবু বুদু কৌবদ ঐন য়াখি। নং হুজিক ঐবু পাংদবসু কৌব য়াররনি। ঐ নংগ খৎনসি হায়বসু য়াররোই। মদু করিগিনো খঙলব্রাও?

ব্লন্ট: খঙদে, অদুবু খঙদ্রবসু য়াইদা। নংন ঐঙোন্দ খৎনসি হায়দুন হৌব কান্দ ঐ নঙ্গোন্দ করি মরমগিনো হংখিদে; নংন হুজিক খৎনব তোক্লসি হায়বসিদসু মরমদু ঐ হংলোই। ঐন লাম্মী ওই-রিবসি কারবাররনি। ঐ লান য়াওই য়াওব তারব মতমদ, লান তোকপ তারব কান্দ ঐ য়ামন হরাওন তোকই। নংদি নিন্দম-খৎলকইব নিপানি, নংন খল্লি লানসি হরাওকুম্মৈঙম।

সর (ফমথগ্রগ অমড়ুগ মনাতোন মনাতোন নকশিল্লন্ন): অহ ওইরবসু নং মরমচু ভাব তায়. লাম্মী কারবারী। মরমচু অসিবি ঙশেংন

খৎনব তাম্নবদি মী অনী চংই—অশেংব মী—থম্মোই পানব মী—ঈ অমসুং ইজ্জৎ লৈব। ঐ নংগ অমুক খৎনব ঙম্মরোই, মশক থীব মুপীদ মুংশিব ঙমদবগুম। নজোন্দ য়োৎচাবী য়াওদে; নং মী অম নত্তে; নংদি ষন্ত্র অমনি।

ব্লন্ট ( মরাল য়াবগুম ): মত্ত চুমই, পুমচুম চুমই। অগুম্ব মীতানি ঐ মতম পুম্বদ। ঐ ওম্বোক্ত মুংঙাইতে।

সর: আঃ!

ব্লন্ট: হৌজিক নং ভাব তারে পুক্সিসি ফাগী লীলা নত্তে, করিগুম্ব অর্থ য়ামন লৈব অরুব অমনি; নথোয়ন মুংঙাইনবগি লম্বীদ করি অকায়ব লৈরিবগে?

রেই ( হৌগৎলগ ): অদোমন করিগিনো ঐগি অমসুং মাগি মুংঙাইনবগি লম্বীদ অত্থক মুম্ন থিগৎপিরিববো। নং মাগি অনৌব মুংশিবী কাও-রব্রা—লোকা? নং নত্রে মান হুজিক লান তৌনদোরিববি, মাগি লাম্বা লৈরে, নিকোলা।

সর: লাম্বা!! ( কাহুগি তঞ্চাই অম চোংশিন্দুন )

রেই: নং খঙদবোইরে মখোয়নী হায়ন-শিংনপ্রে হায়ব?

সর: নিকোলা! অনৌব নোরোক কোম চীংখায়রক্লব্রা? নিকোলা!!

রেই ( করেমন ): থবাই চাকপ দান অম, নব্রাও? অত্থক ফজবী! অত্থক শিংবী! অত্থক নোম্লুকপী! অরেম্বদ মাংহনব মীয়াই চল্লব মীনাই নিপা অমদ। অওইবমক, সজ্জিয়স, নং তুমিন্ন লৈথোকপ ঙম্মোই অত্থগুম্ব থবক্তু থোকহন্দুন। মত্থ পাথৌ নংগি নতিকচাব থবক ওইরোই।

সর ( মশাবু থামজব ঙমদন ): লীন্দু! লীন্দু!

( শাওন্থন কোইন চৎলি )

ব্লন্ট : সিদ য়েংউ সারানোফ, মহুম তৌরগ ফত্তব হেন্নি মঙ্গোন্দ ।

রেই (শাওব হেঙ্গৎতুন) : মহাক্ক করি তৌগ্রে নং খঙলত্রা, কেপ্তেন ব্লন্টস্লী ? মহাকন মুপীমচা অদুবু ঐখোয়গি অচেৎ অকোম য়েংনব থৌদা পীক্ররে, মদুগি মনান অথৌবসিন মুপীমচাদ বু মুংশিব, থেম্ব ।

সর : ওইদব । হিংচা য়াতম্বগুম্ব ।

রেই : হিংচায়াতম্বগুম ওইদব । (মাইয়োক্করগ) নং মসি য়ানিংত্রাও— মুপীদুন নঙ্গোন্দ কেপ্তেন ব্লন্টস্লীন ঐগি কাদ লৈরুবে বা তমখি—?

সর : তমখি ; অদুবু—

রেই (বা থৎলগ) : নং মসিসু য়ানিংত্রাও—মান নঙ্গোন্দ পাউদু তম্ব মতমদ নংন মঙ্গোন্দ মুংশি মুংওনগী বারী হৌখি ?

সর : হৌখি : অদুবু ঐন হায়রিবসিনি

রেই (তুক্কচন মরক থৎলগ : মহৃদৈ হেনব অতৈ ঐখোয়দ তম্বগি কান্নদে । ঐখোয়গিদি মহন ওকচরে । (মঙ্গোন্দৈ লৈখোক্লগ মিহুৎখোঙদ চৎখি । )

ব্লন্ট (ইংন, সরজিয়সন মথবাই বান শোফাদ ফমথরগ মকোক্ত খুতুম অনীন শোখিবদ) ঐন হায়খিদ্রা সরজিয়স মহুমন তৌরগ ফত্তব হেন্নি হায়ন ।

সর : কৈমানবী য়ুমলৈমা !

রেই (ব্লন্টস্লীদ শাওহুন চেপ্সিল্লগ) : নং তারেকো নিপাসিন ঐবু চৈব কেপ্তেন ব্লন্টস্লী ?

ব্লন্ট : মহাক অতৈ করিদি তৌব ওমদগে মুংশিবী ইবেম্মা ? মহাক মশাবু কঞ্জব তায় করিঙম পাঙ্গে অমন । লাওনে (য়ানিংনব) : খৎনেনা, মহুন করি কান্নদগে ?

(রেইনা ময়া কারগ ফমথখি সোফাদ, ব্লন্টম্নীদ শাগুন য়েংগে তৌবদ ঙমদ্রুহুন মাগি ফাগী বাখল্ল ঙর্মখিহুন অঙাংমচাদোন সয়-জিয়সকি ময়েংবান্দ ঙাথগ্রে।)

সর: নিকোলাগ বা লোইনখ্রব! হা হা! আঃ, ফয়ে, ব্লন্টম্নী, নংন চুম্মি নমথাক্ল তাহ্বন শাব তাইবংপানসিবু ইংন লৌব।

রেই (ব্লন্টম্নীদ খিগৎহুন য়েংলগ): ঐন হায়ব ওম্মি, নংন ঐখোয়নীবু খর খর চাওজ্ররক্লব অঙ্গো অনীগুম্ন লৌই, নত্রদো?

সর (থীন খিগৎলগ): মহাকন-লৌই, লৌবমকনি। সুইসকি মচাউখৎন বুলগেরিয়াগি চাওখৎতববু য়োকচবীগুম শেম্নবিরি, নত্রাও?

ব্লন্ট (ইকাইন): মদু করিমত নত্তে, অশেংবনি ঐন হায়বসি। ঐন য়াম্ন নুংঙাইরিবদি নখোয়নীবু ইংথনহনবসিনি। মদুনি! মদুমক্লি! ঐখোয় তিন্নন নুংঙাইসে, মক্লপ মপাংগুমন হিরমদুদ বারী শাসে। কদায়দ লৈখ্রে নহামচা অমদুদে?

রেই: থোঙ মক্লমদ তাদুন লৈরম্ব য়াই।

সর (নোংমৈন পানবদোন নিক্লগ, ইংন তপ্ল শাওহুন) ঐ মত্ত উৎকে, য়ামদ্রবদ মহু মী মাংনব ঙাংব বানি হায়ব। (লেমন খোঙজিন্দ চৎখি) হাংদোকউই। য়েংথোকপদ "হৈমা।" লাওই, লৌকা লোৎ-লম্বহ চিংশিল্লকই মশা শাগন লাক্কুন, টেবিল লোমদ লথৈ লাওহুন) মাবু বিচার তৌ ব্লন্টম্নী। নং, নবুক ইংব মীচঙ নাইদব নিপা: য়েন্নখা পাউদাবীসিবু বিচার তৌ।

(লৌকা লেপই তুম্মিন্ন পোংন)

ব্লন্ট (মঙক হাইরগ): ঐন মাবু বিচার তৌব চুমদে। ঐ ইশামকসু অমুক দম্বুরগি মপান্দ লোম্ন তাক্লরে, মহুদ লাহ্লো অম হৌগদবগি খুংগৎলম্মি। মসি পুম্নমক তানিংহনবগি চাংহগি বাহংনি। মহু ঐগি খবাই মাংব য়াবগি বাফম্নি।

লৌকা : ঐগিসু মুংশিব মাংব য়াবগি বাকমনি। ঐ করিসু ইকাইদে।

রেই ( তুকচন : নংগি মুংশিব! নংগি থঙনিংব! অদু নত্রা নংগি ভাবপো।

লৌ ( মমাই ওনসিন্দুন, মান তুকচরকপ অদু থবাই য়াওন খুমহুন ) : ঐগি মুংশিব, ইবেম্মন মুংশিব ঙম্বদৈ হেন্ন কনব, ইবেম্মগি শজোম মিঠাই লাম্মীদৈসু হেন্ন।

সর ( খংচিং চিংনহুন লৌকাদ ) : মহুগি অর্থন কবি ?

লৌকা ( শাথীন ) : মহুগি অর্থদি—

সর ( থৌশাদন ) থৎলগ : ওহ, ঐ নিংশিংলে। উনগি পোলাওদো। অহুদি চুম্ন লক্লবনি, মুপীমচা!

( মেজোর পেটকোফ চংলকই, ফুরিৎ সার্ট শেগাইব লিংতুন )

পেট : লৈবাকমচাশা ঐগি ফুরিৎ খুদাংসি বারৌবিব য়াদে। রেইনা, কনাগুম্ব অমন ঐগি কোট্রু লিংলুরবনি : ঐ মহু বাশকপ ঙম্মি। কনাগুম্ব অম ঐগ নঙ্গন মওং মান্নদব। খুদাংদ পোকখায়রে। নমান মহ ফোৎহোরি, ঐ মাবু খর থুন লোইহল্লিংই : ঐ লোক থুংব্রা করিনো থঙদে। ( মখোয়দ পুকনিং চংন য়েংই ) করি করি তৌনথ্রবনো ?

রেই : করিসু তৌদে। ( মৈনাক্ল ইংন ফমখি )

সর : ওহ, করিসু নচ্ছদে। ( টেবিল মতোন ওইন ফমখি )

ব্লন্ট : ( হাম্ন ফম্লম্মে ) করিসু নচ্ছদে, করিসু নচ্ছদে।

পেট ( সোফাদ ফম্মগ ) : মহু ওইরবদি ফৈনে। ( লৌকা উই ) লৌকা কৈদৌনরবগে ?

লৌ : করিসু নচ্ছদে ইবুংঙো।

পেট ( মুংঙাইন ) : মহু ওইরবদি ফৈনে। ( হাকথি খল্লি ) চৎলু নবেম্মদ ঐগি কোট্রু পীরকউ হায়ক্ল মরম ওকপী, চৎলব্রা।

( নিকোলা কোট পুতুন লাকই। লৌকান থবক লৈব দাজিন্নঙ্কন হিদাকক্ লোইশিল্লি মিহৎ ময়াদ )

রেই : ( নিকোলাগি পাম্বোমদ কোট উবদ হোৌগৎতুন ) সিদ লৈরে পাবুং। ঐঙোন্দ পীয়ু নিকোলা, নংন শিং থরগ হাপচিল্লু লৈরংদ।

( কোট্টু পায়রগ মপান হৌগৎপদ লিংশিনবি, নিকোলান মৈ শেমখি )

পেট : ( রেইনাদ লকতুন ) অহা ! মপাবুং অহল ওইরবদ নোংমদি য়াম্ন ফবিরে লান্দগি হল্লকপদ হা ?

রেই ( শাওনিংন ): আঃ, মতু কয়ম্ন ঐঙোন্দ তাকপিরিবনো পাবুং ?

পেট : ফরে ফরে, ফাগী তৌবনি, নুপীমচা। লাও অমুক্ত নানগে ( নাল্লি মনঙ্গন্দ ) কদায় কোট্টু পীরো।

রেই : ঙম্মোই, ঐন লিংশিনবিনি। নঙ্গল লৈথোকপিরকউ। ( মনঙ্গন লৈথোরকই মপাম্বোম তিংথোক্কুন। রেইনান ফুরিৎখাওদৈ ফো-টোতু লৌথোকই হৈ-শিংন অতুগ ব্লটম্লী মমাংদ লংথোকই টেবিল মথক্ত. ব্লটম্লীন মতু চে অমন খুমজিল্লি. সংজিয়সকি মনাতোন ওমাংদ—মান য়ামন ঙক্ত থঙনিংন য়েংই। রেইনাম কোটলিংপদ মতেং পীখি।) মতুনি য়ারে, হুজিক্তি নুংঙাইবিরব্রা পাবুং ?

পেট : নুংঙাইরে, নুপীমচা। থেঙকস। ( মহাকন কমথৈ, রেইনান মৈনাক্ত চৎখি ) ওহ, মতাং নত্রবদু, ঐ নুংঙাইরব বা অম থেংনরে। মসিগি অর্থবু করিনো ?

( মপুৎতু হুমব্রব ফুরিৎখাওদ থিংজিল্লি ) এঃ, য়েংওই। ( অতোপ্প খাওদ অমুক্ত হুমই ) কৈ, ঐ বাশকপ ঙম্মগনি। ( য়াম্মন চঙঙ্কহন থবাক্তি খাওদ হুমই ) করিনো ঙক্লেদা ! ( অহানবগি খাওদ অমুক্ত হুম ) কদায়দ লৈরম্ম য়াই—? ( হৌগৎলগ লাওই ) মথোয় নমান লৌব্রব জাৎনি।

বেই ( মমাই ঙাংন ) শরি লৌথ্রবা ?

পেট : নংগি ফোটোগ্রাফ মথক্ত থারম্ব ময়োলন : "রেইনান মাগি শঙ্গোম মিঠাই লাম্মীদ : কাওবিদনব খুদোন" হৌজিক্তি নখোয় খঙ-ঙেদন মসিদ মিংন উবদে হেনব করিগুম্ব খর মাওরে হায়ব ; ঐ মক্ত খঙনব খিদব মাদে ( হৌনা ) নিকোলা ।

নিকোলা ( মনাক্ত লাক্লগ ) : ইবুংঙো ।

পেট : নং ঙসি অম্বক রেইনান শাব করিগুম্ব অথুম অহাও মাংহল্লবাও ?

নিকো : ইবেম্ম বেইনান ঐন মাংহল্লগ্রে হায়ব ইবুংঙো তাবিগ্রে ।

পেট : ঐ মত্ত খঙজি বুড়। অচুমরা হায়বা ?

নিকো : ঐ তশেংন হায়জনি ইবেম্মা রেইনাদি অচুম্ব নত্তব অমত্ত হায়ব ঙমজদে ইবুংঙো ।

পেট : অওইরাও ? অতদি ঐন ওইদব ঙাংব তাবে ( অতৈদ লৈশিন্দুন ) লাও, নখোয়ন খনবদ ঐবু মড় উদে নিংরাও ? ( সরজিয়সত চৎ-লগ মরেংবান্দ নাম্বন ) সরজিয়স নং ওইরিনি শঙ্গোম মিঠাই লাম্মী হায়বদো, নং নত্রনে ?

সর ( ঙক্তুন ) : ঐবো। শঙ্গোম মিঠাই লাম্মী অম। অওইবমক নত্তে।

পেট : নত্তে। ( মখোয়দ য়েংই, মখোয়পুম্ব পুক্লিং চংই ) নংন হায়রিববু রেইনান তড়ুগুমব পোংশিংড় অতোপ্প মী অতৈদ পীসিরা ?

সর ( পাউরোগুম ) : ঙাইবংপানসি ঐখোয়ন খল্লখুগুম চয় মবুক শেংব মফম নত্তে, পেটকোক ।

ব্লন্ট ( হৌগৎলগ ) : করিমত কায়দে, মেজোর। ঐনি শঙ্গোম মিঠাই লাম্মী হায়বত্ত। ( পেটকোক+সরজিয়স ঙকমিৎ ) থৌজাল হৈবী নহা ইবেমসিন ঐগি খবাই করবিথি, ঐন চদংনরব মতমদ শঙ্গোম মিঠাই শাজবিয়ন : মড়ুগি মহাওড় ঐ কৈদৌঙৈদ কাওগদগে ! ঐগি লৈথিত্রব মরূপ চৌলজন থারীড় নজোঙ্গ লীগ্রে পাইরোত্ত । ঐনে মীচেন্দু ।

পেট ঃ নংকো ! ( মুৎশা মপী হোন্নি ) সরজিয়স : নং নিংশিলিব্রা ভসি অয়ুক ঐখোয়মম বাম্ব পনব মতমদ মুপী অনীচু কমদৌখি হায়ব ?

( সরজিয়স খিৎতং নোকই। রেইনাদ লৈশিল্লগ ) নং ফজরবী মুপীমচা অমনি, নংবু নক্সাও ?

রেই ( শাওরপ ) ঃ মেজোর সারানোফ, মবুকনিং ওনখ্রে। ফোটোগ্রাফত ঐন মম্ব ইব মতমদ, ঐ খঙলমদে কেপ্তেন ব্রন্টল্লী ময়ুম পাল্লে হায়ব।

ব্লন্ট ( খংলপ্ন কম্ন য়েৎভুন ) : ঐ য়ুম পাঞ্জদ্রি।

রেই ( শাওন ) : নংন পাল্লে হায়খ্রে।

ব্লন্ট ঃ ঐ হায়খিদে। ঐ তশেংনমক হায়খিদে। ঐ পুন্সিদ কৈদৌঙৈদ লুহো·খিদ্রি।

পেট ( চঙক্লরভুন ) ঃ রেইনা, ঐবু হায়মনব থোক্লদ্রা, নংন চানবিভুন ইপাদ অমুকং তাকপিগেরা করম্ব নিপাগনো নংগ হায়ন-শিংনব লোইরববো ?

রেই : কনামতগসু নত্তে পাবুং। নহা মচাসে ( লৌকাদ· পো·দন অভুম লৈ, ইকাইদে ) অসিনি হুজিক মেজোর সারানোফন থবাই তারি-রিব মৌদি।

পেট : লৌকা। নংবু ঙাওরব্রা সরজিয়স ? করিগিনো, মুপীমচা অসিদি নিকোলাগ বা লোইনরবনে। !

নিকো ঃ ননাই ঐবু ঙাকপিগান ইবুংঙো। অরানব অম লৈরে, লৌ-কাদি ননাই ঐগ বা লোইনজদে।

পেট ঃ নংগ বা লোইনদে হায়ব, নং মীরৈহৎ ওইরে ! করিগিনো, নংন ঐঙোন্দগি লেভা ২৩ লৌত্রিবদে নখোয়গি বারোই মুমিৎনি হায়বহদ ? অহুপ অন মবাগি খুবাং মগ্নীসি রেইনাদগি লৌখিব নক্সা ?

নিকো ( ইংন পঙথসনহুন ) ঃ অহুম হায়ন মীওোন্দ ফোংদোকউবনি ইবুংঙো। মহ্ লোকাবু কন্নবগিদমক তোঞ্জখিবনি। মাগি থবাইদি মান লৈরিব ফিভমদগি হেন্ন য়াংই. ননাই ঐদি মাগি থাজব য়াব মনাই অমদগি হেন্দে, ঐন পামজবদি ঐখোয় ইবুংঙোন খঙবিরিব অহুনি, হয়েংবাই সোফিয়াদ দোকান অম ফম্মুবা, ঐন আশা তোঞ্জ-রিবন মহাকন অচৌ অশাংদ য়ম্মুম পানখ্রবদি ঐঙোন্দগি পোৎ-চৈ লৈবিব, ঐগি দোকানবু থাগৎপিব অঙদনি।

( মাবু ওক্ল য়েংনহল্লগ মপান্দ থোকখি )

পেট : ( অচীকপ কায়হনহুন ) ফরে, ঐদি অহেম !

সর : মসি থ্বাইদৈ ফজব থৌনানি নত্রগ থ্বাইদৈ নেম্ব অচোপ্পনি। করম্বনো মসে ব্লন্টস্নী ?

ব্লন্ট : থৌনাবু ওইরবসু অচোপ্পব ওইরবসু বা ওইন তৌরুনু। ঐন বুলগে-রিয়াদ থেংনবশিংগি মরক্ত নিকোলান থ্বাইদৈ মতিক লৈব নিপানি। ঐ মাখু হোটেল অমগি মেনেজর ওইহনগনি, করিগুম্ব মান ফ্রেঞ্চ অমসুং জর্ম্মান লোন লোল্লবদি।

লৌকা ( থংহৌদন সরজিয়সত ) : সিদ লৈব থুদিংমকন ঐবু করেম্নবিরে। নংন মখোয়দ খুদমহু পীরে। নহাকন ঐঙোন্দ হায়জগদব অম তোম্লে !

( সরজিয়াসন হেক হায়বগ মপাম্বোম অনীহু লোম্নৈ। )

ব্লন্ট ( মান বা ঙাংদ্রিঙৈদ ) : মহ্ করিমত কায়রোই। মহাক্তি কৈদৌ-ঙৈদ হায়জদে।

লৌকা : হায়জগদব নঙোন্দ নত্তে, মাগি মমাময় অমসুং মাগি মেকনরে। ঐঙোন্দনে মাগি লাইরবী মনাইহুপীদ, মাই হায়রকওইদে।

সর (য়ানিংন) : নংন হায়ব চুপ্নি। 'লেমন, মথুউ কোটহ) ঐবু ঙাককিয়ু।

লৌ ঃ ঐন ঙাকপিরবনি। ( পাংদন মখুৎ তিংথোকই, মচু সরজিয়সন চুপ্লি।) শোকইবতুন ঐসি নংগি বারোইনরব মৌনি।

সুর ( চোংথংলগ ) ঃ আহ! ঐদি মচু কাওরুরে।

লৌ ( ইংন ): পাম্বিদ্রবদি তোকপিব য়ানি।

সর: তোকপ! কৈদৌঙৈদ ওইরোই! নহাক ঐগিনি। ( মাবু কোনশিল্লি )

( কেথরীন লাকই, কাকাবু সরজিয়সন কোনবদ য়ামন শুকন য়েংনরম্ব উই )

কেথ: মতগি অর্থদি করিনো?

( সরজিয়সন লৌকাবু থাদোকই )

পেট: অসিনি ইবেম্মা, সরজিয়সন রেইনাগি মহুৎত লৌকাবু লৌরনি হায়বগুম তৌরি। ( মুপীতুন শাওগে তৌবদ, খাম্বগ ) ঐঙোন্দ ইরাল পীগনু : ঐগ করিমত মরী লৈদেনকো।

( মহাক মৈনাক্ত চংখি )

কেথ: লৌকা লুহোংর! সরজিয়স : নংগি বাহৈনদি নং ঐখোয়দ পুল্লিদো!

সর: ( মপাম্বোম লোম্নরগ ) করিমতন ঐবু পুন্দে।

ব্লন্ট ( মুংঙাইরহন বাতাগুদ ): সারানোফ নখুৎতু কদায়, য়াইফব ওইয়ু। নংগি নথৌনাসিগি কান্নব থৌ্র থুবক লোমদ। ( লৌকাদ ) শক-হেনবী নহা ইবেম্মা, প্রজা তম্র পাম্ব অমন লাইবকফবী ওইবিয়ু নিংজরি! ( লৌকাগি মখুৎ চুপ্লি, রেইনান শাওই, মফমদ হল্লকই )

কেথ ঃ লৌকা, নং পাউ য়ামন তম্নমানে।

লৌকা ঃ ঐ রেইনাদ মাংনব অমত্ত তৌজদে।

কেথ ( ফল্দুনা ): রেইনা! ( রেইনাসু উশিত্তবহদ শাওবন ফি ফি কাম্মই )

লৌকা : ঐন মাবু রেইনা কৌবগি অধিকার লৈ, মহাকম ঐবু লৌকা কোই। ঐন মেজোর সারানোফতা হায়খিম হায়ববু মঙ্গোন্দ মান কৈদৌঙৈদ লৈবিরোই সুইসকি লৈবাকমচাহ হন্নক্রবদি অলিখক্রনি।

ব্লন্ট ( ঙকন হোৌগৎতুন ) : হা আ হা !

লৌকা ( রেইনাদ ) : ঐন থঙ্গখিবদি নংন পাম্বসি সরজিয়সপুদি মাবুন হেল্লি। ঐগি বাসি চুম্মি লাল্লি হায়ব নংন খ্বাইদৈ হেন্ন খঙি।

ব্লন্ট : কয়াদ অর্থ লৈতব বানো ! ঐন অশেংব তাকচরি, নুংশিরব মেজোর, নুংশিরবী ইবেম্মা. থৌজাল হৈবী নহা মচা ইবেম্মসিন ঐগি থবাই কনবিখিবদনি, অতৈ অমত্ত নত্তে। মহাকন ঐগিদমক করিসু থোইন থৌশাবিখিব লৈতে। করিনো, ঐগি থম্মোই, থবাইন সাক্ষী, নহা ইবেম্মসিদ য়েংবিয়ু, ঐঙোন্দ অমুক য়েংবিয়ু। মহাক, ইনাকখুনবী নহাওইরিবী ফজবানি, মাগি বাখলগি মঙলান্দ বারীগি নিংথৌমচাশিং, পুকচেল চাওখ্রবশিং, অদুগ শগোল লান্মীগি লাঙ্গং কয়া অমসুং অতৈ অতৈ কয়ান থল্লবানি ! অদুগ ঐন, ইচম চম্ব সুইস লান্মী. চহি ১৫ লানফমদ, লান্মীশংদ লৈরুদুন লৈবাকমচা তান হিংব কমদোই হায়ব নিংথিন খঙত্রব, কোইন চৎপ নিপা অম, লাইয়েংব য়াত্রব মঙলানগি পুকচেন্ন পুক্সিদ ফংনদব খুদোংচাব পুম্ব মাংহনত্রব নিপা অম—

সর ( তিংখং য়ুবগুম খংন, থাজদন মরক হৎতুন ) বারৌবিমু ব্লন্টয়্রী, করিননো নংগি পুক্সিদ খুদোংচাব মাংহনখি হায়ববু ?

ব্লন্ট ( পম্বদন ) : লাইয়েংব য়াত্রব মঙলানপাম্ব পুকচেলন। ঐ অঙাং ওইরিঙৈদ য়ুমদগি অনীরক চেল্লুরে। ঐ লান্মীদ মিং চল্লুরে, ঐখোয় বাজিগি কারবারদ যাওগেদি হায়দন। ঐ য়ুমসিগি বেলকোনীদ কাখৎলুই, তান লৈব মী অমন খ্বাইদৈ নকপ কোক্সুৎ অমদ কুম্বগদবদ।

ঐ অমুক খিগৎকুম হল্লকই—মশিদ মহামচা ইবেল্ল অসিমু অমুকংগ য়েংনিংহুন, ঐগি চহি মতাংসিদদি অতোপ্পা মী অম ওইরবদি ইশা লাকপে মহৎ কোটু দ থারক্লগ লোইপোৎনি—

পেট : ঐগি কোট ।

ব্রন্ট : হোয়, মহুনি ঐন হায়রিব কোটু, মহু হেক্ত থারক্লগ যুথৎ ইংল হনখিব য়ারবপোৎনি। নংম খনবদ ঐবু লৈশাবী মচা অমন মুং-শিগদম মীতা মানত্রাও? করিনো, ঐথোয়গী চহিদ য়েংও। ঐ ৩৪ তুরে, ঐন খনবদ মহা মচা ইবেম্মলি চহি ১৭ ফাগি শঙ্গোম হেন-লমথিরোই ।

(য়ামমু ইঙক ঙক্ত য়েংনৈ মান তপ্ন চৈথে)

ঐন তৌখিব থৌনা থৌরমশিং ঐঙোন্দ হিংব নম্রণ শিবগী বাকমহু মসোম্দাদ স্কুল ছাত্রী অমগি মশায় অমত্তনি—শঙ্গোম মিঠাই, কেকু-ফোংফোং মহুগি প্রমান সিদ লৈরে। (টেবিলদৈ কোটোহ লৌরগ) ঐ ছ'ঙক ময়ামদ হংজগে, থোদোক অহুম পুন খনব কনাগুম্বা নুপীন ইহুন থাবক্ত্রা -

লেইনা, মাগি শঙ্গোম মিঠাই লাম্মীদ কাওবিদনব খুদোন ১?

(মহাকন কোটোহ উৎলি মাইপাক্লবগুম, কনাগত য়েংপ ঙম-লোইদব মতৌদ)

পেট : মহুনিনে ঐন অসাইমথৈ ফাদায়দ লৈগ্রবনো য়েংলম্মিব। করম লাইমুন চেনথিহুন মহুদ লৈরম্মিবনো (মৈনাক্তগি লাক্লগ য়েংলে অহুগ শোফাদ ফাম্ম।

ব্রন্ট (য়েইনাদ থৌশাদন): ঐন হায়রিব খুদিংমক অচুমবী হায়ন নীংই, থৌজাল হৈবী নহা ইবেম্ম।

য়েই (মাইয়োক্লনব টেবিলদ নকশিল্লগ): নশাগি মরমদ নংন ফাম্মিবহু ঐ লোইন য়ানিংই। নুং মঙ্গম্ম তাওব মুক অমনি। (ব্রন্টহী

নীংহবৈ ওক্রহুন ) মথৎদদি, ঐম আশা তৌই; নংন খঙগদ্দি চহি ১৭ কি হূল তখী হুপীমচা অমগ চহি ২৩ শুমবী মুপী অমগ মথোম-নীগি থেম্নবহ।

ব্লণ্ট ( ওক্সহন ) : কুনগ হযদোই।

( ম্রেইনান তুক্কচব উৎতুন মপুৎতৈ ফোটোত্থ লাকই, শেগাইরগ মচেৎশিংহ মমাইদ লংশিন্নি, অহগ হান্নগি মফমদ লৈথি। )

শম ( অমত্নুম চোমদ মুৎতাইরহুন ) : ব্লণ্টম্রী! ঐগি অমত্ত লেমহৌরিব থাজবক্সু চৎখ্রে। নংন শিংব মশিংক্সু অশেন্ন অশাব ওইরম্মু, অতৈ অতোম্ন থূদিংগুম। নংদি ঐতোম্দগি ফাওব হহন শিংব তাম্ন!

ব্লণ্ট ( পুক্লিং মুগ্ন ) : কুনগ হযদোই! কুনহমদোই! ( বাখল তৌরগ ) হম! ( খুন মবুক লেম্নগ পেটকোফত ) অহু ওইরবদি, মেজোম্ন পেটকোফ, ঐ ইকোং ফোংন বাকম অম হোদোক্লব নিজরগে, মেজোম্ন সাম্নানোফন থাদোক্লম্মব মকম নচাইবেম্মগি প্রার্থীহ ননাই ঐ ওইজরগে।

মেই : মহ্ন হাযবগি থৌনা!

ব্লণ্ট : ইবেম্মন চহি ২৩ শুমবদি ওসি মুংথিল ঐতোম্দ মাশিংম্ন হায়থিব মতমদ, ঐ মহ্ন চাম্নব ওইন লৌজনি।

কেথ ( মাংন বাবহায় লৈন ) : ঐন চিংনব অম লৈরে ইবুংঙো, নং নিং-থিন খঙম্রিযানে ঐখোম্ন মুপীমচাগি ফিতম নম্রগ নংন মহৎ শিনগে হাম্নজরকইব মেজোম্ন সাম্নানোফকি ফিতম। পেটকোফ, সাম্না-নোফ শাগে অনীসিদি ঐখোম্ন লৈবাকসিদদি থাইদৈ ইনাকখুনব অমগুং মতামতোংবমি হাবন খঙনে। ঐখোম্নগি ফিতমদি ইতিহাস ওইন তৌরগোবনি! মুং হম্ন চৎপ ওম্নি চহি ২০ দি।

পেট : ওহ, মতৌ থজুম্ন কেথরীম। ( ব্লন্টমীদ ) ঐখোয়ম য়াম্ন মুংঙাইদোবদি, ব্লন্টমা, মংগি ফিভমগি মমমদ থত্তবমি, মতৌ থঙ্গো, শংন থত্তইথছুনি, য়েইনাসি য়ামন মুঙাইনকেন যোন লৈব হৈনম্রে। সরজিয়সফিদি শগোল ২০ লোইদো।

ব্লন্ট : অদুবু শগোল ২০ পাম্মিবদু কনানো ? ঐখোয়দি সার্কস অম থম-দোবসু নত্তে।

কেথ ( কয় ) ঐগি ইচানুপীদি, ইবুংঙো, পোইলা নম্বরগি শগোলশং থম্মদ হৈনম্রে।

য়েই : তুমিন্ন লৈম্মদ ইমা :, নং নত্তোইন ঐবু মীন নোকনিংলনি।

ব্লন্ট : য়াম্ন ফয়ে, পোৎচৈ পৈব, লোইছুন থম্বগি থায়োমদ চথরবদি, সিদ লৈয়ে ( টেবিলদ চহই, অশংব মথুমদে চে শিংহ লোথোক্লগ সরজিয়সত ওনশিল্লগ ) নংম হায়থিবত্ত শগোল কয়ানো ?

সর : ২০ নি, পুকচেল চাঁওব- সুইটজয়।

ব্লন্ট : ঐগি শগোল ২০০ লৈ। ( ময়ামত্ত ঙকই ) গাড়ী কয়া ?

সয় : অহম

ব্লন্ট : ঐগি ৭০ লৈ ; ২৪ থক্তি মমুংদে ১২ তোংব য়াই, উপুদ মী অমী ফম্মগ, ড্রাইভার অমসুং কন্দক্টর থাদন। নখোয়গি যেজ ফিদা কয়া লৈ ?

সয় : অত্তবু কদায়দগি থঙনি হায়গে ঐদি ?

ব্লন্ট : ৪০০০ তুম লৈব্রা ?

সয় : লৈতে।

ব্লন্ট : ঐগিদি লৈ। ঐগি যোম্পাকফিদক কম্বল মুয়া ১৬০০ লৈ, যোম্পাক ঙাহু মথাগি মত্তু থাবজাংছু ২৪০০ লৈ। চানব ছুরী, কাটা লিপীং

১০ হুগ মশীং চপ মান্নন হৈ অয়োল চানব চাম্ফ লৈ। ঐগি মীনাই ৩০০ লৈ। কোন্নুংদোল্ন বিংথিন সিংথপ কারকার তৌফম ভুরুক লৈ, মতুংগি মথক্ত শগোল থাকশং শজিক ৈরশ কোম্মব ২, চা বাগান অম অমসুং লম্নাই য়ুম ১ লৈ ই-উবাগি নচ্চন্নে। লান্দ অফাওব থবক তৌরুবগি মেডল ৪ লৈ, ঐ লাম্মীগি অফিসার অমনি ইফম, সমাজদন ভদ্রলোক ১, ঐগি ইপাযদ লোব অহম লোল্লি। বুলগেরিয়াদ কনাগুম্ব রূপা অমত্ত পুথোকপিরকউ ঐগি সুক য়ামন হুনগংপ ওম্বিগদোব।

পেট (অঙাংদোন কিন) ইবুংঙোবু সুইটজরলেণ্ডগি নিংথে য়েন্না?

ব্রুট: ঐগি ইফমসি সুইটজরলেণ্ড খ্রাইদে বাংব লোৌবে: ঐ ইনিংঙম্ব লৈবাকমচা অমম্নি।

কেথ: অদুদি কেপ্তেন ব্রুটয়ী, নংবু ঐগি মুপীমচান পাম্মে হায়্নন খল্লবনিন

রেই (য়ানিংদন): মহাক নত্তে।

কেথ (মাবু থৌশাদন): ঐ মহাক মুংঙাইজনব লম্মীদ থিংলোই। (পেট-কোফ ওাংগে তৌই) মন্ন মেজোর পেটকোফকিসু অপাম্বনি।

পেট: ওহ, ঐদি য়ামনা হয়াওগাদবদনি। শগোল ২০০। হুইস!

সম্ম: ইবেম্মনবু করি হায়বিবগে?

রেই (পামম্নিয়দন): ইবেম্মন হায়ম্নিবদি সিনি মহাক্কি মেজফিদাশিংহু শগোলগাতীশিংহু অচম মহাক লোইজসহু। সিদ লৈজারবা ঐহাকসি য়ামন হুনগংপ ওম্ব নিপাদ নিলাম লাওহুন য়োন্নব নত্তে।

(মক্কোন্দ মতুং ওম্বোকই)

ব্রুট: ঐ মহগি পাউথুমহু লোয়োই। ঐন নক্কোন্দ প্রার্থনা তৌজখি চেস্তরকপ অম ওইন, ভিক্কায়ী চদংনম্নব অম ওইন। নংন ঐবু লোৌশিনবিখি। ইবেম্মন মথুং লাম্মোকহুন চুপহনবিখি, নংগি ফমুংদ হুম তৌহনবিখি অদুগ নংগি সজাইদ চংজকম পীনখি ননাইবু।

রেই : ঐন পীথিবশিংহ্রূ সূইটজয়লেওগি নিংথৌজন্দ নত্তে।

ব্রণ্ট : মন্থমক্তি ঐন হায়জগিবনু।

(মান হুপীগি মবেংবান্দ পান্নগ মথাই ওনশিনহল্লি মজোম)

হজিক তাকশিনু ঐখোয়দ কনাদনো ইবেমমা মখোয়শিংগী পীথিদ্রিবা ?

রেই (ইকাইরণ মোমোন তৌরগ) : ঐহাক্তি শজোম থিঠাই লাম্মীন।

ব্রণ্ট (অঙাংঙম হয়াওন) : মতুন মাসে, থেঙক হূ।

(থঙীদ য়েংলগ, থীজ্জন থবক্তি থীওইদ) মতম থেংএ, য়েজোর।

রেজিমেন্টশিংহ্রূ অসুক মতিক নিংথিন শিন্নবিগ্রে মহুদি লোইদ্দ পাবুংদ টিমোক ভিভিজনগি থোঙ লাম্মীশিংদ থমদি লৌমোকচ হায়গ্রকনি। মখোয়হ চুমদ থাবিবদি লোম পাঁদাকগি লম্বীদম কনি।

সায়ানোক : ঐ হয়ক্তি কাওব নূংহোংলমখিহ্রূ : ঐ নৈবাকপোকপ্‌ হমিংকি চুংথিল পুং ৫ তাবদ মতম চপ চান লিদ থূংজগনি। নিং-থিরবী ইবেমশিং

(মখোঙ অথীহ্রূ কোক লাওনৈ) ওদ ইজ্বীং। (মিশিটারী সালাম তৌরগা চংথি)

সয় : অঙকপ নিপা অমনি ! মহাকসিনু থীয়নে।

---

—লোইরব—